কোওদোকপা—

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
উরিপোক, নিংথৌখোংজম লৈকাই
ইম্ফাল।

অহানবা পুথোকপা কোপী—১০০০
১৯৯৩




Printed at:— Ching Tam Press
Uripok Naoremthong Bazar

# ৱাহৌদোক

মণিপুরদা ৱারীলীবা ওঝাশিংনা মহাভারতকী ৱারী লৌবদা রুপবানগী ৱারী লীবা থেংনৈ। ৱারী পরিংদি শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডুকী অর্জুনদা লীখি হায়না নৈমিষ বনদা মুণি সভাগী মধমদা নারদনা লীখিবনি।' মৈতৈ ময়েকতা অরিবা লোল্দা ইবা "রুপবান" লাইরিক অমা থোংনবদগী মৈতৈ ময়েক্কী বাঙ্গলা ময়েকনা মৈতৈরোন্দা শিন্দোকতুনা ময়মনা পাবদা খুদোং চানবা ফোঙজবনি।' মরক অসিদা রুপবানগী ৱারী অসি করি করি লাইরিক্তা য়াওবগে হায়না খিজবদা নীলানন্দদাসনা ইবা "ভক্ত চরিত" কৌবা অদুদা ৱারী অসিমক য়াওরে। মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্মিবসি নীলানন্দ দাসকী লাইরিক্কী হন্দোকপনি হায়বা থেংনদে। কবিগুন্না হন্দোক্লবস্ত্র ৱারী পরিং মান্নররস্ত্র চপ চাবা অনুবাদ নত্তে। ভক্ত রুপবানবু পোকপা চম্পুক নগরগী নিংথৌ অদুগী মিং মৈতৈ ময়েক্তা ইবা লাইরিকসিদা চন্দ্রথাজা কৌই হায়না ই অদুগা নীলানন্দদাসকী ভক্তচরিত কৌবা লাইরিক্তা নিংথৌ অসিগী মিং চন্দ্রধ্বজ কৌই হায়না ই। ফোঙলিবা লাইরিক অসিদা ইরিবা মিং অসি মৈতৈ ময়েক্তা ফংবা অদুনি। লাইরিক অসি কনানা করম্না চঙীদা ইরম্নবো হায়বা ঐনা ফংলিবা খুযি লাইরিক অসিদা য়াওবা থেংনদে অদুগা কালেন তক্কনি পানবা

শগোনশেন মুমিংত' ইবা হৌখি হায়বদি লাইরিক অসিগী অম্বানবা লামায়দা অস্থমনা ইরি "অসিগুম্বা কৃষ্ণগী গুণ মতীক অরুবা ভক্ত রায়ী লমদাংশাং হুংঙাইবা অসিবু লেংজনীংবগী লোইতাম কালেন থা ভক্সকমি পানবা বৃহস্পতিবার শগোলশেল মুমিংতা হৌএ।

লাইরিক অসি খোঙবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা শেনগী মতেং পীখিখি। মাহুগী দময়ক ষ্টেট কলা একাডেমীগী ওথোরিটিবু থাগচ্চরি।

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
উরিপোক ইম্ফাল।

তাং ১০।১২।৯৩ ইং
হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবা ঈরাই

# রুপবান

শ্রী হরি হৈ হায়াহে। শ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমচাএ। নাউবা লৌশিং পূমনমাপু তাকপিলিবা, শিব ভগবানবুসুও খুরুমচাএ। লিল্লা পূমনামাপু পোক্নাক্তম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমচাএ। তৌরিবা থবক পূমনমাপু য়েংথাররিবা, অদুবু মাওহল্লিবা গনেশবু খুরুমচাএ। অসিগী মতুংদা বিদ্যা পূমনামাকী মবেম্মা ওইরিবী সরস্বতীবু খুরুমচাএ। শ্রীগুরুগী খুয়াবু খুরুমচাএ। শ্রুতা-ভক্ত পূমনামাপু ৬ ননাইনা ভক্তি তৌজরমএ। অসিগুম্বা কৃষ্ণগী গুণ মতীক অরুবা. ভক্ত বারা লমদাংশাং মুংঙাইবা অসীবু লেংজনীংবগী লোইতাম ক নন থা তক্ককনি পানবা বৃহস্পতি শগোনসেন মুমিত্তা হৌএ। বারী অসিবু তারবগা শ্রীকৃষ্ণগী অচেংপা তক্কসুও মথওনাএ। পম্লৌ পল্লেম মমা মপা অনীমাকি অরুবা ভক্তিসুও পোক্নাএ। নভাইলেমনা অহানবদা লাইরিকী গুণ অরুবা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব মতীক অথোইনবু খুরুমজরমএ॥

---

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু—গৌরচন্দ্র প্রভু। শিব—মহাদেব। বিদ্যা—মহৈ। শ্রুতা—তারিবা মী। লোইদাম—থা। নভাইলেমনা—ননাইনা।

হৌজিক্তি বৈষ্ণব গুণ অচৌবা, ভক্ত রারী লমদাংশাং মুংঙাইবাবু হৈয়া লাউনা শৈখিচাকে। হে সভা খোইয়ম লাইবু নীংবা শিংও। উনবী খোয়খৈ তানা না তাবিও। কোরৌ নোংমা মুমিংমাতা নৈমিষালৈনা কৌবা পোনকা মনুংদা ব্যাস দুর্ব্বাসা অসিনাচিংবা মুনি সভা পুন্নমানা তপস্যা লাইনীংববু ধ্যান পুকন ং লোইনা * ফমফমলিঙৈদা চীংঙ ব্রহ্মা শিদবা মপারি, নারদা মুনি অথোইবা, ব্রহ্মা চীনসনা চীনপান্ থোঙগী * নাউনৌ হাথাফবা মুনিরেন্না মাল্লেম বিভুং তৈ, * পান্‌বা কৈউন ইন, পামেন উকুশেং, য়োংকী চৈগু পাল্লোইনা, মুবী খুজাই খুত্তা শূ, ঝুলি খাউচাউ য়ান্, * য়েল্লুম থোকসাং ওয়না থান্, তেৎনৌ য়োংকী খুরুম তোং, শমলাং জটা চেপ্‌লপ্ পুন * নমসা চন্দন লমঙানবনা নারদা লাইপক খেল্লাই থোঙতা, লোইতাম থাগী মচেৎ শানা থিন, বীনা যন্ত্র নুঙাইববু বীনা থাদা পম্, স্বর খোঞ্জেন নোংনৌবনা হরি কৃষ্ণ কোল্লোয় মিংলেন শোন্, রাধা মিংলেন ফান্না * য়াংলৌ লক্ষ্মী ঙান্না চৎলকপদা মুনি সভা পুন্নমানা নারদা * চেংলৌ মিৎথিৎলবগী, মুনি পূমনা হৌনা নারদা সনা মথোঙ খাদা রাহমজখিএ। হে মুনি লাইওইবা, নারদা মুনিলেন অথোইবা-ও মুনি সনা নথোঙথাবু উজবা অসিদা মুনি

---

উনবা-পুনাং। পোনকী-বনগী, উমংগী। * ফমফমলিঙৈদা-ফমদুনা লৈরিঙৈদা। * নাউনৌহাথাফবা—পোকলকপা। * পান্‌বা—কৈ কৈউন—কৈ মউন। * য়েল্লুম থোকসাং—য়েমপাক মথোক অলাংবা। তেৎনৌ—য়োৎ * নমসা—চন্দন। * য়াংলৌ—লক্ষ্মী। * চেংলৌ মিৎথিৎলবগী—মশক উরবগী। * রাংলেন—পুং।

ইখোয় পুন্নমাপু য়াইফথোইরে। মহাপাপ পুন্নমাপু কোকতরে। তৌইগুম মুনি সভালক্তা * য়াংলেন দণ্ড পুংচা মথায়মরমদবু মুনি সনা নখোঙ লেঙসিনবিরমও হায়না শমু হকচাং কোন্, খুজেং পাল্লোই সম্ মুনি মখোঙ পায়না পুশিল্লকলবগা মুনি সভা লক্তা কুশ ফব্লাং চাপ্পু তৈনা থানা * ফমফম হল্লবগা মুনি পুমনা হৌনা ঘোট * লাইজা ঈমায় * চোন, * তাউজিং নানৌ থেৎ, পোৎলোই মশাংস্ত চোপ * লোইমোম ফৌময়োন, তাউজীং চুবান্ য়াও, * পুন্নুং লফু য়ুং, চেঙ, থোয়দিং য়াও, তিংথৌ লৈয়োন শৎ, ধুপ মৈথু চাউনা কা, বর্ত্তী থাউমৈ চীক্‌না থান্, শাংলেন তুলসী লৈমুংসিগা মুনি পূজা ঈরাৎ লোইরবগা মুনি পুমনা হুপ্‌না নারদা মখোঙথাদা খুকল্লু লৈপাক তানা, মখুৎ জুর তৌনা রাহমজখিএ। হে নারদা মুনি অথোইবা থোইয়ম্ লাইপোক সংসঙ্‌বা-ও। সংসার তাইবংপানবা অসিগী বলবন্ত পাঙ্গনবা হংম্রবস্থ কদায়না অকনবা কৌবনো? ভক্তি মতৌ করম্বনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙথাবু 'তানফংবনো? মুনি সনা নয়াথংদগী না তাজনীংএ হায়না পাউ হংজরবদা নারদা মুনিরেন্না মুনি সভা পুন্নমাকী কোল্লোয় মপাউ তানা * উনবা পুকনীং হরাউথোই, খোয়রুম মোনমোন্ নোকনা পাউখুমলকএ। হে মুনি সভা লেংনা তিনবাসিংও * কোল্লোয় নখোয়গী নয়াথংবু তাবদা মহা পাপ

---

* ফমকমহল্লবগা—ফমহল্লগা। * লাইজা ঈমায়চোন—ঈশিং থল্লা হৈতুনা। * তাউজীং নানৌথেৎ—হৈনৌ মনা থেৎ। * চোপ—যব * লোইমোম—ফৌ। * পুন্নুং—লফু। * তানফংবা—ফংবা। * উনবী পুকনীং। * কোল্লোয়—য়াথং।

অচৌববু কোকঔনে। নিংথম কাণ্ডমৈ তিক্রুম্ববু উনবী পূকনীং ঙাইনে। তৌইগুমস্তুঙ মুনি সভা নঙখোয়না হংলিবা ৱারম অসী-দো নারদা ঐস্তুঙ খঙবা ঙমদে। থায়না পূর্ব্বে মমাঙ ঙৈদা তা খবা ৱারম অমতাদী লৈএ। মুংঙোন ৱারী অতুমক্তি শ্রীজগবন্ধু শ্রীকৃষ্ণ লাইনিংথৌনা মনাই বৈষ্ণব অর্জ্জুনদা লীখিবা ৱারীনে। অতুগুম্বা মহা অমৃত ওইবা ৱারীবু নারদা ঐনা মুনি সভা নংখোয়গী নফমদা লীরগে। উনবা পূকনীং তপনা তা-ও।

কোরৌ নোংমগী ময়ুমিৎমাদা হস্তিনা পুংময়োন্দা কুন্তী দেবী মরূানয়ায়দা শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মনাই বৈষ্ণব থাঙমদবগী রূপা থোজানবিগে হায়বগীবু হরি স্না মখোঙ লেঙবিরকপদা মনাই অর্জ্জুন্না কৃষ্ণ স্না মখোঙথাবু পূজা পোৎলোই মশীংস্তু লৈ চন্দন য়াও, শীঙেন চূনাবানা পূজা ঈরাং লোইরবগা মনাই বৈষ্ণব অর্জ্জুন্না কৃষ্ণ স্না খূয়ারেন থম্বান লৈঙাঙ মানবা অনীমাপু চিংনা য়েং, মখূৎ জুর তৌ, ভক্তি কাওপী চিগা লূকনা পাউহংজখিএ। হে কৃষ্ণ ইবুংঙো তাবি-ও। সংসার থাইবং পানবগী তাইবঙ, অকনবা কৌবস্তুঙ কদায়বু অকনবা কৌবনো? নমু অসোনবা হায়বস্তুঙ কদায়বু অশোনবা কৌবনো? ভক্তি মুক্তি কৌবস্তুঙ করম্ববু ভক্তি মুক্তি কৌবনো? পল্লেম পন্থৌ অনীমাকী ভক্তি সেবা কৌবস্তুঙ করম্ববু কৌবনো? নমাই অর্জ্জুন মহা পাপীলেন ঐনা শ্রীমুখ চীন স্না থম্বাল লৈ গন্ধে কতা না তাজনীংএ হায়না পাউ হংজবদা শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা পাউথুমলকএ। হে প্রাণভাই ইতাউ অর্জ্জুন-ও। কোল্লোয় নপাউ হংবা অসী বু কৃষ্ণ ঐবু উনবী

পূকনীং হরাউ থোইএ। তাইবঙ উচ্চালোন পুন্নমাবু অর্জ্জুন বৈষ্ণব
নওংডাদা ভক্ত লমচৎ অয়েম্বু হায়রক্কে। উনবী পূকনীং তপনা
না তা-ও। তইবঙ অকন্বা কৌবদি কোল্লোয় য়াথং অয়েম্বা,
উনবী পূকনীং হোংদবা, সত্য অচুম্ববু হেন্না অকনবা অমা লৈতে।
নমু আসোন কৌবসুঙ সত্য মহাকনে। ভক্তি মুক্তি কৌবসুঙ
সত্য মাঙ্গোন্দগী মপোকএ। সত্য য়াচুম অয়েম্বগী গুণ মতীক
থওনববু য়াহমলক্কে হায়না মনাই লোকলৌ সানা কোন্ সীনৌ
কুয়াংসাং, চীন স্না থগ্রান মায়য়োক্লনা য়াহমলক্কএ। হে প্রাণভাই
ইতাও অর্জ্জুন-ও। লহান পূর্ব্বে মমাংঙৈদা ষ্ম বন্দগর কৌবা
লৈপাক অমা লৈরম্মে। লৈবাক অতুগী কোরৌ মনোংথৌদি
চন্দ্রধাজা-ও তৌনা কৌএ। * চন্দ্রধাজা কৌবা নিংথৌদো
* পাঙ্গন মপা তামএ। খোইয়ম লাইগী থোওজিন্দা উনবী পূকনীং
মমায় ওনশিন্ থোইএ। * ক্ষমা * দয়া ঙাকপিহৈএ। নিংথৌ
* তাল্লোয় মরুম্বী পাটেশ্বরী মহারাণীগী কোল্লোয় মমিংথোংদি
রূপধাত্রি-ও তৌনা কৌএ। রূপধাত্রি মাহাক্তি মহাসতীলেম্নে।
চেংলৌ শাকোয়থোংবু লক্ষ্মী চেংলৌ শক্তানৈএ। পায়মা উনগোয়
হূবু মালাতা উনবা পূকমান্নেএ। সতী উনবী অচেংপদ * থংলেন
মপুরেইববু ব্রত তরা চাহেনবগুম নীংজথোইএ। লৈপাক প্রজা

---

* কোরৌ মনোংথৌ—মনিংথৌ। * পাঙ্গন মপা তামএ-মপাঙ্গন
কনবদা মাগা পাবিনবা মপা লৈতে। * ক্ষমা—ঙাকপিহৈবা।
* দয়া—থৌজানহৈবা * তাল্লোয় মরুম্বী—মতু, (মনাউ ইরেম্মা)।
* থংলেন—মরা মপুরোইবা। * চৈরে, আয়িন তামদা—ইম্নবা-ফি

পুন্নমাপু তরা মচা বাৎতা, * চরৈ অয়িন তামদা, য়েরুতিংখং লৈতা, লোকলৌ পাউনাইদা, তিংখং ষাশৌ লৈতনা পানক্ষয়ে হায়দবরা ? অস্সম পানক্ষরবদা নিংথৌ মহারাণী অনীমাতো * মপারি অমত্তা সাংনদে, মমোম অমত্তা ফুয়নাদবগী মতাইলেম * গণন্তা খেনহৈবব্ু পাউ কৌরবগা চন্দ্রধাজা নিংথৌনা নিংথৌ সনাময়াথংবু পোনবী কোকিল থোন্তাননা পাওমেল্লকএ। হে * ইদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা নিংথৌ ঐনা ইচা ধারা পান্দবব্ু ৱায়ম মতৌ করম্বনো য়েংও হায়না পাওমেনখোনগী মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবনা লোইতাম থাখন্ মুমিং চয়োনথি, * কোল্লোয় মিংছুনয়েং অঙ্ক মপুং লাকনা ৱাকৎখিএ। চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনাংথৌ-ও। নিংথৌ মহারাণী অনীমাপু নপারি সাংও, নমোম ফ্ুইও হায়বদি লৈএ। তৌইগীদি নিংথৌ মহারাণী অনীমাকি অন্তরে মমুংথংবা নক্ষত্র থরানপিচাক্তা দশা লৈখিবনা নিংথৌ নচা ধারা পান্দবনে। * চৌংঙু নোংদমখোনবু য়েংসে। খোইয়ম শিব মহাদেববু নীংও হায়না ৱাকৎলবগী চন্দ্রথাজা নিংথৌগা রুপধাত্রি মহারাণীগা অনীমাত্তি উন্বী পরৈচেৎনা পূজা পোৎলোই মশীংসুনা চৌংঙু শিব মহাদেবগী সনা মখোঙখাবু নীংজথোইরে হায়দবরা ? নিংথৌ মহারাণী অনীমানা চৌংঙু * কোরৌলনশাববু মুমিং শীংপুম য়াম লোইদাম থাশিরা লাংহৈ কুমশীং য়ামনা

---

ৱাত্তনা। * মপারি · অমত্তা ফুয়নদবগী—মচা নিপা মুপা অমত্তা। পোক্তবগী * গণন্তা খেনহৈববু—পাঞ্জি খেনহৈববু। * মদাইরেম —মনাই। * কোল্লোয়—মিং। * চৌংঙু নোংদমখোল—লাইনা তথা।

নীংজরবদা চীংঙ্ শিদবা শিব মহাদেব বলাকি ( বরগী ) মপু ওইবা লাইয়িংথৌনা উনবী পূকনাং পেনবিথোইরবগী নিংথৌ মপারিব্ শীরগে হায়বগী যোগী লম্বোইবব্ শানা মলাতী লৈরাং পরেং নীংথিবব্ * শমু থৃত্তা পায়না নিংথৌ * খোমলেন মঙলানচান্দা পাওমেনথিএ । হে চন্দ্রখাজা নিংথৌরেন-ও । খোইয়ম ঐব্ কোরৌলনসামনগী মপারি উত্তম অথোইবব্ * শাৎনরঙেনে। নপারিগী * চরিত্র মরমচৎতি বৈষ্ণব লিংজেন চেল্লগদনে। অঙাই তাইবঙ পানবনা ফংঙমদবা খুবমবু মানা ফংলগদনে। হৌনদবা লমচৎস্সু নচানা হৌনরগদনে। নপারি * নাউরা অথুবা অত্থুনা পল্লেম মমা * পিবুকন্মুংগী * তাইবঙ সানফোঙলবদা * দুঃখ দশা অরাববু লৈএ। খোইয়ম কোরৌ লনশাববু পূকনীং লাইরেক্কনো। চীঙঙ্ * ইরনকু খোইয়ম ইথৌ-জানবু ফংজহৌরো হায়না মালাতী লৈরাং পরেং নীংথিববু নিংথৌঙক্তা হুবান *বর লনকুলমং বগা চীংঙ্ শিদবদি * অন্তরধ্যান মাল্লং কেঙ্কি ওই খংগোন নোংলৈ ওইনা খোইয়ম থিংলৌ নীংনা তেনা হনরাইখিরে হু'রদবরা ? চন্দ্র থা নিথৌস্সু চেংলৌ

---

* কোরৌ লনশাবা—লাইনীংবা । * শমু—খূৎ, হকচাং ।
* খোমলেন মঙলানচান্দা—মঙদা। * শাৎনরঙেনে-পোকলগনি।
* চরিত্র—লমচৎ । * নাউরা অথুবা — পিকলিবা অঙাং ।
* পিবুকন্মুংগী—চ'ঙ'দগী । * তাইবঙ সানফোঙলবদা—তাইবং ক্ষাওরবদা, পোকলবদা * দুখ—অরাবা। * ইরনকু—ইথৌজান, ঐগী থৌজান। * বর লনকুরমলবগা—বর পীরমলগা। * অন্তরধ্যান —মাঙথোকখিবা, উখিদবা। * হনরাইখিরে—হনগ্রে, চৎখ্রে।

মমিং পাওনা খোমলেন মীকপ, থোক্লবদা চীংওঃ মমনকু খোইয়ম মথৌজান * খোমলেন মণ্ডলানচান্দা তাকপিরববু * মশানৌ রূপধাতৃ মহারানীদা শমু মমায় নোংচুপ ওন্না মণ্ড, লীখিএ। হে ইশানৌ রূপধাতৃ মহারানী-ও অসি কোরৌ ইনুংমাগী খোমলেন মণ্ডন্না মণ্ডপুনশি মণ্ডলেন য়াইফা মণ্ডবু * মণ্ডখনায়ে হায়না লনকুম খোইয়ম মথৌচান মণ্ডপু মশানৌদা রারম পঙেংশিং মণ্ড লীরবদা নিংথৌ মহারাণী অনীমাতি উনবী পুকনীং হরাউ থোইনা * মপাম্রি শাংনববু সাধু বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ পুম্নমাক্তা ধন লনয়ামপী * সনা থেনমাইলাং লুপা পুণ্ডপুলেম্না দান ধর্ম্ম তৌনা * য়াঙ্গোইরবদা কোরৌ নোংদোনথক্না খোইয়ম সভা লেংনা তিনবা চীওঙ্ লাইরূপ পুম্নমানা চীওঙ্ উনবা লৈনিংশিংনা থম্নখিএ। প্রথাক্তা নিংথৌ রূপধাতৃ মহারাণী অনীমা অসিবু মপারি শাংনবা মমোম ফুয়না ফন্বু পূমনা লৈতে। * তৌইগুম চীওঙ্ শিব মরনকুদি ফংখিবে। নিংথৌ দশা অচৌবদি * শীঙেঙন অরেম্বা লৈবাং অতিংঙাবু ওইরে। দশা মতুং ইন্না মপারি শাংফরোই, মমোম ফুয়ফরোইএ হায়রবসু অঙাই তাইবং পানবনা চীঙঙ্ শিব মরনকুদী শীঙেঙন অরেম্বনে লৈরাং অতিংঙানে হায়না

---

* খোমলেন মণ্ডলানচান্দা—মমণ্ডদা। মশানৌ—(মনাও) ইবেম্মা, মতু। * মণ্ডখনায়ে—মণ্ডকাওনৈএ। * মপারি শাংনববু মচানিপা পোকনববু। * সনা থেনমাই লাং লুপা পুংপুলেমনা—সনা লুপা য়ামনা। * য়াঙ্গোইরবদা—লৈরবদা। * তৌইগুম—তৌইগুমক্কুং। * মরনকুদি—মথৌজান্দি। * শীঙেঙন অরেম্বা * লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে—সারেম্বা ওইরে।

* ঙাইনোকন খাঁংনে। চীঙঙ্ * কোল্লোয় মরাখংদি মঙকয়োইএ। নিংথৌ দশা অরুবদি অন্তরে সুংগী দশা লৈএ হায়বা মথক্তা * ইনুং সোয়য়ায়দাসু শমু মমায় নোংচুপ ওল্লা থোমলেন মঙ লাঁএ। তৌজ কর্ম্ম মহৈ পূন্নমাপু মাঙহৈনে। তৌইগুম মপারি * নাউনোরবগী পল্লেম মমা লৈফয়োইএ হায়না চীঙঙ্ কোল্লোয় য়াচুমনখিয়ে হায়দবরা? চিঙঙ্ শিব মরনকুগী শ্রেধাজা নিংথৌ মশানৌ রুপধাতু মহারাণীদি চাঁঙঙ্ লনকুথাগী মথৈবু থোয়চি খাদা মিহুনতম্, নাকলু ফিয়ান থোই, হৈরাও মচা য়ান, নংরা তাউঙ্গীং তুকুম্ববু মক্ক পল্লা গর্ভ নাউপু তমলে হায়দবরা? কোরৌ মশীং য়ামনা লোইদাম থাবুম তরা মুরকলবগী মাল্লং অচিক থেম, * মাল্লেম চাংলৈপাক ওইনয়না তরা চাওইনা মেলৌ শকপানথোংবু হয়িং পেংলোইথীনা মেলৌ শকওইনা অরা লৈখতানা নাউনৌববু চকমোম তেমখাওলান, মাপন্ খাম্বী তৌতেং চঙখোনলা। * লোইদাম মশীং শুরবগী নিংথৌ মহারাণী অনীমানা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমতা ধন লনয়াম পী, লুপা পুংপুনেম সনা থেনমাইলাংনা দান ধর্ম্ম তৌনা ঙাইখমলবদা কোরৌ মুমিং শীংখুম চহমসি শুরবদা মপারি পুরুষ উত্তম অথোইববু নাউনোরে। মপান্নিবু নাউনৌবগী অমাহকলাংবনা অনা ঙাইফা নীক হৈয়ু মনুংসং নুংনাং কাঁওবা মনালেক, তৌরাং ফকচাওনু, নুতুং থোইপাকশা

---

* ঙাইনোকবা—নোকবা। * কোল্লোয়—য়াথং। * ইমুংথোয়য়মদা—অহিং নোংয়ায়দা—অহিং নোংয়ায়দা। * নাউনোরবগা—পোকলগা। * মাল্লেম চাংলৈপাক ওইনবা—চের্বাক। * লোইদাম—থা।

সেতৌ তৌঙাম হোই হোই লিনরাই শল্লম ইন্গুম লাকপা লৈপাক মাইবা অহৈবা, নিংথৌ মাইবা অশিংবনা লরাই কোয়-রেনথক্তা লাইজা খিকফেন চাই, মাল্লং অচিকথেম্, হুমাই মায়বেং হৌ, হীদাক ময়ান শেম, মন্ত্র লাইশোন কন্ খোইমোম লাইমিং শোন্না অনা লায়কল্লববু কনওমদনা অন্না লাইথোই চিল্লকলবগী লোয়না চান্নাবু থানারা পোং তুংইনব' তৎনরা হবি মিংলেন শোন্না স্বর নিংসা খমলে। চাঁওঙ্ পন্দনখিরে। কোবৌ নোংকখিরে। লৈমুং য়োংশী খীং, লুখুম ফানচাউ খীন্ কাসা পাঙ্গা তাকলবগী নিংথৌ কোল্লোয় শঙ্গায়রেন্দি নমু মীয়াম তিনবগী মীকপ খোনমান্নবনা কবো থাংসোয় ঈরাউখোন খিঙেন লাইজা ঈনমথায়গুম মীকপরে। তম্রু থাজা নিংথৌঙ্গু মশানৌ রূপধাতৃ মহারানীবু ঙকযী লূমলাংকোন থজাই লেংলোই চুপ, শমলাং তোনগা নান্ শীন্নৌ কুরাংশীং চীনসনা থম্বাল মায়োক চূপনা মীকপখিএ। হে ইশানৌ চেংলৌশক্কোয় হেনবী পূকনুং লিন্না ঙানবী পায়মা খোয়চঙবী তিল্লাং খোয়তাবী রূপধাতৃ মহারানী-ও শানৌ ইবিঙতানা খোইমোম কোরৌ লনশাবদি ইপারিবু কংইগীসুঙ শীঙেঙন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙানে। হে ইশানৌ রূপধাতৃ মহারাণী চেংলৌ শক্কোয়হেনবী-ও। থন্নং

লরাই কোয়রেনথক্তা—লৌরাই লেঙ্কদা। লাইজা খিকফেন চাইবা—ঈশিং খিকপা মায়রেং—হুমাই। অনা লাইথোইচিল্ল-কলবগী—অনাবা হেক্তিল্লকলবগী চাঙঙ্ পন্দনখিরে—শিরে। কোরৌ নোংগাখিরে—শিখ্রে। কোল্লোয়—শঙ্গাই। চেংলৌ শক্কোয়হেনবী—শক ফজবী।

লৈপাক্কী থেংবকও সারানাকোনখণ্ডকী হুনব.ইরকও। নাউরা •পারিগী চেংলৌ মশক য়েং ফৈরা তন্দা থোংনা অমৃতা খোমলাং লইজা মায়য়োকনখো। নপারি চেংলৌ য়েংনা মোমনু কোল্লোয় নয়াথং তুজা চনলেম্ নপাউখোন নিংথিববু চাংনুং তান্না খোনবুম্পী নিংনাংয়াংসারীক খোঙ্গানবীনা নপারি শাবায় য়েনা পাংমেল্লখেংও। মোমনু নপাউতনা নিংথৌ ঐগী উনব পুরণীং পেংচৌরগে হায়না হরি মিংলেন শোন্না মী কপলি- ডৈদ নিংথৌ মঙাইরেম পাত্র তণ্ডম্বশিংনা নিংথৌ মথোঙখাদা রাকৎখিএ। হে চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও। চীংলেন নোং- লাইথী গুরুবু চৈরৎপিও। নপারি নাউরা তপি সাপু খোমলাং ইনৌ- হমহনপী-ও। নোংথৌ কয়ৌ তয়েংব। নোংতম রাকনে। খোইয়ম বিধি ব্রেন্দী খোয়মা লমচাইফরোইএ হায়না রাকৎলবদা চন্দ্র থাজা নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবশিংও কোল্লোয় নখোয়গী নয়াথংবু ব্রারম অওকপা, য়াথং অচুম্বানে হায়না নাউরা অপিশাপু নাউরা খোয়রী লেল্লে। পল্লেম পীথাঙশীনপী অমৃত লাইজা খোমনৌবীনা ফৈরা তান্দা থোংনা ইনৌহম্লে। রূপধাতৃ মহারাণীগী শংলৌ মথৌরাউ য়েল্লাং মণ্ডমদমহুঙ লাইজা গঙ্গা মপান্দা চান্দুরা ব্রাংনা থন্ কুণ্ড মৈফম শেম শীঙবী ওমচাউ পৈ. শীঙখন

---

খোইমোম কোরৌ লনশাবদি—লাইনিংবদি। শীঙেঙন অরেম্বা লৈরাং অভিংঙানে-কাম্নদবা অরেম্বনে। থমুং লৈপাক্কী-অশিবগী লৈপাক্কগী, যম লৈপাক্কগী। নিংনাংয়াংসারীক—হরিনোংনাং। পাত্র—মন্ত্রি। কোরৌ ইনোংথৌ—মহারাজ ইবুংঙো। চৈরৎপিও —তোকপিরো।

মশীংগুনা শানশেমলে। মহারাণী শমু মহকসাংবু লাইজা ঈনা শেং, চরৈ ফিনৌথোর্ন নন মশীংস্থুনা থিন, নমসা চন্দন লমঙান নাই, চোয়নৌ সনা লৈংইনা লপা ফিংইনা, শীংঙেল লৈথেং, কৈরেন কৈচাউ মথোংন তৈনা শা. ফীরান মশীং স্তুনা থেং চোঙলেন য়িনচম খান হুমাই মায়লেং হৌ, ৱাংলেন পুংফাংয়ৈ, তরেং শেনখীং মনিল নাই, মোইবুং খিংকামনা, পেরে শানৈ খোং, বাশী খৃংখং পেনা মুংনৌ খোংনা লাইজা গঙ্গা মপানগী কুণ্ড শীঙগী ঙামচাউ থকতা থিংলো নাউরা য়াহিপ তম লাইরেন শাংবা য়াংানরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা লাইজ পুন্নাং লেংদা থোং, থাঙলেন থত্রা শূনা খাম্বী মৈকেয় তাংলক কোয়, হুত্থী হৈ থোইনা লময়ায় কাইথিনে। থানফম কোকম্প তম মৈথু নোংতাকা কাসা পাউগাতাকনা সংস্কার যজ্ঞ মঙমথৌবু লে ইরবদা জাতকর্ম্ম হৌনবব্ ব্রাহ্মণ লেংনা তিন্না বেদ লাইরিক থী, থারা নোংজা হ.উদা পিণ্ড মশীংস্নুনা মোংবা য়ুমশেংনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মঙমথৌবু লোইরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাংমেল্লকএ। হে ইদাইরেম গণন্তা খেনহেবা-ও নিংথৌ নাউরা অপিসাকী জন্ম মপোক য়েংনা কোল্লোয় মমিং থোনবি-ও হায়না পাংমেনথোনগী মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবানা বেদ লাইরিক ফাক কোর্ব্বাক মাঙদা থা, লোইদাম থাজা থন, মুমিং চয়োন থী, খেল্লেন মতম য়েং, অঙ্ক মপুং লাকনা নিংথৌ সনা মখোঙ থাদা ৱাকংখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনোংথোও! নিংথৌ নপাৱি নাউরা অপিসা অসিদো চ ঙঙ মশুংমানকুমএ। নাউরা মরমচংহুঙ, বৈষ্ণব চরিত্র লমচংনচেনে। বেদ শাস্ত্র নিতি পূন্নমাপু লাইরিক সাথোন

মলিন ওমনা ভক্তি ওক্কোই থোংপু-চুনাওৈনে। তেজবীর্য্য মশা মওান চাউবদি থাংচি উপীতালা মৈবুমএ। "মাইবও সংসার পূম্নমানা পূজা ঈরাংনওৈনে। পায়মা মাগী উনকোয়মুংম্নুং সমুদ্র লাইজা ইরেন পুংওৈনে। অরাং খাবা উত্রেন হীকুম ঈওখোইলওৈনে। নাউরা কোল্লোয় মমি থোং, অওাং নাউরা মখোল্লম্পতি পল্লেম কোল্লোয় মিংছুন ইন্না রুপবানও কৌববু চুনএ হায়না রাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা উনবী পূকনীং হরাউরবগা দুঃখ অম্বাবা অনীমাপু ওাইরোয়ননা মপারিগী কোল্লোয় মমিংথোংবু সনা চৈকাছন, লুপা য়াইগা চন্ রাংলেন তোমান্ পুং য়ৈনা রুপবান কোল্লোয় মিংছুনখিএ হায়দবরা ? রাজা নিংথৌ মপারি রুপবান নাউরা অপিসাপু পল্লেম পীথাও সীনা ফৈরা তান্দা পম, খোমলাং তাচীন ঈনৌহমনা নাউরোকপাবু লোইদাম থাবুম অলুম স্নরবগী লেমলৈ ওাতোং সেং, রানচেং সোৌলাইমেন্ তাইবও তরা চাময়োন্ তরা চউম ত লে। নিংথৌ মদাইরেম অওন্বা প্রজা লৈপাক পূম্নমানা নিংথৌ পাহাও নুংচেং ওই পাখং শওবায় লোনজম্পা লৌকূমনা নূরা ওাইথোং সিনস্লুক্লববু মতোম মপা। হাওলবগী উনবী পূকনীং, অরা চেনা নিংথৌ সনা মখোওথাদা বাকংখিএ। হে চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও নিংথৌ পাহাও, নুংচেং ওই মাল্লেম লৈবাক ওাকহৈদে। খোইয়ম লাইনা য়াজদে।

---

লাইজা ইরেন পুং—সমুদ্র। ওাইরোয়নবা—লোয়ননা। রাংলেন তোমান—পুং। কোল্লোয় মিংছুনখিয়ে—মমিং থোনখিয়ে পল্লেম পীথাওসীন্না—মমা শক্না। ফৈরা তান্দা পম—মতথাক্তা পমদুনা। লেমলৈ—ওা। পাহাওনুংচেং ওই—প খুা ওইবা।

চীংঙ্ নোদমখোনগীনে। অৱা লাইমন তৌফদে।. সনা ফম্বান পাংসোয় নীকৃফদে। রুপধাতৃ মহারাণীগী শমু মহুং শিনববু হোয় থিবিও হায়না ৱাকৎপবু নাতারবগী চন্দ্র থাজা নিংথৌনা পাও মেল্লকএ। হে পাত্র অওম্বশিংও। নিংথৌ ঐবু ইশানৌ থাইনা ৱা মুংশি মৈবু মুত্তরিএ। হৌজিক অমা থিরুবনম্বুঙ ইশানৌ রুপধাতৃ চেংলৌ শক্টোয়থোংম্বুঙ মাল্লোইএ। উনকোয়নুংম্বুঙ লৌশিরোইএ। উনপী পূকনীং নৌহৌনবনে হায়না *ৱাকল্লববু মদাইরেম পাত্র *লৈপাক কোইবা পূন্নমানা হন্না হন্না ৱাকৎখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোন্নৌ . ইনোংথৌও . হায়বিগুনে। *লোইবী চাংলেন পল্ল ল বু অমরক কাবা অমুক ‘কুম্বা হৌনৈএ। নিংথৌ রাজনিতি অরুববু নিংথৌ সনা উনগোয়নুংদা মরৈএ। দু: খ অৱাবা ঙাকম্বুঙ নীংফদে। *আনন্দ নুঙাইবা ঙাকম্বুঙ য়েংফদে। নিংথৌ সনা উন- গোয়নুংবু খনবি-ও হায়না পাউ ঈনশিল্লকলবগী চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে-পাত্র লৈপাক কোইবা ফমদৌ ইঙাইরোয়. নিংথৌ. ইহিসাংশিংও।. প্রজা লৈপাক নঙখোয়না ফবা কম্ম য়েংনা তৌরো [illegible]না নিংথৌ সনায়াথং পীরবগী পাত্রমিত্র লেংনা তিন প্রজা লৈপাক পূমনা লুপনা পিতেশ্বরী *মমোমলোন রুপথৈন কৌবীবু হোয় থিরবদা নুমিং চয়োন অফবা খেল্লেন মতম নীংথিবদা লুহোঙ পোৎলোই য়াম মনহা মশীং নুনা মবান

---

*ৱাকল্লববু—ৱা হায়বা য়াত্রববু। লৈপাক কোইবা—লৈপাক পুবা অওম্বা। লোইবী চাংলেন পল্লংলাবু—চীং অৱাংববু। আনন্দ—নুঙাইবা। মমোমলোন—মচা নুপী।

লুহোং খোংদোং লোইরবগা চন্দ্রথাজা নিংথোগা মশানৌ রূপথৈনা মহারাণীগা অনীমাতি নিংথৌ সনায়োয় কোমুংদা *শঙ্গায় কোল্লোয় মুংলাংচান্দা ইনফুয়লীগুম সোয়নাদা হংগেন লীগুম সাচং মাইদনা মুংঙাই মরাং কায়না মুমিং খেনকা য়াইকুম *পানমন্নরে হায়দবরা? নাউরা মপারি রূপবানসুঙ লেমলৈ ঙাভোংসেং রানচেং সৌলাইমেন চরৈ নাহোং শা *মান্নৌ থূপকিনা শমু নমদা পোনা নাউয়োকপবু চহী কুমপুম অহুম শুরবগী *চূড়াকরণ কোকনা নাহুং নারেং তমলে। কুমচা সাওন য়ামনা লাংহৈ চেহা মঙা শুরবদা লুগুন গায়ত্রি সুনা পী, *দীক্ষা ক্রম মথৌবু লে ইবিরে হায়দবরা? নাউরা চেংলৌ শক্কোই থোংবু *হেনথোইএ। * পুমুং লেপ্পান থোংবু, নীংথিএ। *লোইদাম ভনিনবা থাগুম পূংয়ান মমায় চোন্না ফয়ে। নাউরা মমান্নবালক্ষী শিংথোইএ। মপাং লক্ষী হৈথোইএ। চন্দ্রথাজা নিংথৌ মপারিগী চেংলৌ মশক য়েংনা উনবী পূকনীং পেন্নৈএ। পন্তৌ মপা পোকমাবনা পারি নাউরা অসিবু অচাউ লেপফারে শাংবা লমঙমলকলে। মপা পোকমাবনা পারি নাউরা অসিবু অচাউ লেপফারে শাংবা লমঙমলকলে। মপা গুরু নাইহনগে বিদ্যা লাইরিক তমহনগে হায়না নিংথৌ মরৈবাক চেম্পাকনগর কৌবাদগী বিদ্যা থোইনা হৈবা সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণদা শমু

---

শঙ্গায় কোল্লোয় মুংনাংচান্দা—সনা শঙ্গায় মুঙাইবদা। পানমন্নরে—লৈমিন্নরে। রান চং—ঙা। চরৈ—ফি। মান্নৌ—ফি। চূড়াকরণ কোকনা—শম কোক্তুনা। দীক্ষা—লাইমিংলোবা হেনথোইএ—ময়ামদগী হেল্লে। পুমুং—মরেপ। লোইদাম—থা।

খুৎশিন্নরে। সুশর্মা কৌবা ব্রাহ্মণগী মপারি হরিশর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অত্থগা *পাথৌ মরুপ ওইনা বিদ্যা লাইরিক তম্মন্নববু লাংহৈ চহী মণ্ডাস্নুনা তম্মন্নরবদা * নোংমা কোরৌ মুমিৎতা ব্রাহ্মণ মা হরি শর্ম্ম কৌ।গা নিংথৌ মচা রূপবান লাইরিক অর্থ রাগী নিংঙাইশাংদানরকএ। নিংথৌ মচা রূপবাননা হে হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচা নঙনা হায়বা চুমদে ঐনা হায়বা চুমএ হায়না পাও-মেনববু হরি শর্ম্ম কৌবনা * য়াথং অখা থোকনা রাহমলকএ। হে নিংথৌ মচা রূপবান-ও, নঙ হায়না পাওমেনবদি রাজা ঋষি লমচং নত্তে। ব্রাহ্মণ ইগুন ঙাক্তে। পল্লেম নমা পোক্তবীনা না।উয়োকপনা ওইববোইরে হায়না পাওমেনববু না তারবগী নিংথৌ মচা রূপবানদি উনবী পূকনাং ঙকনা নীংখনখিএ। নিংথৌ মচা রূপবাননা পাউহংখিএ। হে ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবা-ও হৌজিক ব্রাহ্মণ নহাকনা পল্লেম পোক্তবনা নাউয়োকপা। হায়ববু পল্লেম ঐবু পোকপদি শঙ্গায় কোল্লোয় মুংলালচান্দা পাটেশ্বরী লৈপাক মবেম্মা ওইরিএ হায়না পাওমেনববু হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচানা পাউথুমলকএ। হে রাজা নিংথৌ মচা রূপবান-ও। পল্লেম

---

পাথৌ—মরুপ। *লাংহৈ—চহী, কুম। নোংমা কোরৌ মুমিৎতা—নোংমগী মুমিৎতা। নিংঙাই শাংদানরকএ-নিংঙাই তৌনরকএ মরৈ য়েংলরকএ। য়াথং অথা থোকনা—অথীবা রাইহনা। রাহম-লকএ—রা হায়রকএ। ব্রাহ্মণ-বামোন। পল্লেম নমা পোক্তবীনা পোক্তবী নমানা। না।উয়েকপনা—য়োকপনা। নীংখনখিএ—মপুকনীংদা খনখি। পাটেশ্বরী—মহারাণী, লৈপাক্সী মবেম্মা।




নমা পোক্তবনে হায়না পাওমেল্লবদা নিংথৌ মচা রূপবানদা কোল্লোয় নীংথিবা য়াথং অমেওবনা পাওমেল্লকএ। হে ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবা-ও কোল্লোয় ঐগী অমীবা য়াথং ঐগী অথাববু মুংঙোন বারৌগুনো হায়না পায়না কোন্নরমলবগা মরান য়াঙনা হলরাইরকলে। পম্ভৌ মপা পোকমাবা চন্দ্রথাজা নিংথৌদা মানবী খুদপনা শমলাং ফাধনা মুকস্থ লৈত্তোন কোন য়াথং হীকহায়ননা পাউহংজখিএ। হে ইশন নিংথৌরেন-ও। তাবিও। নাউবা নপারি ঐবু পোকপী ইমাবু মায়গৈ লমদমকৈদা চংখিরবনো হায়না পাউহংববু পম্ভৌ মপা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাউখুমখিএ। হে পারি নাউবা অখুবা-ও। পল্লেম নমা মহারাণী শঙ্গাই মুংলাংচান্দা লৈবী অসিনে। নাউবা নও পোকপী হায়না পাউমেনববু হোয় য়াদানা পাউখুমলকএ। হে পম্ভৌ নিংথৌরেন-ও। পল্লেম মহারাণী অসিদি নাউবা ঐবু পোকপী নত্তে হায়না ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবনা পল্লেম পাওথংনরকএ। পম্ভৌ কোল্লোয় অরেপ্পা য়াথং অশেংববু পাউতাকপিও হায়না মীংকোয় লাইঙ্গা ঈফমতাউ প্রেম চাইজি ঈরোয়ননা পাউহংজরকলবগী চন্দ্রথাজা নিংথৌদা পাথং লিরেন তংখায় পোকুম্ববু উনবী পূকনীং পোপহৌরকলবগী মপারি চেংলৌ

---

কোল্লোয় নীংথিবা—কঙ্গবা রাহৈ। মুংঙোন বারৌগুনো—পুক্লীংদা বারৌকিস্ন। মরান—ময়ূম। য়াঙনা—থুন। হলরাইরকলে—হল্লকলে। পম্ভৌ মপা পোকমানা—মপা অপোকপা। লমদম কৈদা—মায়গৈ কদোমদা।

চিংনা য়েং প্রেম লাইজা ঈথক হৌনা পাওমেল্লকএ। হে পারি ইমুংগী পল্লেম নঙবু পোকপদী পারি নঙবু নাউনৌরবগা অকেম চকসোম লাংগা ওইখিরে। পারি কোরৌ নোংলাউথী মোংবা থৃচুপ হৌগুমনা মীকপলগুনো। পম্ভৌ নপা নিংথৌ ঐবু লৈএ হায়না মপারিবু ফৈরাতান্দা পম শমলাং তোনগা নান্ শিল্লৌ কৃরাংশীং চীনম্না থম্বাল মায়োক চুপনা শমু মখুং অনীমাপু তাঙজা কোক্তা নম্না মশানৌ রূপধাতৃ মহারাণীবু উনবী লৈনিংশিংলকলবগী প্রেমধারা ঈচেন্নমা তেংথারকএ। হে ইশানৌ মহারাণী রূপধাতৃ কৌবী-ও নপারি নাউরা অথূবনা কাওরেন মপী মাঙবা শন্না সন্নাউ মপী থিরকপাতুকুম্ববু পল্লেম মমা থিরকলে। নিংথৌ ঐবু শানৌ শমু নখোঙ্গুনবু তাকঙনদরে। হে শানৌ ইবেম্মা খম্নুং নরৈপাক্কী ওন্দেরকও সারা নকোন খঙগী হনরাইরক-ও। নাউরা নপারিনা কোরৌ নোংলাউথীগুম মীকপলিবা অসিবু ফৈরা তান্দাথোং খজাই

---

মিংকোয় লাইজা ঈকম তাউ—মমিংতা মপি ঈরা চেন্দুনা, পি তরং তরং চেন্দুনা। প্রেম চাইজি ঈরোয়নননা-মমিত্তা পি শঙ্গনা। মপারি চেংলৌ চিংনা য়েং—মচাগী মশক মুম্না (চিংনা) য়েংদুনা। নাউনৌরবগা-পোকলগা। মীকপলগুনো-কপলগনু। ফৈরা তান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। শমলাং তোনগা নান-মশম নানবিদুনা। উনবী লৈনিংশিংলকলবগী—মপুকনাংদা নাংশিলকলবগী। নপারি নাউরা অথূবনা—নচানিপা পিকলিবসিনা। কাওরেন—শন। খম্নুং নরৈপাক্কী - অশিবগী লৈপাক্তগী, যম লৈপাক্তগী। ওন্দেরকও —হম্নকপ। হনরাইরকও -হল্লকও।

লৈংলোই চূপ শম্‌লাং তোনগা নান, শিন্নৌ কুরাংশীৎ, চীন স্না থম্বাল মায়োকা চূপনা নাউরা চেংলৌ শকোয় য়েংনা অমৃত লাইজা নীংথিববু থীকলেন মায়োক্না হে পারি চেংলৌ শকহেনবা-ও পল্লেম নমা ঐবু লৈএ চীংলেন নোংলাউথী-গুম্ববু চৈরংও হায়না নাউথেমলরো। মোমনু চীনলেম নীংথিবা নখোন নোংনৌবা তানা নিংথৌ ঐবু উনবী পুকনীং পেল্লগে হায়না মপারিবু ওকথীলুমলাংকোন মতৌ কম্বু লৈতনা মীকপথিএ হায়দবরা ? নাউরা পল্লেম পীথাওশীনব রূপথৈনা মমানা মপারিবু নিংথৌ কৈরাথক্কী ওকথীলুমলাং কোন্না ফৈরা তান্দা পম, খজাই লেংলোই চূপ, শম্লাং তোনগা নান, চীনস্না থম্বাল মায়োক চূপ, মীংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম লাইজা থারুপ হৌনা নাউথেমখিএ। হে পারি ইবুংঙো পারি নওবু পল্লেম পোক্কবীনা নাউয়োকএ। হায়ববু তাইবঙ খণ্ডফাত্তবা নমু ঊফাত্তবা কনান, হায়বানো ? পল্লেম পোকমাবা ইপারি নওবু শাংমাবা নপন ঐবু লৈএ হায়না পারি শিংকাশীং লীংলেন নানগা নান্না পাল্লেনখিএ। পল্লেম নমা মা অহৈবা কি লুংঙেন

---

চেংলৌ শকহেনবা—শক ফজবা। চীংলেন নোংলাউথীগুম্ববু—নোংখোংলগুম ( কপ্পবু )। চৈরংও—তোকও। মোমনু—নুঙা। ওকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা চেজেংনা কোন্দুনা। কম্বু—করম্বু। মীকপথিএ—কপথিএ। পল্লেম পীথাওশীনবা—মমাগী মছুৎশিনবা। নিংথৌ কৈরাথক্কী-নিংথেমগী মতম্বাক্কী। ফৈরাতান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। প্রেম লাইজা থারপ হৌনা—অমিত্তা মপি ঈরা চেন্থনা। পল্লেম পোকমাবী-নমা অপোকপী। নওবু শাংমাবী—নওবু পোকপী নমা। নপন—নমা।

মতৌ য়েংনা নমু মীয়াম তিনবা পুন্নমক্তি চন্দ্রথাজা নিংথৌগী কোল্লোয় শঙ্গাই মনিন নাইনা মীকপ্পরে হায়দবরা? নাউব্রা রুপবান্না পল্লেম পম্থৌ মমা মপা অনীমাতা খুকলু লৈপাকতা, মখুৎ জুর তৌ নাউব্রা শমলাং ফাথনা মুকমু লৈতোন কোন্ য়াথং হীকহায়না ভক্তি কাউবী চিগা লুকনা পাউহংজখিএ। হে পল্লেম পম্থৌ অনীমা-ও। নাউব্রা ঐবু পোকপী ইমাবু মায়কৈ লমতম কৈদা চৎখিবনো তাকপিও হায়না পাউহংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিবু লোকলৌ সানা কোন্না পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো পল্লেম নমা পোকমাবীদি শুকমু থনবা রাজনক্ষু কাম্নচোংনা লাংয়াথনবা রাঙেম্বা মকাইকমদা তাইবঙ চীংদি চীংনাউতাবু ফৈনা লান্না খম্মুংচীংদি চীংপীখম্মু ঙমলোম্নখিরে। যমরাজ রায়েনবা মরৈপাকপু ইন্দানখিরে। হে পারি ইবুংঙো পল্লেম কোল্লোয় মতিনমেন মুংওন কোঙ্গোই মরালেপ্পু হন্না হন্না পাওমেল্লগুনো। নপন ঐবু প্রান থরায় ইমিরেনবু ঙমদরে। থরায় নিনমাঙনগুমলে হায়না পাওমেনববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে ইপন নিংথৌরেনও। নপারি ঐবু মুংঙোনতঙতু ঙমলরোই। পল্লেম পম্থৌ অনীমাকি অজ্ঞা বিদায় পীবিও। ইপন হৈনা মতুং ইন্না পল্লেম মার মখোউগ্নবু লীজরুগে হায়না পাওমেল্লবদা মপন

---

মীকপ্পরে—কপ্পরে, কপ্লাউনরে। খুকলু লৈপাকতা মখুৎজুর তৌ—খুরুখুমক কুল্লগা মখুৎ লোম্নতুনা। শুকমু থনবা—পোকপা। কাম্নচোংনা—লান্থোক্তুনা। লাংয়াথনবা—অশিবা। মকাইকমদা—মফমদা। খম্মুং—অশিবগী লৈপাক। ইন্দানখিরে—য়োননলা চৎখে। অজ্ঞা—য়াথং।

চন্দ্রথাজা নিংথৌনসুও পল্লেম পীথাওশীনবী রূপথৈনা কৌবীসুও উনবী পূকনীং ওকনা পাউথুমলকএ। হে পারি ইবুংঙো রূপবান চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-ও নাউরা কোল্লোয় নয়াথংবু পারি করি রানো? অ'ঙাই তাইবঙ মাল্লংপানদী তাইবঙ অমর পীদবগী তাইবঙ পোকসু পোকএ শিসুও শিএ। অমন থমলৈ কূম, অকেম চকমোম লাঙ্গা ওইনা থানফম কোককক্ তম্ লময়াই কাইথিন তমনা চকমোম খাম্বী মৈপূকনুংদা শমু মহাকসাংবু তুমনখিরবনে। প্রাণ থরায় অমতনা যমরাজা র'য়েনবা মরৈপাকপু ইন্দানখিবনে। অমন থমলৈ কূমখিরবা মীগা অঙাই তাইবঙপানবগা খোমলেন মঙলানচানবু নত্তুনদি অঙাই তাইবঙপানগা চেংলৌ শক উন্নোও হায়না তমদরে। কোরৌ কদৌ নোংসুও পল্লেম নমা উররোইএ। তাইবঙ, শিখিরবা পারি থিবা থঙএ হায়ববু থমলাংপা রারীদা হায়রমদে। ইরেংপু রারীদা লেংলমদরে। কোরৌ কদৌ নোংসুও পল্লেম নমা খঙসুরোইএ। পারি করি রানো তঙাইও। নপন নিংথৌ ঐগী কৈরা তাজীনথক্তুম সুংঙাই মরাংকায়না য়াজোইরা-ও

---

পল্লেম পীথাওশীনবী—ইমাশরুবী। চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-ও—শক ফজবা ইবুংঙো। তাইবঙ মাল্লংপান—তাইবংপন, সংসার। অমর-শিবা নাইদবা, শিদবা। অমন থমলৈ কূম—শিবা। অকেম চকমোম লাঙ্গা ওইনা—শিতুনা। চকমোম—মৈ। খাম্বী—মৈ। খোমলেন মঙলানচান—মঙ। থমলাং—ইপা। ইরেং—ইপু। থমলাংপা রারী ইরেংপু রারীদা—ইপা ইপুগী রারীদা। তঙাইও—ঙাইখো। নপন—মপা। কৈরা তাজীন থক্তাতুম—কৈবাক্তুম।

হায়না ফৈরা তান্দা পম্ লোকলৌ শানা কোন্না থৌখাম্ববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে পম্বৌ নিংথৌরেনও নাবা নালি ঐবু পম্বৌগী চেংলৌ শকোইথোংদি মখঙলে। পল্লেমগী চেংলৌ শকপানথোংদি খঙদনা নপারি ঐবু তাইবঙ মুংশাপান্দা য়াংগোইঙমলরোইএ। পম্বৌ ইপা নিংথৌনা নপারি ঐবু পল্লেম খোঙ্গুন থিরুরো হায়না বর লনকুবিত্রবদি নাউবা নপারি ঐবু থাঙলেন খূৎনা ফং ইতোম নাউবা থবায় হাৎনা নোংমল্লগে হায়না পাওমেল্লবদা মপন চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিগী উনবী পূকনং অরেপ্পা কোল্লোয় য়াথং অশেংববু না তারবগী উনবী পূকনীংঙক লৌশিং মতা থিঙমদনা মদাইরেম গণন্তা খেনহৈববু পাউকৌরবগা নিংথৌ সনা ময়াথংবু পোনবী কোকিল খোদাননা পাওমেল্লকএ। হে ইদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা-ও নিংথৌ নাউবা ইপারি রুপবানগী গ্রহ দশা পূম্নমাপু মনুং মপান ফাওনা য়েংও হায়রবদা মদাইরেম খেনহৈবনা নাউবা রুপবানগী মুমিৎ মপোক থি, লোইদাম থাজা খন, চহৈ মশীং লাক গ্রহ মায়োন য়েংনা ঙাংকখিএ। হে

---

থৌখাম্বা - তৌগনু হায়নাখাম্বা। পম্বৌ-ইপা। চেংলৌ শাকোই থোংদি—শকপাম্মোংদি। তাইবং মুংশাপান্দা—সংসারদা, তাইবংপান্দা। য়ংগোই ঙমলরোইএ—লৈবা ঙমলরোইএ—লনকুবিত্রবদি—বর পীবিত্রবদি। থাঙলেন—থাঙ। নোংমল্লগে—শিরগে। গণন্তা খেনহৈবা—পাঞ্জি ক্ষন চাংয়েংবাহৈবা। পাউকৌরবগা—কৌরগা। পোনবী—উচেক। লোইদাম থাজা—থা। চহৈ—চহী।

চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও নিংথৌ নপারি নাউবা রুপবান অসিবু লাংহৈ চহী তরা শুবা অসিদা বিদেশ লৈপাক লান্না বন উবক চংও হায়বা কোল্লোয় মিংচং অথোইবা অমৃত লাইজা ঈবু তানফংবগুম্বু পল্লৌ পা খুঙও পল্লেম পী ফংও, তাল্লোয়ত্ তু খুঙজৌও হায়ববু লৈএ। অসি থোক্রুবদি দুঃখ দশা অরুম্বু লৈএ হায়না ৱাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা অনৌবা পাউহংখিএ। হে ইদাইরেম গনম্ভা থেনহৈবা-ও। নিংথৌ ইপারি নাউবা রুপবান অসিবু দেশ লৈপাক কোয়, বন মারক চংনা নোংমল্লো হায়ববু লৈবরা? অমরক থিংলৌ নাঁংনা তেনা হনৱাইরক্তুনা পল্লৌ পংলৌ শক উনৌও হায়ববু লৈবরা হায়না পাউহংববু মদাইরেম পাঙ্গি থেনহৈবনা ৱাকংখিএ। হে চন্দ্র থাজা কোরৌ ইনোংথৌও নিংথৌ নপারি যুবরাজ রুপবান অসাবু বন মারক চংনা মঙও হায়ববু লৈতেএ। অমরক থিংলৌ নাংনা তেনা হনৱাইরক্তুনা পল্লৌ পল্লেম শক উনা মুংঙাই মরাং কায়না পুন্সি থেঙজেন কুই তোল্লোই মহৈ চানা পাল্লো হায়ববু লৈএ হায়না ৱাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা নহান পূর্ব্বে মমাঙৈগী চাংঙু শিব ময়াথংগীদুঙ লৈএ। পারি নাউনা অসাবু উননা থৌখাম ঙমলরোইএ

---

কোরৌ ইনোংথৌও—মহারাজ ইবুংঙো। বিদেশ—মীরৈপাক। পাল্লেমপী ফংও—মমা অপোকপী ফংও। তাল্লোয় তু—মতু। দুঃখ—অরাবা। ৱাকংলবদা—হঞ্জংলবদা। নোংমল্লো—শিও। অমরক থিংলৌ নাংনা তেনা হনৱাইরক্তুনা-অমুক হন্না হন্নক্তুনা। মুংঙাই মরাং কায়না—য়ামনা মুংঙাই য়াইফনা। পুর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, অতুঙৈদা। শিব—মহাদেব। উনবী থৌখাম ঙমলরোইএ—মাগী মপুক্কিংদা নোংলিবা অসি খাম্বা য়াররোই

খোইয়ম বিথি ৱায়েন খোন্দী খোয়মা লমচাই ফদনা চীঙঙ্ নোংদমখোনব় ইন্নস্নো হায়না নীংথল্লবগী কংলা য়াইপুং থীন্না প্রজা লৈপাক পূন্না তিন, পাত্র মন্ত্রী স্না ফম নাউৱা বিদ্যা লাইরিক তম্বিবা সুশর্ম্ম ব্রাহ্মণসুঙ মপারি হরি শর্ম্ম কৌবসুঙ বৈষ্ণব পূন্নতিন্নবদা নাউশ্না রূপবান্না মপন পন্থৌ নিংথৌ চেপ্রথাজাগী শমু খোঙবী লৈখে পায়না দশুবৎ মাল্লেম লৈদা পকনা অজ্ঞা বিদায় নিরবগী চেপ্রথাজা নিংথৌনা মপারিবু স্না তাঙ্কা লনয়াম পী, লুপা পুংবুরেমনা পারি ঙাইরোয়নখিও। পন্থৌ নপা নিংথৌ ঐগী বর ঈরনকুদগী পল্লেম চেংলৌ শক উনা রূপাংতৃ মহারাণীগী শমু মখোঙ্গুনবু য়োন্দনা তানফংও হায়না শমু থূংনা নান্না বর লনকুরবদা নাউৱা রূপবান্না পাওমেঞ্জরকএ। হে ইপন নিংথৌরেনও। বিদেশ লৈপাক কোয়ন্নবদা থন লনয়াম পুরবদি ডাকু লিংজেন ফত্তবনা থন মীরন পাম্বগী প্রাণ থরায় মাঙবনে। বিদ্যা মহৈ হৈববু হেন্না থন লনয়াম হায়বা অমা লৈতে। সত্য রাচুম অরেম্নবু হেন্না সঙ্গ লমলোই হায়বা অমা লৈতে। ভক্তি মুক্তি

---

খোইয়ম—লাই। চীঙঙ্ নোংদমখোনবু—লাইনা তম্ববু। কংলা য়াইপুং থীন্না—কংলা য়াইবুং য়ৈনা। মপারি—মচানিপা। মপন—মপা। শমুখোঙবী লৈখে পায়বা—মখোঙ খোঙবী পায়তুনা। মাল্লেম লৈদা—লৈপাক্তা। অজ্ঞা—য়াথং। ঙাইরোয়নখিও—লোয়নখো। পল্লেম চেংলৌশকউনা—মমাগী মশক উতুনা। য়োন্দনা তানফংও—লেপ্না ফংও, শোয়দনা ফংও। বিদেশ লৈপাক কোয়রবদা—মীরৈপাক কোয়বদা।

অনীমাস্তও সত্য মাঙোন্দগী মপোকএ। গুণ মাঙোন্দগী মপোকএ। পল্লৌ পল্লেম অনীমাগী মতীক গুণ অরুবস্তু বিস্তা লাইরিক হৈবা সত্য রাচুম সূনা ঊনবী পুরুনীং অরেপ্পা মাঙোন্দগী মথোকএ। ধন লনয়াম পুল্লোইএ। নাউবা চেথপ অমগা কালি মূকতমফ, অমগা কলম ইথৃংস্থগা পুজগে হায়না ধন লন অয়াম্বু মপন শমু মখোঙ থাদা কংলমএ হাঃদবরা? নাউবা রূপবাদি পল্লেম পীথাঙশীনবী রূপধৈন্যা মহারাণীদা দণ্ডবং মালেম লৈদা পক পল্লেম খোঙবাঁলৈখৈ পায় ভক্তি কাওবীচিগালুকনা অজ্ঞা বিদায় নিজবম্ব পল্লেম রূপধৈন্যা মহারাণীনা মপারিবু ঙকথীলুমলাংকোন খজই লেংলোই চূপনা শমলাং তোনগা নান্ শিন্নৌ কুরাংশীং চীন সনা থম্বাল মায়য়োক চূপনা পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো চেংলৌশক্কোয় হেনবাও পারি চেংলৌ শক্কোই থোংবু কোরৌনিদি নোংজা হাঙদনা শ্রীবলাব নোংপোকচাকমিংসেন্না ছায়া মিরেন ফানবগুম পারি চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা পেঙ্গরবনে। অসি কোরৌ মুমিংমাগী মখৈবু পারি নঙনা চংখিবা লমদম মায়গৈ লমদম য়েংনা নোংথোই-রঙেনে। তৌইগুন টাঙও শিদবনা লনকুস্থসো। নপন ঐগী বর ইরনকুদগী পল্লেমপীথাঙশীনবী রূপধাতৃ মহারাণীবু তাইবঙ ওন্দেরক

---

ধণ-শেন, লন। লমলোই-মরুপ। সত্য রাচুম সূনা-অচুম্বা ঙাঙতুনা। মূকতমফ—মুকফ। পল্লেমপীথাঙশীনবী—মমা শকপী। কাওবী চিগা লুকনা। মরু লুকনা। ঙকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা কোন্দুনা। পারি চেংলৌ শক্কোই থোংবু—ইচাগী মায়থোংবু। কোরৌনিদি নোংজা হাঙদনা—নোংমতা লেপ্পনা। তৌইগুম—তৌইগুম্বস্থং। লনকস্থনো—থৌজানবিসম্ভ। ওন্দেরক—হল্লকপা।

মাল্লং হলব্রাইরকপবু পারি লেপনা তানফংলক-ও। পল্লেমপীথ.ও-শীনবী ইচেমগী স্নামখোঙখাদা য়োন্নবা সেবা থৌখন ফংজরবু ওইজগে। পাগ্নি পাকোন খুলোংগুনো। নাউব্রা শম্বী খুনান থোক্লুনো। রূপন ঐগী পায়মা খোয়জঙবা তিল্লাং খোয়দা থোইবা নঙবু লোইদাম থাশীং য়ামগুনো, লাংহৈ কুমশীং ওনগুনো। পল্লেম ইচেম ইবেম্মা রূপধাতু মহারাণীবু পুনা নরান য়াঙনা গুন্দেরকও, পাগ্নি নচীং থুনা হনব্রাইরকও হায়না বন্ন বিদায় লনকুব্বিরে হায়দবরা? নাউব্রা রূপবান্না বিদ্যা উত্না তথোইবা সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণবু পুজা ঈন্নাংননা পুরুমজরে। সুশর্ম্মা ব্রাহ্মন্না গঙ্গা লাইজা ঈন্নীক লাইবু রূপবান লব্রাই কোয়রেনথক্তা লাইজা খিকফেন চাইনা পল্লেম তানফংলকও হায়না বন্ন লনকুবিরে। ব্রাহ্মণ মপারি হরি শর্ম্ম কৌববু শমু মায়য়োন্ননা পুনেমজববু হরি শর্ম্ম ব্রাহ্মণ মচানা নাউব্রা রূপবানবু চেংলৌ শক্তোয় চিংনা

---

হলব্রাইরকপা—হল্লকপা। লেপনা তানফংলকও—শোয়দনা ফংঙকও। পায়মা খোয়জঙবা তিল্লাং খোয়দা থোইবা—থল্লায়না তাবা। লোইদাম থাশীং—থা মশীং। লাংহৈ কুমশীং—চহী মশীং। নরান—নয়ুম। য়াঙনা-থুনা। গুন্দেরকও-হল্লকও। হনব্রাইরকও—হল্লকও বন্ন বিদায় লনকুবিরে—বন্ন পীব্রগা বিদায় জৌবিরে। পুরুমজরে-খুরুমজরে। গঙ্গা লাইজা ঈন্নীকলাইবু-গঙ্গাজলবু, গঙ্গাগী ঈশিং। লব্রাই কোয়রেনথক্তা—লব্রাই লেম্ফুদী, মকোক্তা। লাইজা খিকফেন চাইনা-ঈশিং খিকপিত্তুনা। পল্লেম তানফংলকও-নমা ফংমকও। বন্ন লনকুবিরে—বন্ন পীবিরে। পুনেমজববু-খুরুমজববু। ব্রাহ্মণ মপারি—বামোন মচা। খুজেং হংজি পায়না

য়েংনা নাউরা খুজেং হংজি পায় মিৎকোয় লাইজা ঈকমতাউ প্রেম থারুপ ঈচেমনা পাওনেল্লকএ। হে রাজা নিংথৌরেনগী মপারি পাথৌ যুবরাজ রূপবান কৃষ্ণ ভক্তি অরেম্বা-ও পন্নেম ইমা ইবেম্মা রূপধাতু মহারাণীবু য়োকনা তানকংববু হরি সনা মখোঙখানা লনকুরম্নো হায়না আশীর্বাদ য়াথং শীওেংন লৈথোন্নমা পাওনেম্নবগা নাউরা রূপবান্দি পাত্র মন্ত্রি অওবদা পাপ্রেমেল্লকএ। হে পাত্র মন্ত্রি ইপুথোয় পন্থৌ ইপা নিংথৌবু পুয়োক লাংগোনবিরম্মো হায়না পায়না কোম্নরম্লবগা প্রজা লৈপাক পুম্নমাপু শৃপনা পুরুমলমলবগা নাউরা রূপবানদো চেথুপ নাক্তা য়েপ, মূকফ, খৃত্তা পায় কোংলান নাদা থেংনা মান নিংথৌ মামখোঙখাগী যাত্রা খোঙশানগে হায়বগী খম্নং যমরাজা রায়েনবা মা মরিবাক্তি হাওরৈ খানা পাংনা লৈএ হায়এ হায়না স্বর মায়ওন য়েং, হরি নিংলেন শোন, শমু মমায় মখা পাংনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ কূনা শোন্না যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা।

নাউরা রূপবান্না শমু মমায় হন্না য়েংদনা যাত্রা খোঙশানখিবথু প্রজা লৈপাক পুমনামানা চেংলৌ মিংথিংলা মিংয়েং তেনপান

---

—মখুদাং পায়তুনা। মিৎকোয় লাইজা ঈকম তাউ প্রেম থারুপননা—মমিত্তা মপি ঈরা চেন্দুনা। পাথৌ—মরুপ। য়োক্তনা—শোয়দনা। পুয়োক লাংগোনবিরম্মো—নিংথৌবু ওাক শেনবিরম্মো। পুরুমলমলবগা—থুরুম্নমলগা। যাত্রা খোঙশানগে হায়বগী—যাত্রা তোগে হায়বগী। খম্নুং যমরাজা—অশিবগী লৈপাকী নিংথৌ। হাওরৈ—মায়গৈ। কূংনা শোম্না—য়ামনা তেংয়না শোন্দুনা। চেংলৌ মিংথিংলা—য়েংবা।

থোইরবগী মীকপ, খোনমান্নবনা কবো চাংশোয় ইরাউখোন,
থিংঙেন লাইজা ঈনন্থায়গুম মীকপনরোৗরে হায়দবরা ?

নাউরা রুপবানদি মায়গৈ লমদম য়েং পামেন উয়াম খায়, পুখ্রী ফৈনা তুপ, তুবেন ফৈনা লাল, চীংশা নাপোম শম্, উংখঙ পোংখাদা, উথায়ায়বেক্তা অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মুংথিন অরা পোথাদা চৎলক্পবু লেইদাম থাবুম অঈম গুরবদা মীরৈপাক মিথুন পানববু অমা তারুরে। নাউরা রুপবান্না তারুবা লৈপাক অতুগী মতৌদি মোংবা য়ুমলেন হাঙ, নমু মী লৈতা, মোংবা ইমুং মাঙ্গোন অনীমাপু তিঙ্গোই পুমথাঙলোল, তিংথৌ হাজং হৌনা নমু মী খোঙখুন্দি তাদরে। চরৈ য়াকু তৈ মোল্লাং ওপ্তাই-মাদি তারিয়ে। চোয়নৌ সনা কোলাংচান লুপা য়াইমক্দি চাইনা লংনা তারিএ। মতৌ কবম্বনো মোংবা য়ুম হোংলবন্তুঙ পোংলোই অসি খৈবিক পুনা তোংঙৈনে। নমু মীতমথীনা প্রাণ থরায় হাৎখিরবন্তুঙ শরালুমথাংথৌদি তাঙৈনে। মতৌ কবম্বনো হায়না নাউরা রুপবান্দি য়ুমলেন মতৌ য়েংনা উনবী পুকনীং ঙকনা লৌশিং মতা থিঙমদনা নগর খুনয়ায় থায়না চৎলকপদা নমু মী

---

থিংঙেন লাইজা—থিংঙেনগী ঈশিং। ঈনমথায়গুম—ঈশিং নমথায়গুম। মীকপ্পরোৗরে—কপ্পহৌরে। পামেন—উ। মোংবা—য়ুম। নমু—তাইবঙ মী। তিঙ্গোই—নাপী মখল অমা। চরৈয়াকু—কমুংগী ফিরোন। মোল্লাং ওপ্তাই—মোন। চোয়নৌ—সনা। নমু মীতমথীনা—ফত্তবা মীনা। শরালুমথাংথৌ—লাইব্দকী শরু।

ওম্থে ক সাধু জন অমৰু লমওক্লরে। নাউরা রূপবান্না নমু মীশক য়েংনা কোল্লোয় অমেডবা য়াথং নাংথিবনা পাউহংথিএ। হে পম্থৌ লৈবাং মতম মানবা-ও মাল্লেম লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মমিং-থোংসুঙ করি কৌবনো? নিংথৌ লৈপাক মপুসুঙ করি কৌবনো? নমু মীদি লৈতে। চবৈ য়াকুতে মোল্লাং তপ্তাইমাদি তারিএ। চোয়নৌ সনা লংনা তা লুপা চোইনা চাইনা মোংবা য়ুমলেন হাউ-লিবা অসিসুঙ মতৌ করম্বনো হায়না পাউহংবৰু নমু অহল ওইবনা পাউথুনলকএ। হে নাউরা নাংথিবা-ও লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মমিংদি কাঞ্চন নগর-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ লৈপাক মপুগী কোল্লোয় মমিংথোংদি বীরসিংহ-ও তৌনা কৌএ। লৈপাক মবেম্মাদি ধর্ম্মেশ্বরী-ও তৌনা কৌএ। নিংথৌ মহারাণী অনীমানা পোকচবা মচা নূপী যুবতী লৈশাবী অমসুঙ লৈএ। কোল্লোয় মমিংথোংদি হেমলতা-ও তৌনা কৌএ।

নাউরা নওনা লাকপদা মোংবা য়ুমলেন হাওএ হায়বদা নিংথৌ মরৈবাক অসিদা ব্রহ্মরাক্ষস কৌবা হিংচাবা অমা লৈএ। কোরৌ নোংজা খুদিংগী নমু মীপুম অমমম হন্না চাকিএ। নিত্তি নোংবুম হাওদনা নম্ন মীপুম অমমম চারকপৰু কোরৌ মশীং

লমওক্লরে—থেংনরে, ওক্লরে। কোল্লোয় মমিংথোং—মমিং। লৈপাকমপু—নিংথৌ। কোল্লোয়—মিং। যুবতী—লৈশাবী। কোরৌ নোংজা খুদিংগী—মুমিৎ খুদিংগী। নিত্তি নোংবুম হাওদনা—নোংমতা লে· · ·কারৌ মশীং—মুমিৎ মশীং।

য়ামলকল্লবগী মোংবা য়ুমলেন হাঙলকলবনে হায়না পাউতাকপবু না তারবগী নাউরা রুপবান্দি উনবী পুকনীং ঙক্, নাউরা লীন সনা চীনবান থোঙদা বিষ্ণু বিষ্ণু শোম্না চৎলকপবু মোংবা য়ুমলেন মুংঙাইবা অমবু তানফংলুরে। মোংবা য়ুমলেন য়ায় অতুদা নমু মীপুম মঙা লৈএ। কোরৌ অহুগী মুমিং অতুদি বীরসিংহ নিংথৌ মদাইরেম ফৈদা নাইফা থোঙখৈলেনগী হাওসি শূপনা ঙমচিংবনা লীচৈ তরান শূনা রাহমখিএ। নমু মীপুম মঙামা-ও। অসি কোরৌ ইমুংমাগী ব্রহ্মরাক্ষসকী বন্ধান মীহুনববু মোংবা য়ুমলেন মখোয় থোকলে হায়না থৌথারবদা মোংবা মরান য়ায় নমু মীপুম মঙামানা হায়জখিএ। হে ফৈদা নাইফা থোঙখৈরেনগী হুঞ্জবা-ও। সনা নরেপ তম্ লুপানা খন ওলগে। মোংবা য়ুমথাঙ কান্না থৈবিও। হায়না পাওমেনববু ফৈদা নাইফা হুঞ্জবনা পাওমেনখিএ। হে নমু মীপুম মঙামা-ও য়ারা লনয়াম চানা মোংবা য়ুমথাঙ কাল্লে হায়ববু নিংথৌসনা নাকোং তারে। মোংবা য়ুমলেন চোংঙম্লরেইএ। নিংথৌ রাজদণ্ডি অচৌববু শোংকি হায়না পাউয়াদনা মরান ওন্দেখিরবগী নমু মীপুম মঙামাতো তোরৈবান পানতোন থক্তা ক্ষমনা পারি কনা চৎ, অতোন কনা লেমহৌগবনো হায়না পল্লেম চেংলৌ শকয়েংনা পন্থৌ কোল্লোয় পাওমেন্নন মীকপরিরৈঙদা নাউরা

---

না তারবগী-তারবগী। তানফংলুরে-ফংলুরে। নিংথৌ মদাইরেম-নিংথৌ মনাই। রাহমখিএ—রা হায়খিএ। শোংকি—কি। য়াথং পাউ য়াদনা—হায়রিবা রাফম অতু য়াদানা। মরান ওন্দেখিরবগী —ময়ুমদা হুনখ্রবগী। পারি—মচা নিপা। মীকপ্পরিরৈঙদা—কপ্প

রূপবানসুও লমদম মতা অতুদা য়োয়ময়ায় লাইরেন তাউদনবনা মতাংতেন, মুমিং থোঙলেন লুমখিরবগী উনবী নীঙখনখিএ। লহান নমু মা লৈতরিঙেদি পামেন উখোঙখাদসুও খোয়মা নারোনমুংদসুও কৌবা য়ায়রেকএ চাংনুং নোংফাইএ। হৌজিক নমু মী লৈরবদি পামেন উখোঙ য়ায়রেকফরোইএ, খোয়মা নারোননুংদা কৌবা লমদনফরোইএ। অহিং চাকি হুরানবা, শজিবু লৈখুন তৌবা, মীলন পাবোং লোনবনে হায়না ফারঙেনে। নমু মীবু লৈরবদি মোংবা য়ুমলেন চঙনা কৌবা য়ায়রেক্কে চাংনুং নোংফাইগে হায়না নমু মাপুম মঙা লৈবা মোংবা মরানয়ায়দা চঙনা পাওমেন-খিএ। হে পল্লেম পন্থৌঙাইবশিংও নাউরা নপারি ঐবু মায়গে লমদম অতাম্বদগী লাকপবু মুমিং থোঙলেন খমখিরে। মোংবা নরানয়ায় অসিদা কৌবা য়ায়রেকচখিগে হায়না পাওমেনববু নাতারবগী হরাউ পূকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে পারি লৈরাংমতম মানবা ও চেংলো শকপানথোঙসুও হেনথোইএ। কোল্লোয় নয়াথংসু

---

লাউনরিংঙদা। য়োয়ময়ায় লাইরেন তাউদনবা—মুমিং। থোঙলেন লুমখিরবগী-মুমিং ময়ুম চঙশুবগী। উনবী নীঙখনখিএ —মপুকনীংদা খনখি। খোয়মা নারোন মুংদশুঙ-নাপী মরক্কসুঙ। কৌবা য়ায়রেকএ চাংনুং নোংফাইএ-অহিং লেক্কুনা লৈথোকই। কৌবা লমদনফরোইএ—অহিং লেনফরোইএ। মোংবা য়ুমলেম চঙনা—য়ুম মনুংদা চঙতুনা। চাংনুং নোংফাইগে—অহিং লেক্কে। লমদম অতাম্বদগী—লম অরাপ্পদগী। মুমিং থোঙলেন খমখিরে —মুমিং তাখরে। মোংবা নরানয়ায় অসিদা—ময়ুম অসিদা।

মুংশিএ পারি লাউও হায়না তৌরাংফকচা পীনা নাউব্রা রুপবানবু ফমফমহল্লবদা নমু মীপুম মঙা লৈবা ব্রাহ্মণ ময়ুমনাকনা নাউব্রা রুপবানবু সেবা য়োইথোন্ননা তরা চা পীজা হৈরাঙ অমুন য়েং তাউজীং অথুম থন্ কা তাউজীং হৈরানথোইনা য়োইচানবিরবগা অঙান তাংলৌ থেঙলকলবগী ব্রাহ্মণ ময়ুমনাক্তো রাক্ষস বন্ধান চৎকদববু খন্নরকনে। ব্রাহ্মণ অহল ওইবনা পাওমেনখিএ। হে পারি অহুম্মা-ও পল্লেম সেবা য়োইথোম্ননা পাল্লকও। নপন ঐনা চৎকে হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণী অহল মতম ওইরবীনা পাউ-খুমলকএ। হে ঠাকুর অহন মতম ওইরবা-ও পস্থৌ নপা নচা মরিমাতি খোইয়ম লাইবু নীঙনা য়াঙ্গোইও নশানৌ ঐনা চৎক-নিএ হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণ মপারি অহুম্মাসুঙ অহনা অহন ঐ চৎকে, নাহানা নাহা ঐ চৎকে হায়না প্রেম খকমাভানা পাওমেন্নববু নাউব্রা রুপবান্বা চেংলৌ মিংথিংলবগী মুংঙোন পাউহংলকএ। হে পস্থৌ পল্লেম ঙাইও। জাৎসুঙ করিজাৎনো মতৌকরিগুম্বগী প্রেমখকমা তানা মুংঙোন পাওমেন্নবনো হায়না পাউহংববু ব্রহ্মা অহন ওইবনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা

---

তৌরাংফকচা পীনা-তৌনা শাবা ফকলে নপীতুনা। ফমফম হল্লবদা -ফমহল্লবদা। সেবা য়োইথোন্না—সেবা লুনা তৌদুনা। তরা চা পীজা-চাক পীজতুনা। তাউজাং - হৈ। তাংলৌ থেঙলকবগী-মতম থেঙলকলবদা। বন্ধান চৎকদববু-চাকছুম চৎকদববু। পাল্লকও-মুঙাইনা লৈরকও। খোইয়ম-লাই। য়াঙ্গোইও-লৈও, পাল্লো। নশানৌ-নমাউ। ব্রাহ্মণ মপা রি-নাম্মোন মচা। প্রেম খকমা তানা-

বিদেশা-ও করিগুং পাউহ গুনো নাউয়া ননীঙতম্মা মোংবা ইরান-য়ায়দাতুম খোমলেন তূমগান-ও হায়না পাওমেনববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে পঙ্গৌ অহন ওইরবা-ও নাউরা নপারি ঐস্তুঙ হরাউ পূকনাং চঙনা দেশ লৈপাক কোয়রকপবু নত্তে। নাউরা ইাতিক নত্তনা চিন্তা পোৎলূম পুনা লাকলিবনে, নুংঙোন অবাবা করম্বা অমবু লমওক্করবনো তাজনীংএ হায়না পাউহংববু ব্রাহ্মণ আহন ওইবনা রুপবান চেংলৌ শক্কোয় য়েং কোল্লোয় মপাউ তানা নুংশি পূকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে নাউয়া নীংথিবা নংবু দেশ কৈদা পোকপনো? পঙ্গৌ নপা কনানা য়েনবনো? পল্লেম কনানা পোকপনো? কোল্লোয় নমিং-খোংস্তুঙ করি কৌবনো? নপন ঐদি ব্রাহ্মণ জাৎতা পোকএ হায়না পাউহংববু নাউরা রুপবান্না মথূৎ জুব তৌ ভক্তি কাওবী চিগা লূকনা পাউথুমলকএ। হে কংকা ব্রাহ্মণ অথোইবা ব্রহ্মা

---

মমিত্তা মপি তাত্তুনা। পাওমেম্নববু—পুকমেন পাওমেম্নববু। নাউরা—অঙাং ওইরিবা। চেংলৌ মিৎথিৎলবগী-উরবগী। মতৌ করিগুম্বগী—করি মরমগী। নুংঙোন পাওমেম্নবনো—পূকনীং নুংশিনা পূকমেন পাওমেম্নবনো। ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা—বামোন হল্লুবনা। বিদেশা-ও—মীরৈপাক মচা-ও। মোংবা ইরানয়ায়দত্তুম—ইয়ূমচত্তুম। খোমলেন তূমগন-ও- তূমত্তুনা লৈয়। পঙ্গৌ—ইপা। চিন্তা পোৎলূম পুনা—চিন্তা পুত্তুনা। লমওক্করবনো—থেংনরবনো? চেংলৌ শক্কোয় য়েং-মশক য়েংনা। দেশ কৈদা পোকপনো—করি লৈপাক্তা পোকপনো। মথূৎ জুর তৌ—মথৎ লোম্নত্তুনা। ভক্তি কাওবী চিগা লূকনা—

চীনবানখোংগী নাউনৌ হাথবা-ও। মনাই নাউরা ঐবু চম্পক নগর কৌবা লৈপাক্কা পোকএ। নাউরা ঐবু পোকপা ইপাদি চন্দ্রধ্বজা নিংথৌ-ও তৌনা কৌএ। ঐবু পোকপী ইমাদি রূপধাতু মহারাণী-ও তৌনা কৌএ। নাউরা কোল্লোয় ইমিংথোংদি রূপবান-ও তৌনা কৌএ। পল্লেম ঐবু পোকপী ইমাবু নাউরা ঐবু নাউনৌ-রবগা তন্না অমন খমলৈ কুমখিবে হায়এ। পল্লেম চেংলৌ খঙহৌদে। নাউরা ঐনা চাউবা লেপ ফারবদা বিদ্যা লাইরিক তম্বা সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণ অতুগী মপারি হরি শর্ম্মা কৌবা উত্তম ব্রাহ্মণ মচা অতুগা লাইরিক অর্থ রাগী নিংঙাই শাংদানরকপদা ব্রাহ্মণ মচা হরি শর্ম্ম কৌবনা হে রাজা নিংথৌ মচা রূপবান-ও নঙ হায়না রা হায়বদি পল্লেম পোক্কবনা নাউয়োকপনা ওইরবেইরে হায়না পল্লেম পাউথংনারকপা রাগী যম সনা মরৈবাক্তা পল্লেম ইমা পোকমাবীগী মার সনা মখোঙ্গুনবু লীরগে হায়দা প্রেম খকা তানা চংলকপনে। নুংঙোন মতৌ অরাবা করম্বু লমওক্করবনো না তাজনীংএ হায়না পাওমেনবব না তারবগী ব্রাহ্মণ অহন

---

মরুলুকনা ভক্তি তৌতুনা। নাউনৌ হায়বা—পোকলকপা। কোল্লোয় ইমিংথোংদি-ঐগী ইমিংদি। নাউনৌরবগা-পোকলগা। তন্না—য়াওনা, থুনা। অমম খমলৈ কুমখিরে—শিখরে। পল্লেম চেংলৌ খঙহৌদে—ইমা মশক খঙহৌদে (উহৌদে)। চাউবা লেপফারবদা—চাউরকলবদা। নিঙাই শাংদানরকপদা—মরৈ য়েৎনরকপদা। পল্লেম পোক্কবনা নাউয়োকপনা—নমাপোক্কবনা লাংগোনবনা। পল্লেম ইমা পোকমাবীগী-ঐবু পোকপা ইমাগী।

ওইরবনা রাহমনকএ। হে যুবরাজ রুপবানও বৈষ্ণব কোল্লোয় নপাউমেনস্নুও ওহ্নোকপনে। ব্রাহ্মণ ঐগী মুংঙোন ব্রারন ওহ্নোকপস্নুও রাহমনককে। কাঞ্চণ নগর কৌবা লৈপাক অসিদা ব্রহ্মরাক্ষস কৌবা হিংচাবা অমা লৈএ কোরৌ নোংজা থূদিংবু—নমু মীপূম অমমম হুন্না চারিএ। অদুগী বন্ধান মীপূম হুনববু অসি মুনিংমাদি মো বা ইরানয়ায়দা খোকনবগী রাক্ষস বন্ধান চংনববু মুংঙান মীকপারিবনে হায়না পাওমেনববু নাতারবগী নাউরা রুপবান্না পাওমেননকএ। হে কঙ্ক ব্রাহ্মণ অথোইবা-ও নাউরা রুপবান ঐগী উনবা পূকনাং অপাদাবু ওইরে। রাক্ষস বন্ধান মীপূম হুনববু ব্রাহ্মণ নহুং শিন্না নগাই ঐনা চংগে হায়না পাওমেনববু ব্রহ্মা অহন ওইবনা রাহমথিএ। হে নাউরা রুপবান-ও চীওউ বিধি মথোয়বু খোয়মা লমচাইফরোইএ। খোইয়ন মথোথাবু নাউরা নহুবু থাদে ব্রাহ্মণ ঐবু থাবনে। নমু মাহুং শিনফরোইএ। বাদেন লমচং নাও। মোংবা ইরানয়ায়দা চরৈ য়াকুতৈ মোল্লাং তপ্তাই থানা অহিং খোমলেন ভূমকনবগী বৌবা নোংগা

---

লমওকুরবনো—থেংনরবনো। রাহমনকএ—রা হায়রকএ। কোরৌ নোংজা থূদিংবু-নুমিং থূদিংগীবু নমু মাপু। অমমম হুন্না—মী অমমম পীদুনা। বন্ধান মীপূম হুনববু—মাগী চানবা মী হুনববু (পীববু)। অসি কোরৌ মুনিংমাদি—ওসগী মুনিং অসিমদি। মোংবা ইরানয়ায়দা—ঐগী ইয়ুমদা। মীকপ্পরিবনে—কপ্প লাউনরিবনে। খোয়মা লমচাইফরোইএ—চেনবা য়ারোই। চরৈ য়াকুতৈ—ফমুংগী ফিরোন শীজিন্নদুনা। মোল্লাং তপ্তাই পানা

শোয়রবগা তরা চাঙনচানা পল্লেম খোঙথুন লীবা দেও, হায়না রাহম্বব্ হোয় য়াদানা পাওমেনলকএ। হে ব্রাহ্মা অথোইবা-ও হায়বিগুনো। তাইবঙ নোংসাপান্না অমন খমলে কূমখরবা মীবু ফংনবা হৌনদবগী নাউরা শমু ইহকসাং অরেপ্পা অসিবু রাক্ষসনা চাবিরবগা প্রাণ থরায় ইমিরেন্না পল্লেম থুনা তানফংকস্তুনো হায়না শ্রী কৃষ্ণ লাই য়থৌনা লনকুবিরকলবনে হায়না পায়মা পূকনাং শেংনা পাওমেল্লবদা ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা মপারি অনী শীনা ফূবা লাইয়ূম নমু মাক লোথোকএ। ঈঙ্গি লৈমায় তৈ শঙ্গীকাংনান্না মনম উনবা পূকনীংহূবা দেন মশীংদুনা চাই, শীংঙেন লৈয়াম হুন, ধুপ মৈথু চাউনা কা, প্রদীপ থাউমে চীকনা থান্না শানশেমলবগা নাউরা রূপবানবু ফূবা লাইয়ূম মুংদা থিনজিল্লমলগা মরান ওন্দেখিরে। নাউরা রুপবান্দি ফূরা লাইয়ূম মুংদা হরি মিংলেন শোন্না ফমফমলিংঙদা রাক্ষস হিংচাবদি কোরৌ খেংগা খোং রাংবন লাউগা লাউ মাল্লেম

---

—মোন খাওতুনা। কৌবা নোংগা শোয়রবগা—নোং ঙাল্লগা। তরা চাঙন চানা—চাক ঙন্তানা চাতুনা। রাহম্বরু—হায়ববু। অমন খমলৈ কূমখরবা—শিগ্রবা। রাক্ষসনা—হিংচাবনা। থরায় ইমিরেন্না—ঐগী থরায়না। তানফংকস্তুনো—ফংস্রুসনু। লনকুবি-রকলবনে—চানবিরকলবনে। মপারি অনী শীনা—মচানিপা অনা থাতুনা। নমু মাক—মাগী শক। শীংঙেন—লৈ। প্রদীপ—থাউমে। শানশেমলবগা-শেমলগা। মরান ওন্দেখিরে—ময়ূমদা হনখরে। লাইয়ূম মুংদা—লাইশঙ মন্নুংদা। কোরৌ খোংগা খোং রাংবন লাউগা লাউ—অতিয়াদা লাউ খোংদুনা।

লৈবু নীকন্না পাইরকপবু নাউবা রুপবান্না না তারবগী ফূরা থোঙজীন পায়না মায়গৈ লননম কোয়না য়েংববু উদ্রবগী ফূরা লাইয়ূম মুং চঙনা মালা লীকচংথোই হুরি মিংলেন শোন্না কমফমলঙেদা ব্রহ্মরাক্ষসনা ফূরা লাইয়ূম মুংদা থুংলবগা ফূরা মতৌ-য়েং নাউরা চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা য়ারা তুকুপ চুংনা শোংকি পুকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা নঙবু কনানো ? নমু মীমচন্বু মান্দে। দেশ লৈপাক করম্বদা পোকপানো? পম্হৌ নপা কনানা য়েনবনো? পল্লেম নমা কনানা পোকপানো ? কোল্লোয় নমিংথোঙম্বুঙ করি কৌবনো? মতৌ করিগী ফূরা ঐগী বন্ধান শঙদা লৈরম্বনো হায়না পাউহংববু নাউরা রুপবান্না য়াথং ভক্তি তৌনা পাউখুমলকএ। হে মহাশয় বৈষ্ণব উনবী অচেৎপা নঙহুম কনানো? নাউরা ঐনা পোকপা দেশ ইরৈবাক্তি চম্পক নগরও তৌনা কৌএ। ইপন ঐবু পোকপদি চন্দ্রথাজা নিংথৌ-ও তৌনা কৌএ। পল্লেম ঐবু পোকপীদি রুপধাতৃ মহারাণী-ও তৌনা কৌএ। নাউরা কোল্লোয় ইমিংথোংদি রুপবান-ও তৌনা কৌএ। নাউরা

---

মালেম লৈ—লৈপাক। মালা লীকচংথোই-মালা চত্তুনা। ফমফমলিংঙদা—ফমত্তুনা লৈরিঙৈদা। চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা—মশক মতৌ য়েংত্তুনা। য়ারা তুকুপ চুংনা—মতু চুংত্তুনা। শোংকি পুকনীং চঙনা—মপুক্নীংদা অকিবা পোক্তুনা। নমু মীমচন্বু—মীচম। য়েনবনো—পোকপনো। ফূরা—লাইয়ূম। বন্ধানশঙ—ঐগী চাকথা হুনফম য়ূম। য়াথং ভক্তি তৌনা—য়ামনা নোল্লুক্তনা। ইপান ঐবু পোকপাদ—ঐবু পোকপা ইপাদি। কোল্লোয় ইমিংথোংদি—ঐগী ইমিংদি। নাউনৌরবগা-পোকলগা। পল্লেম

ঐবু নাঙিনৌরবগা পল্লেম অমন খমলৈ কুমখিরবগী ইপন্ হৈনা মতুং ইন্না পল্লেম মার মখোঙ্গুনবু লীরগে হায়না যম নিংথৌ রায়েনবা স্না মরৈবাকপু ইন্দাল্লকপবু তঙানবনা মতাং তেন মুমিং থোঙলেন লুমখিরবগী নমু মীপুম মঙালৈবা মখানয়ায় অসিদা কৌবা য়াযরেক্কে চাংনুং নোংফাইগে হায়নবু তব। খুংপুন হুকলবগা ফুরা লাইয়ুম অসিদা ইনুং কৌবা য়ায়বেকও হায়না থমলম্ম। হে মহাশয় নরান নঙগী যুমলেনয়ায়রা, ফুরা নকাই-ফমলা? নাউরা ঐবু লৈরমলে মুংঙোন রারৌগুনো হায়না পাঙ-মেনববু ব্রহ্মরাক্ষসনা নীঙখনখিএ। চীঙঙ ঐগী কোরৌ বন্ধান মীবু নমু মীপুম মঙা লৈবা যুম অসিদা থোকলবগী দেশ লৈবাক কোয়বা নাউরা অসিবু কপোট লোৌনম তৌনা শমু মঙ্গুংশিন্না থমলরবা ওইবে। তৌইগুমসুঙ চীঙঙ নোংদম্বনা রাক্ষস ঐগী মহাপাপ অচৌববু কোকচরস্নুনো শংলৌ থৌবাঙ পীরকলবরা। চীঙঙ মরনকুবু য়োন্দবা ওইরস্নুনো হায়না রাহমলকএ। হে নাঙবা রূপবান-ও চীঙঙ ঐদি খোইয়ম লাইহিংচানে। কোল্লোয় ইমিংথোংদি ব্রহ্মরাক্ষস-ও তৌনা কৌএ। লহান পূর্ব্বে মমাঙ্‌ঙৈঙগীবু

---

—ইমা। অমন খমলৈ কুমখিরবগী—শিগুনগী। ইপন হৈনা মতুং ইন্না-ইমাগী মতুং ইন্না। ইন্দাল্লকপবু—য়োৌননবা লাকপবু। অঙানবনা মতাং তেন মুমিং থোঙলেম লুমখিরবগী-মুমিং তাংশু-বগী, মুমিং ময়ুম চঙখ্রবগী। চাংনুং নোংফাইগে-অহিং লেক্কে। তরা খুংপুন হুকলবগা-চাক চারগা। নীঙখনখিয়ে—মপূকনীংদা খনখি। কপোট—লোৌনম তৌবা। শমু মঙ্গুংশিন্না-মীহুংশিন্না। শংলৌ-থৌরাঙ। চীঙঙ মরনকুবু লাইগী থোজানবু। য়োন্দবা—শোয়দবা। রাহমলকএ—রা হায়রকএ। পূর্ব্বে—মমাঙ্‌ঙৈদা, অদুঙৈ। তুমনা—লোইনা।

কোল্লোয় নঙাছান্দা সুপনা পাউতললক্কে। উমগী পুক্নীং ভপনা না ভা-ও চৌউউদ্রু ব্রহ্মা শিদবনা হে রাক্ষস হিংচবা-গু কাঞ্চন নগর কৌবা লৈপাক্কো ভুমনা চাক্কবো হায়না লনক রাগী কোরৌ মুমিংমাদা রাক্ষস ঐনা কাঞ্চন নগর মনিংথৌ বীরসিংহ কৌবদা পাউহ এ। হে নিংথৌ-ও ব্রহ্মা মরনকুগী নিংথৌ নরেপাক অসি! ভুমনা চাবা তাবে। কে রৌ মুমিংমাদা ভুমনা চাউ হায়নরা? নিতি বন্ধান হুনা নমূ মীপুম অমমম চাও হায়রবা নিংথৌ পুকনাং অপাম্বা থনা পাউখুমং হায়না পাউহ'রবু নিংথৌ মতোম খনউনদবগী পাত্র মন্ত্রি পুম্মমপু পারে কৌখংলবগা মন্ত্র রা তানবদা কোরৌ নোংপুম্নদা প্রজা লৈপাক পুমনমক শিবদি ফাত্তু নিতি নোংজা খুদিংগী নমূ মীপুম অমমম চনগে হায়না কোরৌ নোংজা খুদিংগী নমূ মীপম হায়ম কত্না বন্ধান শত্নে। নমূ নীপূ মঙা লৈরা হুমশিনা নাউরা নঙবু খোইবুড মরৌ চাউ কপে ট নমথাক েৌনা থমলমলবনে। তৌইন্নম নমূ মীহুংশিন্না নাউবা নঙবু চাউ-ও হায়রবা নউবা রূপবান নঙবু চাগনো হায়রবদি নমূ মীপুম মঙামা অসিদগী অমা ফংনা চারগে হায়না পাওমেনবদু নভাবগী নাউবা রূপবান ভক্ত পুকনাং তচেৎপদি উনবী পুকনাং হরাউথোই

---

লনকু রাগী—থৌজানবিনগী, বর পীবগী। কোরৌ মুমিংমাদা—নোংমগী মুমিত্তা পাউ হংএ—রা হংএ। মরনকুগী—মথৌজানগী। নিতি—মুমিং খুদিং। কোরৌ নোংপুম্মদা—নোংমদা। নোংজা খুদিংগী—মুমিং খুদিংগী। খোইবুড মরৌ চাউ—লোনম ভোতুনা। উনবী পুকনাং হরাউথোই—পুকনাং য়াম্না হরাউনা।

কোল্লোয় য়াথং থোকনা নোকনা পাওমেল্লকএ। হে মহাশয় ব্রহ্ম রাক্ষস কৌবা-ও। কোল্লোয় নয়াথং অসিবু নাউরা ঐগী উনবী পুকনীং অপাম্ববু ওইরে। শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌগী সনা মাখোঙ খানা লনকুরকলবনে। অমন খমলৈ কুমখিরবা মীবু তাইবঙ মাল্লংপান্না উন্নবা হৌনদে। নাউরা শমু ইহকসাং অসিবু ব্রহ্মরাক্ষস নঙনা চারবগা প্রাণ থবায় ইমিবেন্না পল্লেম থুনা তানফংলম্লনো হায়না নোংদমলবনে। থুনা চাবিরো হায়না রাক্ষস শমু মথূৎ পায়না চিংশিনববু রাক্ষস হিংচাবনা রাহমখিএ। হে নাউরা রূপবানও রাক্ষস ঐনা নমু মীশা চাববুনমু মীশক উবা পুম্নমাপু চাদে। বন্ধান মীপূম হুনববু পঙনা চাবা নত্তে। শ্লোক বার্তা মরিদংবু লৈএ। শ্লোক অর্থ ঙমলবদি চাদে। অর্থ হায়বা ঙমদবা মীবু চাবনে হায়না পাওমেনববু নাউরা রূপবান্না রাহমখিএ। হে মহাশয় রাক্ষস-ও নঙগী শ্লোক অর্থ অরুবমুঙ নাউবা ঐনা হায়ঙমলোইএ। শ্লোক অরুববু থীরুদবম্লুঙ নাউরা ঐবু থুনা চাবিরো হায়না পাওমেনববু ব্রহ্ম রাক্ষসনা রাহমখিএ। নাউরা রূপবানও। নিয়ম ঐগী হৌনববু লৈরিয়ে। শমু নমদা হুনফরোইএ হায়না হোয় য়াদরবগী নাউরা রূপবান্না পাওমেনখিএ। হে মহাশয় ব্রহ্ম রাক্ষস

---

**লনকুরকলবনে—থৌজানবিরকলবনে। অমন খমলৈ কুমখিরবা—শিগুবা। তাইবঙ মাল্লং পান্না-তাইবঙ মাওইবনা। নোংদমলবনে—লাইনা তাবলবনে। রাহমখিএ—রা হায়খিএ। হায়ঙমলোইএ—হায়বা ঙমলোইএ। শমু মায়য়োক্লনা—মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা। রাহমলক্কে- হায়রক্কে।**

কৌবা-ড় শ্লোক অর্থ অরুববু থীও হায়না পাওমেনবু না তারবগী ব্রহ্ম রাক্ষসনা রূপবানবু শমু মায়য়োকনবা শ্লোক মত্তা অহানবা তাইবও সার ওইবা রায়ম অওকপবু রাহমলকে। তাইবও সংসার অসিদা ধর্ম কৌববু কলায়দগী পোকপনো? ধর্ম মহাকম্ভও কদাইদা লৈবনো? ধর্ম মহাকপু মতৌ করম্বনা চাওখৎপনো? ধর্ম মহাকপু মতৌ করম্বনা খাঙবনো? নাউরা রূপবান-ও রায়ম অসিবু হায়ও হায়না পাউহংববু রূপবান্না পাউখুমলকএ। হে মহাশয় ব্রহ্মারাক্ষস-ও চুম্বদি চুমলোইএ। নাউরা ঐনা তাবা রাহু নঙোন্দা হায়গে তা-ও। তাইবও পূকনীং লেপলবা সত্য অচুম্বদগী ধর্ম মাবু মপোকএ। য়াম্বা মীরন পামজবা কোল্লোয় য়াথং হোংদবা, উনবী পূকনীং অরেপ্পা মাঙোন্দা ধর্মনা লৈএ। কর্ম মতৌকবা, পঙ্গৌ পল্লেম অনীমাকী সেবাবু পূকনীং রাকাউদবা, খোইয়ম লাইগী খোঙজিন্দা পূকনীং মমায় ওনশিনবা, সাধু বৈষ্ণব পুম্নমাবু সেবা য়োয়থোন্নবা, মতৌ কর্ম তুগুম্বনা ধর্ম মাবু চাওখৎনৈএ। অসাউবা খৈবিকনা ধর্ম মাঙনৈএ। অসাউবদি মতম অনীনে। হরি লাইমিং সিদববু তানফংনা সাউরবদি ধর্ম চাউখৎনৈএ। পাপ লমচৎননা সাউরবদি ধর্ম মাবু মাঙনৈএ হায়না পাউখুম্ববু না তারবগী ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাবদি পায়মা উনগোয়নুংবু নিংথম্ কাংমৈ তিকুম উনবী পূকনীং হরাও থোইনা পাওহংলকয়ে

---

সত্য—অচুম্বা। য়ারা—লন। মীরন—মীগী লন। কোল্লোয়—য়াথং। উনবী—পূকনীং। পঙ্গৌ পল্লেম—মপা মমা। খোইয়ম—লাই। তানফংনা—ফংননবা। পায়মা উনগোয়নুংবু—মপূকনীং।

হে নাবা। রুপবান-ও সংসার তাইবং পানবা অসিদা অকনবা কৌ-বস্তুও কদায়নো? অসোনবা কৌবস্তুও কদায়নো? অরাংবা কৌবস্তুও কদায়নো? অনেম্বা কৌবস্তুও কদায়নো? অশাবা কৌবস্তুও কদায়নো? অয়িংবা কৌবস্তুও কদায়নো? অরুম্বা কৌবস্তুও কদায়নো? অয়াংবা কৌবস্তুও কদায়নো? তরুবা কৌবস্তুও কদায়নো? উচ্চারণ ময়েক ফাওনা হায়রকও হায়না পাউহংলবদা যুবরাজ রুপবান্না পাউখুমলকএ। হে ব্রহ্মরাক্ষসও অরাংবা কৌবদি ইপাগীগুণনা রাংএ। অরুমবা কৌবদি ইমাগী গুণনা মরুমএ। অশাবা কৌবদি রাজসভাগী গুণনা মশাএ। তরুবা কৌবদি শ্রীগুরু অথোইবা হরিনামবু তাকপিবা হরিনামগী গুণনা মরুমএ। অকনবা কৌবদি খোইয়ম লাইগী গুণনা মকনএ। অশোনবা কৌবদি নমু মীরন তোনবা, য়াথং রাপৈ হায়ববু হেন্না অশোনবা অমা লৈতে। অনেম্বা কৌবদি নমু মীখা পোনববু হেন্না অনেম্বা অমা লৈতে। অয়িংবা কৌবদি কোল্লোয় য়াথং অতপ্পবু হেন্না অয়িংবা অমা লৈতে। অয়াংবা কৌবদি মিপাইববু হেন্না অয়াংবা অমা লৈতে হায়না পাউখুম্ববু রাক্ষস হিংচাবনা অমরক পাউহংলকএ। হে রুপবান-ও অয়াঙবা কৌববু করম্ববু অয়াঙবা কৌবনো? দুঃখ অরাবা কৌবস্তুও কদায়নো? আনন্দ মুঙাইবা কৌবস্তুও কদায়নো? নীংথিবা কৌবস্তুও কদায়নো? মোংবা মরানয়ায়দা লৈরিভৈদি কনাগা মরুপ ওইগবনো? দেশ লৈপাক কোয়রবগা কনাগা

---

নমু মীরন তোনবা—মীগী মশেন তোনবা। য়াথং রাপৈ হায়বা—চুমদবা ওইদবা রা হায়রা। দুঃখ—অরাবা। আনন্দ—মুংঙাইবা।

মরুপ ওইগবনো? অনা ঙাইফা নিকলবগা কনাগ। মরুপ ওইগ-বনো? বিবাদ ৱাথোকলবদি কনাগা মরুপ ওইগবনো? অন্তকালগী মতমদা কনাগা মরুপ ওইগবনো হায়না পাউহংববু নাউৱা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে ব্রহ্ম রাক্ষসও অয়াঙবা কৌবদি পূকনীংবু হেন্না অয়াঙবা অমা লৈতে। অমাবা কৌবদি চিন্তাবু হেন্না কৱাবা অমা লৈতে। মুংঙাইবা কৌবদি নমু মীরনসুঙ তোন্দবা, য়ারা মরনসুঙ মীনা তোন্দবা, তরা অচা ৱাত্তবা, চরৈ অয়িন তামদবা, খোইয়ম লাইবু নীংলিবদো মাগা পানা মুঙাইবা অমা লৈতে। তাইবঙ নীংথিবা কৌবদি আচোর লমচৎ খঙলবা, বাহচার মতৌ ফরববু হেন্না নীংথিবা অমা লৈতে ৱারম মতৌ অমাদ মোংবা মরান য়ায়দা লৈরবদি ধরণী য়ূমলৈমা তাল্লোয় মরুম্বাগা মরুপ ওইগনি। দেশ লৈপাক কোয়ৱবাদ বিচ্ছা মহৈগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি। বিবাদ ৱাথোকলবদি য়ারা লনগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি। অনা ঙাইফা নিকলবদি ঔযধি হীদাক অয়াম্বগা সঙ্গ মরুপ ওইএ। অন্তকালবু ওইরবদি গুরু মপাউতাক্কী ফংজবা বারম সনা মৈথাঙবা হবি নাম ময়েক তক্কমাগা সঙ্গ মরুপ ওইগনি হায়না পাউথুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষ-সনা পাউহংলকএ। হে রূপবান ও তাইবঙ পাপ কৌবনা করম্বনো? নমু পুণ্য কৌবনা মতৌ করম্ববু পুন্য কৌবনো? ময়েক

---

মোংবা মরানয়ায়দা—ময়ূমদা। অনা ঙাইফানীকলবদা—নারবদা। অন্তকালগী মতমদা—শিরমদাইদা। য়ারা—শেন, লন। তরা অচা ৱাত্তবা—চানবা ৱাত্তবা। চরৈ অয়িন তামদবা ইম্নবা ফি ৱাত্তবা। তাল্লোয় মরুম্বী—মতু। ঔষধি—হীদাক।

করম্বনা তাইবঙ থরায় লান্নবনো হায়না পাউহংলবদা নাউরা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে ব্রহ্ম রাক্ষসও মহা পাপ কৌবদি নমু মীরন পাম্বগী মীমুংশিবু য়েংবিদবা উনবী পূকনীং অৱাববু খণ্ডবিদবা নমু মীরন হুবা নমজা নমথেক্লবা, ধর্ম্ম নমলোন্নবা মতৌ অ স-ঙস্ববু মহাপাপ কৌএ। পুন্য কৌবদি তাইবঙ পূকচেন উয়ৱবা, চাদবৰু পীজহৈবা, শেঙবা ফিথাইহৈবা পীনহনয়েংদবা পাম্মু লন-লীক্তবৰু মহা পূণ্য কৌএ। হরি মিংলেন শিদবনা তাইবঙ থৱায় লান্নগদনে হায়না খুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাবনা পাওমেল্লকএ। হে রূপবান ভক্ত অচেৎপা-ও বৈষ্ণব লাইপোক সংসঙবা-ও রাক্ষস হিংচাবা ঐগী মহাপাপ অচৌববু কোকপিও। শমু নখোঙ-খাদা প্রাণ থৱায় ইমিরেনবু থারগে হায়না মখুৎ জুর তৌনা রাহমজববু নাউরা রূপবান্না পাউখুমলকএ। হে মহাশয় ব্রহ্মরাক্ষসও হায়গুনো নাউরা পাপীরেন ঐনে। মহা পাপ অচৌববু কোক-ঙমলোইএ হায়না রাকনববু রাক্ষস হিংচাবনা রাহমখিএ। হে যুবরাজ রূপবান-ও রাক্ষস ঐবু হিংচাবা থারমক্তি নত্তে। মুনি লঙজরাগী শিরাপ মীচৈখোন্না রাক্ষস হিংচাবা ওইনা পোকলবনে। মুনি বর মরনকুমুঙ লৈরিয়ে। চহী কুমশীং য়ামনা মহাপাপপু পুনা লৈরবগা

---

মীমুংশি—মীবু মুংশিবা। ধর্ম্ম নমলোন্নবা—ধর্ম্মগী থবকপু তুংওইনবা। লনলীক্তবা-শেল লীক্তবা। মখুৎজুর তৌনা—মখুৎ অনী লোম্নডুনা। রাহমজববু—হায়জববু। নাউরা পাপীরেন ঐনে—শাপ য়ামনা চেল্লবা অঙাং ঐনে। রাকনববু—হায়বা য়াদববু। মুনি লঙজরাগী—মুনিদা অৱানবা তৌরুবগী। শিরাপ—মীচৈ, পাপ। মরনকুমু—মথৌজানমু, বরমু। কুমশীং—চহী মশীং

রূপবান মহাবৈষ্ণব সনা মখোঙখাদা প্রাণ থরায় কৎনা মহাপাপ অচৌববু কোকলকও হায়না বর লনকু বাস্নুঙ লৈএ। বৈষ্ণব সনা নখোঙখাদা য়াইবী থরায় কৎলগে হায়না ব্রাহ্মবু রূপবান্না পাউথুমখএ। হে ব্রহ্মরাক্ষস ও নাউরা ঐবু পল্লেম ইমা থিবা লাকপনে, জীব থরায় হাৎকে লাক্লে হায়না ব্রাকনববু ব্রহ্মরাক্ষসনা পাওমেনখিএ। হে মহা বৈষ্ণব অথোইবা নাউরা রূপবান-ও। তাইবঙ ব্রারম অরুবা শ্লোক অর্থ অয়াম্বা অমস্নুঙ ব্রাহমলকে তাও। তাইবঙ সংসার পুন্নমক্তা মিৎকী কূম্মে মুংঙাইবা কৌবস্নুঙ কদায়নো কামধেনু তম্পা খূদোপ য়াইওইবা অবাৎঅপা নাইদবা কৌবাস্নুঙ বদায়বু কোবনো? খংবুং যম কৌবস্নুঙ কদায়নো? বৈতরনী তুরেন লানঙমদবা হায়বস্নুঙ কদায়নো? কর্ম্ম মতৌ করম্বনা গুণ মতীক মাঙনবনো? কর্ম্ম মতৌ করম্বনা গুণ মতীক চাউখৎপনো? অন্তরে মুংঙাইবা কৌবস্নুঙ করম্ববু কৌবনো? ভক্ত চীন সনা থম্বাল লৈদগী মহাপাপীরেন রাক্ষস ঐনা তাজনীংএ হায়না পাউহংলবদা নাউরা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে মহাশয় ব্রহ্মরাক্ষস-ও চেংলৌ মিৎকী কূম্মে মুঙাইবা কৌবদি কাওরেন শনগোন থনবা, তয়ম নাইশীলোনবা, লুপা খেনমাই লাংবা সনা পুঙপুলেম্ববু মিৎকী কূম্মে মুঙাইবা কৌএ।

---

য়াইবী থরায়—প্রাণ। জীব—থরায় পানবা। তম্ফা খূদোপ য়াইওইবা—থোকউ হায়বদা থোকপা য়াইওইবা খূদোপ। খম্নুং—যম, অশিবগী লৈফম। লানঙমদবা—লানবা ঙমদবা। অন্তরে—মুংদা। চেংলৌ—মিৎ। কাওরেন—শন। তয়ম—মনাই।

তাইবঙ নুংগী নুংশাইবা কৌবদি ধ্যান পুকনীং শংদোক্না কৃষ্ণ ভজন অরুবা থম্মোই লাইমিং তারুববু হেন্না অন্তরে নুংগী নুংঙাইবা অমা লৈতে। কামধেনু ওক্ষা থদোপ অবাং অপান ইদবা কৌবদি বিদ্যা মহৈ হৈববু হেন্না কামদুহা ওক্ষা থদোপ অমা লৈতে। যম নিংথৌ কৌবদি ক্রোধ অশাউবদবু যম কৌএ। বৈতরণী তুরেন লানঙমদবা কৌবদি পায়মা উনগোয়নু দদি মনাঙবা থান চাবদি ফংঙমদবা থবক অদুতবু বৈতরণী লানঙমদবা তুরেন কৌএ। হে ব্রহ্মরাক্ষস মহাশয় তা ও। বিদ্যা মহৈ হৈবা মী অদুনা এদগী হৈএ, ঐদি অদু থঙদে। কনবনা নাপন তৌরবদি মতোম গুণ নত্তীক মমাঙ নৈএ। ঐদি কবি হৈতে। ঐদি কবি থঙদে। নতোম পুকনীং থাজরবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙগা না লনকুম্নো হায়না চংলবা, লঙজা ঙাকপিহৈরবা, দয়া থৌজান হৈরবা, কর্ম্ম মতৌ অসিগুম্ববু মহাবৈষ্ণব কৌএ। মতোম মরমচংনা গুণ মত্তীক চাউথংলে হায়না পাউথুমলবদা ব্রহ্মরাক্ষসনা পাওমেল্ল-কএ। হে বৈষ্ণব রুপবানও। ভক্ত সনা নখোঙখাদা রাক্ষস মহা পাপীরেন ঐবু প্রাণ থব্রায় থাবগে হায়না রূপবানগী খোঙবা

---

তয়ম নাইশীলোনবা—মীনাই মীশন য়ামনা লৈবা। লুপা থেন-মাইলাংবা সনা পুংবুরেল্বা—সনা লুপা মরাংকায়না লৈবা। ভজন—লাইনীং। লাইমিং—থম্মোয়। ক্রোধ—অশাউবা। পায়মা উমগোয়নুংদা — পুকনীংদা.। নতোম—মথন্দা। লনকুম্নো—থৌজানবিসনু। লঙজা—মরান। দয়া—থৌজান হৈবা। সনা নখোঙখাদা-মহাক্কী সনা খুয়াদা। প্রাণ থব্রায় থারগে—শিরগে।

মাল্লেম লৈবু য়েং মায়গৈ লমদম কোয়না য়েংনা শোংক্বিনাব হাংদবরা? রাক্ষস য়ারেন খোংখৈন্নুংগী যুবতী মথোবলকপী নূরা চেংলৌ শক্কোয় হেনবী অমবু চোংথোকললকলবগা নাউরা রুপবানগী শমু খোঙবী পায়না পাওমেঙ্গখিএ। হে ইবুংঙো বৈষ্ণৱ লাইপোক শংশঙবা-ও ননাই মহা পাপীরেন ঐগী মহাপাপ অচৌবংসেনা নখোংখানা কোকপিরে। ননাই পাপীরেন ঐবু সনা নখোঙখাদা সেবা থৌগন ফংজগে। দেশ তারু তারু খুদিংদা দাসণী ননাই ওইনা ইঞ্জগে পাখং শমক্রু তোমথিন লৈ. তুখোঙ নানম্ লৈবু ওইবিও, চরৈ রায়রা লমজেন ফিগুম্ববু ননাই ঐবু চেনবাও হায়বা খুরুমজববু নাউরা রুপবান্না পাউথুমখিএ। হে যুবতী নীঙথিবী শীংতরেং নোংদম চন্নুলৈ. উনবী নুংঙোন পৃকছু লৈ. লোইদাম নিনমাঙ থাগুম্বী-ও নাউরা রুপবান ঐবু তাল্লোম্ব তুথিতমগে লংমাই তেংনা য়ূমগা তমগে লাক্কেএ। পল্লেম অমন খমলৈ কৃমখিববু ইপন হৈনা খোঙ্গুন লীবা লাকপনে হায়না রাকমবদা যুবতী নীংথিবীনা অনৌবা অমরক পাওমেন জখিএ। হে পুরুষোত্তম

---

নোংগাখোক- শিংগী খোঙ্গেন। শোংবিনরে—বিনরে। য়ারেন খোঙখৈ নুংগী—ময়াদগী। যুবতী-নুপী। মথোকলকপী-মথোক কারকপী। নূরা—লৈশাবী। চেংলৌ শক্কোয় হেনবা-মশকমতৌ ফজবী। যুবতী—নূপী। নীঙথিবী—ফজবী। উনবী—পূকনাং। লোইদাম-থা। নিনমাং-পানখংলকপা থা, শুক্লা পক্ষ। তাল্লোম্ব তুথি তমগে—নূপী থিগে। লংমাই তেংনা য়ূমগা তমগে য়ুম পানগে। পলেম-ইমা। খমলৈ কৃমখিববু—শিংখিববু। ইপন হৈনা খোঙ্গুন লীবা—ইমাগী খোঙ্গুল লীবা।

অখোইবা ইবুংঙো তাবিও। ননাই মহাপাপীরেন ঐবু পুবিও। খম্নুং মরৈপাক সাব্রা মকোনখউবু নতোম করম ইন্দানগবনো? ননাই ঐস্তুঙ উখোঙ লমদনবদা য়াওজগে। উখা য়ায়রেকপদা য়োয়না সেবা ফংজগে হায়না পাওমেনববু নাউব্রা রূপবান্না রাহমখিএ। হে যুবতী নীংথিবীও হায়গুনো দেশ লৈপাক অসিদা ফগ্বী নরানয়ায়বু ওইনা লৈরমও। নাউব্রা রূপবান ঐনা পল্লেম সনা থূয়া লেনবু তানফংলবদা নাউব্রা ঐনা ইরান ওন্দেরকপদা নুজা ননীংখুজাও হায়না পাওমেন্নরিঙৈদা ইনুং কৌবা সোয়না সোরবা মথোক তৈনা ঙাল্লকলবদা নাউব্রা রূপবান্না কৌবা লমতনফমগী ব্রাহ্মণ তহন ওইবনা পাউখোল্লকএ। হে পারি অহুমা-ও অসি ইনুং সোয়য়ায়মাগী কোরৌ নোংলাউখোনগুম মাল্লেম লৈবু নীকপবু মতৌ করম্বনো ফুরা লাইযূম নাক্তা চংনা মিৎয়েং শানখৈরুও হায়না মপারি অনীদংবু থৌশীববু মপারি অনীমানা ফূরা নাক্তা চৎনা য়েংলুববু চেংলৌ মিৎথিংলবগী মরান য়াওনা ওন্দোকলবগা হে ইপন পোকমাবা-ও দেশ লৈপাক কোয়বা নাউব্রা অত্তুদি ফুবা লাইযূমনুংদা যুবতী লৈশাবী অমগা

---

রাকল্লবদা—রা হায়বা য়াত্রবদা। অমরক-অমুক হন্না। পুরুষোত্তম—নিপা অখোইবা। খম্নুং মরৈপাক—যম লৈপাক। সাব্রা মকোনখউবু—অশিবগী লৈবাক্তা। নতোম-মথন্দা। ইন্দানগবনো—চৎকবনো। ফগ্বী নয়ানয়ায়—নয়ুম। তানফংলবদা—ফুংলবদা। ইরান ওন্দেরকপদা—যুমদা হল্লকপদা। নুজা—লৈশাবী। সোরা মথোক তৈনা ঙাল্লকলবদা—নোং ঙাকলবদা। মিৎয়েং শানখৈরুও-য়েংউচো। চেংলৌ মিৎথিংলবগী-উরবগী। ওন্দেরকলবদা

লৈএ। ব্রহ্মরাক্ষসতি মাল্লেম লৈদা তুনা নোংমল্লে হায়না পাউ-তম্ববু নাতারবগী ব্রাহ্মণ অহন মতম ওইরবনা ফুরা লাইয়্ম নাক্তা চৎনা মিংয়েং শানখৈরুববু নাউরা রূপবানবু চিংনা য়েং ব্রহ্মরাক্ষসনা নোংমনববু উরবগী উনবী পূকনীং ঙকনা নিংথৌ সনা মখোঙখাদা অচেন খংলৈ য়াঙনা লাংলেন কোঙয়াঙ রাশাং তাবগুম ক্রুমখিএ। বীরসিংহ নিংথৌনা আশীর্ব্বাদ য়াথং শীংলেন লৈথোম্লনা পাউহংখিএ। হে কঙ্গ ব্রাহ্মণ অথোইবা অহন মতম ওইরবা-ও রারম মতৌ করিগী নিংথৌ স্না ইরানয়ায়বু ইদাল্লক-পানো হায়না পাউহংববু ব্রাহ্মণ অহন ওইবনা নাউরা রূপবানগী মুংঙোন রারম ওন্থোকপা রাক্ষস নোংমন রাবু রারম পরেং শান্না নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা রাকংলবদা বীরসিংহ নিংথৌনা উনবা পূকনীং ঙকলবগী পাত্র মন্ত্রী পুন্নমাগা রাতানরবগা নিংথৌ নাক্তা লৈবা য়াকিয়োক্পা কোনকিসেনবা নমু মীপুম তরাদংবু থৌশী-রকলে। নিংথৌ মদাইরেম তরামানা মিংয়েং শানখৈরবগী নিংথৌ সনা মখোঙখাদা রাকংলরে। বীরসিংহ নিংথৌদি পূকনীং হরাউ-থোইনা পাউকেল্লকএ। হে ইদাইরেম অঙগশিংও নাউরা অদুবু

---

-হল্লকলবদা। ইপন পোকমাবা—ইপা অ:পাকপা। মাল্লেম লৈদা -লৈপাক্তা। নোংমল্লে-শিরে। ,উনবী পুকনীং ঙকনা-মপুকনীংদা য়ামনা ঙকনা। অচেন খংলৈ য়াঙনা—য়ামনা থুনা চেম্না চেম্না চত্তুনা। লাংলেন—রা। কোঙয়াং—রা। ক্রুমখি—খুরুমখি। সনা ইরানয়ায়—ঐগী কোন্নুং। ইন্দাল্লকপানো—য়োননবা লাকপনো। নোংমনরা—শিবগী রারোন। রাকংলবদা—হংগৎলবদা। থৌশী-রকলে—পাখোন শীরকলে। নিংথৌ মদাইরেম—নিংথৌ মনাই।

নমু মীমচন্দ্র ওইররোইএ খোইয়ম মশানওনবু ওইরবরা? ব্রহ্ম-রাক্ষস মাবু ওন্থিব দ লৈররোইএ। সনা মখোঙ লৈপাক তাহনগু-নো। নিংথৌ শমু ইখুনেং দোলাই লেংদম পুনা তোংহল্লকও। নাউরা চেংলৌ মশক য়েংগে হায়না পাওমেনখোনগী খোঙলোয় দোলাইবু মন্ত্রি লেংনা ফাং অওম্বা পুমনা চংনা নাউরা রূপবান্দা পাওমেনখিএ। হে নাউরা নীংথিবা খোইয়ম লাইপোক অতাঙবা-ও ইবুংঙো নওবু বীরসিংহ কোরৌ ইনোংথৌনা নিংথৌ সনায়োয় কোন্নুংদা দোলাই লেংদম্বু তোংনা সনা নখোঙ লেঙশিনবিরকও হায়জরকএ হায়না পাওমেনববু নাউরা রূপবান্না পাউথুমখিএ। হে পাত্র মন্ত্রি লৈপাককোইবা ইবুংঙোশিংও ননাই নাউরা ঐবু দোলাই লেংদম তোংলোইএ। নিংথৌ সনা মখোঙখাদি খুকমজগে হায়না যুবতী কন্যা তুংদা ইন, রূপবান মাঙদা চং, চেংলৌ শকপানথোংবু লোইদাম অনিনবা থাগুম্বু উরবগী বীরসিংহ নিংথৌনা লাউ লংস্ত খোইয়ম লাইপোক সংসঙবা মহা পাপীরেন নিংথৌ ঐবু দুঃখ অরাববু কোকপিরগে হায়না নমু তাঙনা শান-ওল্লকপরা হায়না পাউকোরম্বু নাউবা রূপবান্না মখুং জুর তৌনা

---

মিৎয়েং শানখৈরবগী—উরবগী। মামচন্দ্র ওইরোই—চন্দ্রগী মীচম অমা ওইরোই। মশানওন—অবতার। লাইপোক—লাইগী লাংওন। কোরৌ ইনোংথৌনা—ঐখোয়গী মহারাজনা। সনায়োয় কোন্নুংদা—নিংথৌগী সনা কোন্নুংদা। লৈপাককোইবা—লৈপাক পুম্বা অওম্বা কন্নাইবা। চেংলৌ শকপান য়োংবু—মশক মতৌ। শানওল্লকপরা

ভক্তি কাওবী চিগা লুকনা পাওমেনখিএ। হে কাঞ্চন নগর লৈমাবা বীরসিংহ নিংথৌরেনও খোইয়ম মশানলোনবু নাত্ত। ননাই নাউবা পাগীরেন ঐনে হায়না পুরুস্বদা বীরসিংহ নিংথৌনা লোকলৌ সানা কোন ফৈরা তান্দা পমনা পাউহংখিএ। হে যুবরাজ লাইপোক সংসঙবা-ও মতৌ করমনা রাক্ষস হিংবাববু উমজবনো হায়না পাউহংববু নাউবা রুপবান্না পাউথুমএ। হে মহারাজ বীরসিংহ নিংথৌরেনও। ননাই ঐনা হাংপা নত্তে। শ্লোক অর্থ রাদগী রাক্ষস মতোম নোংমঞ্জবনে। কন্যা যুবতী অসিগুম্ত রাক্ষস য়ারেন খোংচিনুংগী থোকলকপনে হায়না পাউথুনলবদা বাব সংহ নিংথৌনা নাউবা রপবানবু চিংনা য়েংনা পাওমেনখিএ। হে চন্দ্রথাজ। নিংথৌবেনগী মপারি-ও যুববাজ নংথিবা-ও অমন খমলৈ কুমখিরবা মীবু শাইবউপানগী মানা থিবা খউবা হৌনদে। নমান নিংথৌ ঐনা পোকচবা কন্যা যুবতী মথোকলকপী হেমলতা কৌবীবু যুববাজ সনা নখোঙখাদা কচ্চগে। নমান সনা ইবৈবাক অসিবু হনবা হনবী নাহা নুপী শণ ব্রাহ্মণ পুন্নমপু নাউয়োক লাংগোনবীনা নিংথৌ সনা ফম্বান তোংনা পানও। নমান নিংথৌ ঐদি মাকলৌবেন নিংথৌ নবম থুপনা খোইযম শাংবু লাংজবনা

---

—লাংওন তৌরকপরা। কাওবী চিগা লুকনা—মরুলুকনা। লৈমাবা-নিংথৌ, লৈপাক্লী মপু। পুরুস্বদা-খুরুম্বদা। ফৈরা তান্দা-মতম্বাক্তা। মতোম নোংমঞ্জবনে—মথন্দা শিজবনে। য়ারেন খোংচি নুংগী—ময়াদগী। অমন খমলৈ কুমখিরবা মীবু—শিখ্রবামীবু। নমান—নকু। নাউয়োক লাংগোনবীনা—য়োকপি থাকপিদুনা। মাকলৌরেন—ইক্ষক,।

হায়না সু। লৈপাক পী মমোম বন্যা কৎনা পাওমেনববু নাউরা রুপবান্না পাউথুরখিএ। মখূৎ জুর তৌ খুকলু লৈপাক তানা হে মহারাজ নিংথৌরেনও ননাই ঐবু পল্লেম চেংলৌ শক উদনদি তাইবও মুংসাপান্দা লৈতমলরোইএ। নাউরা রুপবান ঐনা অমন খমলে কুমখিববু থোকলবদি শউদরে। ননাই নাউরা ঐনা পল্লেম চেংলৌ মশক খউনা হুনকলবদা নিংথৌ সনা পুকনীং অপাম্বু থুংখিও। রাক্ষস যারেন খোংচি মুংকী যুবতী কন্যা অসীমুও নমোম মশুং মানশুম নাউয়োকপিরম্মো হায়না শমু খুৎশিন্নবা খুরুমলমলবগা নাউরা রুপবান্দি নিংথৌ সনা মখোঙখাগী শমু মমার মখা ওন্না যাত্রা খোঙশানখিববগী বীরসিংহ নিংথৌনাচিংনা প্রজা লৈপাক পুমনা হৌ যুবতী কন্যা অনীমাক্তও যাওনা মঙ্গল লাইজা ঈহৌথগুম নিংথৌ থোঙলেন খা থংবা পরিকর চেকপন রাংমা লান্না নাউবা রুনবানবু খিল্লকএ। রাক্ষস পীবুক মুংগী যুবতী নীংখিবীনা যুবরাজ রুপবানগী খোঙরী লৈখৈ পায়না পাওমেঙখিএ। হে ইবুংঙো বৈকুণ্ঠ লাইপোক সংসওবা-ও ইমান সনা মখোঙখাবু য়োন্দনা তানকলকও। ননাই পল্লেম শীখওদবী পল্ঠৌ পাখওদবী

---

মখূৎ জুর তৌ খুকলু লৈপাক তানা—খু লৈপাক তানা ফমলগা মখুৎ লোম্নতুনা। পল্লেম চেংলৌশক উদনদি—ইমাগী মশক উদনদি। তাইবও মুংশাপান্দা—সংসার অসিদা। লৈওমলোইএ —লৈবা ওমলোইএ। অমন খমলে কুমখিববু থোকলবদি— শিখিবা তারবদি। নমোম মশুং মানশুম—নচানুপীশুম। নাউয়োকপিরম্মো—য়োকপিরম্মো। খোঙশানখিরবগী—যাত্রা তৌগ্রবগী। নিংথৌ থোঙলেন খা থংবা—মখা থংবা মখোঙদা। ইমান -ইনেমলোক। য়োন্দনা—শোয়না।

ঐবু অমরক হন্না দুঃখ অরাববু কোকপিরগও। নুপী চীনগোয় ইপাওমেনবু সনা নখোঙখানা পুবিও হায়না খুক্রমজববু নাউবা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে যুবতী মহাসতীলেনও। সতী কোল্লোয় নপাউমেনবু লেপনা তানফংজরকে হায়না শমু খূংনা শোকনা তাওজা। কোকতা কংনা যাত্রা খোঙশানখিরে। শমু মমায় হন্না যেংদনা চংখিরবদা প্রজা লৈপাক পূমনামাক্তুগী যুবতী কন্যা অনীমাক্তুগী বীরসিংহ নিংথৌক্তুগী প্রেম খকমাতা খূদাং পিফম থৈনা মবান যুমচঙনখিরে হায়দবরা ?

নাউবা রূপবান্দি পামেন উয়াম খায়না পুথ্রী যুংনা লান, তুরেন থৈনা তুপ, চীংশা নাপোম শমু অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মিংথেং নাউস্রুমদা, নুংথিন অরা পোথাদা, উখোঙ লমদন্দা, উথা য়ায়রেক্তনা চংলকপবু লোইদাম থাপুম্মবু স্রুবদা ব্রাহ্মণ অরা পোথাকম, মুনি য়াংলৌ লমদনফম, মাল্লেম লৈতোঙ অকোকপবু লৈরম্মে। নাউবা রূপবান্না নীংখনখিএ। লমদম অসিবু মুনিশিংগী অরা পোথাকম্নু ওইরম্লে। পামেন খোংনাং মখোঙ নুংঙাইবা

---

পল্লেমপীখঙদবী—মমা খঙনবী। পম্বৌ পাখঙদবী—মপা খঙদবী দুঃখ—অরাবা। নুজা—নুপী। চীনগোয় ইপাউমেনবু—ঐন। হায়জন্নিবসিবু। কোল্লোয় নপাউমেন—নম্মাথং। লেপনা তান-ফংজরকে—শোয়দনা ফংজরকে। তাওজা—কোক। মরান—ময়ুম। থৈনা তুপ—থৈনা লান্দুনা। খোমলেন তুমগন্দা—তুমদনা। উখোঙ লন্দন্দা—উখোঙদা পন্দনা। লোইদাম থাম্মবু স্রুবদা—থা অমা ফারবদা। য়াংলৌ লমদনফম—লম্বাদা পোথাফম। নীঙখনখি—মপুক্তা খনখি।

অতুৱা ঙাইহাক অরা লমদল্লবগী শমু মনায় মথা পাংনা চংলকপবু কোরৌ মুমিং হুমনি শুরবদা নাউরা রূপবান্না লমদম থাপনা উরিঙৈদি কোনা পান্থী তরেং হৌরিএ। কোনা উতোনথক্তা চুঙ্গোয় কবাকথাঙ পায়বা তনবা ন'পা তরেং তোংলিএ। নাউরা রূপবান্না নমু মাম্বুগু লৈএ হ য়না কোনা মখোঙ য়ৌনা চঙলকপবু নমু মীদি মাঙখিরে। কোনা মতোম লৈরমলবগী নাউরা রূপবান্না হি করিনো লমদম অসিবু ভুংপ্রেং তম্না লাংনা লাইবু লৈবা মাল্লে হায়না য়াংলৌ লমদন্দানা চংলকপবু কোরৌ মুমিং ১০ নি শুরবদা প্রিহপুর কৌবা লৈপাকপু য়ৌরবদা প্রিহপুর মনিংথৌদি শান্তভুজ নিংথৌও তৌনা কৌএ। শান্তভুজ নিংথৌ মহাক্তি বলবন্ত পাঙ্গন মপা তামএ। বুদ্ধিবন্ত লৌশিংথোইএ। শান্ত পুকনীং তপএ। ক্ষেমাবন্ত ঙাকপিহৈএ। খোইয়ম লাইগী থোঙজিন্দ পুকনীং মমায় ওনশিল্লে। ভক্তি মুক্তি অনীমাক্স আচার লমচং থঙএ। বৈষ্ণব চরিত্র লিংজেন চেল্লে। নিংথৌ মশানৌ পাটেশ্বরী মহারাণীদি হেমাবতীও তৌনা কৌএ। হেমাবতী মহাকস্থু মহাসতীলেম্নে। বারম অনী হায়দে। য়াথং অনী হোংদে। মথংলেনবু ব্রত তরা চাহেনবগুম নীংজথোইএ। নিংথৌ মহারাণী

---

তনবা—নুপা। ভুংপ্রেং—তম্মলাই। লমদন্দনা—পোথাদনা। বলবন্ত—পাঙ্গন য়ামনা কনবা, পাঙ্গল মপা তাম্বা। বুদ্ধিবন্ত—লৌশিং য়ামনা শিংবা। ক্ষমাবন্ত—ঙাকপিহৈবা। খোইয়ম—লাই। চরিত্র—লমচং। মশানৌ—মনাউ ইবেম্মা, মতু। পাটেশ্বরী—মহারাণী। মথংলেনবু—মপুরোইববু।

অনীমাদ্দি মচা কন্যা অমা পোকলোয়ে। কোল্লোয় মঙিংথোংদি ইসারিও তৌনা কৌএ। ইসারি কন্যা মহাক্তি চেংলৌ শক্কোয় হেনথোইএ। পুকনুং লিন্না ঙাম্মোইএ। মোমপু তাংজা নুরেম্দো লোৌরাই কোয়রেনথক্তি চানা তুমলৌ ইনা লৈরাই শমু ওইনা হৌএ। নাউরা রুপবান্না হিংথৌ হিদেন চংলৈ মকুমলম নুবা চেঙহীপুনথারাইদা পামেন উথোং খাদা উজাউ মরুম থুপনা ঙাইখক অবা লমদল্লিঙৈদা নিংথৌ মমোমলোন ইসারি যুবতী নীংথিবী সুও নূবা মমারবী মনাই মঁয়াম পুনা লাইজা শাম্ভেংগে হায়বগী মপন হিদেন চংলৈ মকুমলম নুবা তেংহা পুনপা রাইদা কূমলকএ। মনাই মুরা পূয়শানা ইসারি শমু মহকসাংবু শনু য়াইঙঙ তৈ হকসাং থাউগা নোই ঊতী শমখোঙ সেং চেঙহী সম্পান লাকনা সেবা য়োয়থোন্নরবগা লাইজা ঈরুয়ায়দা শাম্বা ঈরোই তম ইমু খোঙকাওননা শাম্ভেংববু নাউরা রুপবান্না চেংলৌ মিংথিলবগী ইসারি মদাইরেম যুবতী নৈশাবী অমদা পাইহংখিএ। হে যুবতী মথোকলকপী-ও কন্যা নীংথিবী অসিবু নমু মীম-মসুঙ মাদে। তেজবীর্যা মশা মঙানমুঙ চাউথোইএ। চেংলৌ শক্কোয়

---

কন্যা—মচানুপী। কোল্লোয়—মঙিং। চেংলৌশক্কোয় হেনথোইএ—মশক মতৌ য়ামনা ফাজ্রে। মোমপু—নুপী। তাংজা নুরেম্দো—মংকাক, লরাইলেম্ফু। হিদেন চংলৈ মকুমলম—হিদেন তাফম। ঙাইখক—ঙাইহাক। অবা লমদল্লিঙৈদা—অরা পোত্থারিঙৈদা। মমোমলোন—মচা নুপী। নূবা—নৈশাবী। শাম্ভেংগে—ঈরুজগে। শাম্বা—ঈরোইবা। শাম্ভেংববু—ঈরুজববু। চেংলৌ মিংথিংলবগী -উরবগী। মদাই রেম-মনাই। মথোকলকপী-মথোক কারকপী।

খোংসুঙ হেনখোইএ। তাওজা লুরেনতোন্দদি চানা তুমনৌ ইনা শমলাং তোনগা ওইনা হৌরিবা অসিবু মতৌ করিননো হায়না পাউহংববু ইসারি মদাইরেম যুবতী লৈশাবীনা পাউখুমলকএ। হোয়দা হে ইবুংঙো নাউবা নীংথিবা-ও নিংথৌ ইরৈপাক অসিগী শান্তভুজ নিংথৌনা পোকপানে। কোল্লোয় মমিংখোংদি ইসারি-ও কৌএ। পূর্ব্বজন্ম মপোকফঙেগী তাওজা লুরেনতোন্দা তুমনৌ ইগা পান্না পোকলকএ। নিংথৌ মহারাণী মমা মপা অনীমানাসুঙ চাঁওঙু লাইখোঙ শীন্ লৈপাক মাইবা লেংগা তিন নিংথৌ মাইবী লেংগা কাংনা য়েংববু ঙমদয়ে হায়না পাউখুমববু নাউবা রুপবান্দি উনবী পূকনীঙ ওকনা উখোঙ অবা লমদনফমগী শমু মায় মখা ওন্না-ওন্না যাত্রা খোঙশাল্লকলে। নাউবা রুপবান্না লমদম মপা য়েংনা পুখ্রী য়ুংনা লান তুরেন ফৈনা তুপ চীংশা নাপোম শম্ পামেন উয়াম খায়, অহিং খোমলেন তুমগন্দা, মুংথিল অবা পোথোদা উখোঙ উখা য়ায়রেক্তানা চৎলকপবু লোইদাম থাবুম্মবু সুরবদা বৈতরণী লাইজা ঈমুংহক তুরেন লানঙমদববু য়োরবদা নাউবা রুপবান্দি লাইজা মতৌ য়েং, য়াংমা.

---

তাওজা লুরেনতোন্দদি—মকোক্কদি। শমলাং—শম। কোল্লোয় মমিংখোংদি—মমিংদি। চাঁওঙু—লাই। উখোঙ অবা লমদনফমগী—অবা পোথারব্বা মফম উখোঙ অতুদগী। ওন্না—য়াঙনা, থুনা। যাত্রা খোঙশানখ্রে—চৎখ্রে, খোঙদোই হনখ্রে। লমদন্দা—লম্বীদা পন্দনা, ফাইত্তনা লৈখোক্তনা। লোইদাম থাবুম-থা অমা। লাইজা ঈমুংহক—ঈশিং অরুম্বা। লানঙমদববু—লাম্ভোকপা

চাংজৌ লৈরাই উদা বৈতরণী মতৌ য়েংনা শমু মধুং অনীমাপু তাওজা কোক্তা নম্ লৌশিং মথোঙ থঙদনা পল্লেম তেংথাননা মীকপলকলে। হে পল্লেম ইমা ইবেম্মা রূপধাতৃ কৌবীও নপারি নাউরা রূপবান ঐবু পল্লেম চেংলৌ শকথঙদনা তাইবঙ মুংশাপান্দা করম্ থম্বিরমলবগা পল্লেম কৈদা চংখিবনো ? নপারি ল'ইবক ঘীবা নাউরা পাপীরেন ঐনা পল্লেম মার নখোঙ্গুনবু লীজরকপবু তুরেন লাইজা ঈমুংছকপু লমওক্করে। নপারি ঐবু লৌবিরও। পল্লেম ইমা পোকমাবীও নপারি ঐবু মতৌ করম তৌও হায়রবনো ? হে পল্লেম ইবেম্মা ইমা ইমা কৌনা মতৌ কম্বু লৈতনা তুরেন চাংজৌ লৈঙোইথক্তা থরো কাংতুম ওম্না মীকপ্পবু যম সনা মরৈবাক্তা লৈরিবী রূপধাতৃ মহারাণীনা না তারবগী মাল্লং চৈরোয়ননা থমগোন লিত্তিম্নবা পাইরকপবু মপারিনা খোমলেল তুমগন্দবগী কোরৌ মথলমা রাংবন মরোনমাদা মপারিনা খোমলেন তুমগনববু ঙাইখমলে হায়দবরা ? নাউরা রূপবান্দি মীকপ হনগংঙমদনা নিত্রা কৌবা লাইবু চঙলদনা উরোন মিংয়েং নাউস্নমখিববু পল্লেম

---

ঙমদবা। চাংজৌ—তোর্বান। তাওজা—কোক। লৌশিং মথোঙ থঙদনা—বুদ্ধিলৌশিং থোক্তনা। মীকপলকলে—কপলকলে। লমওক্করে—থেংনরে। পল্লেম ইমা পোকমাবী—ঐবু পোকপী ইমা। থরো কাংতুম ওম্না—থরো থরো ওম্না। মীকপ্পবু—কপ্পবু। না তারবগী—তারবগী। মাল্লং—মুংশীৎ। থমগোন—নোংলৈ মুৎশীৎ। খোমলেন তুমগন্দবগী—তুমতুনা লৈতবগী। রাংবন—অ[illegible]তিয়া। ঙাইখমলে—ঙাইতুনা লৈরে। উরোন মিংয়েং

রূপধাতু মমানা মপারিগী খোমলেন মঙলানচান্দা কৈরা তান্দা পম শমলাং তোনগা নান্না পাওমেনখিএ। হে পারি ইবুংঙো নপন ঐবু লৈএ। করিগী নাউরা হেকঙাই নপাউ চাউনা মীকপ্পনো? পাল্লেম নমা ঐগী অমৃত লাইজা ঈথক্লুরিবা ইচানে। নপন ঐগী খোমলাং লাইজা ঈ নউথবক্তুম ঈয়ারা-ও হায়না পাওমেনববু নাউরা রূপবামা হে পল্লেম ইবেম্মা নপারি ঐদি পল্লেম চেংলৌ শক উদবগী অরা লৈখৈ তারমলে। চম্পক নগর ঈরৈপাকপু ইন্দানখিরসে হায়না মপন ওকথী লুমলাং কোনগে হায়না নাউরা পাম্বোম অনীমাপু পল্লেম ওকসম তম্না হাইগংলকপম খোমলেন মীকপ খোকপনা হাল্লবগী পল্লেম মমা পোকমাবীদি রাংলেন পুংশীং কায়কদবগী মাল্লং ফেঙ্গি ওই খমগোন নোংলৈ ওইনা হনরাইখিরে হায়দবরা?

নাউরা রূপবান্দি মপাম্বোম অনীমাপু সেকচাই লৈঙোই খক্তা তারবগী অনৌবা মীকপলকলে। হে পল্লেম ইবেম্মা হৌজিক

---

নাউশুমখিববু—উরোন উরোন তুমথখিববু। খোমলেন মঙলান-চান্দা—মমওদা। কৈরা তান্দা পম—মতম্বাক্তা পমদুনা। নপন ঐবু লৈএ—নমা ঐবু লৈএ। হেকঙাই নপাউ চাউনা মীকপ্পনো—নপুকনীং মুংশিনা কপ্পনো। অমৃত লাইজা ঈ—খোম। অরা লৈখৈ তারমলে—রাবনা হায়নিঙাই লৈরুদ্রে। ইন্দানরিসে—য়েৌমনবা চংখ্রগে। পোকমাবী—মমা অপোকপী। রাংলেন—পুং। মাল্লং ফেঙ্গি ওই খমগোন নোংলৈ ওইনা—নোংলৈ মুংশীং ওইনা। হনরাইখিরে—হনখরে। সেকচাই—লৈঙোই।

মফম অসিদা নপারি ঐবু খোমলাং ইনৌহমলশ্বনে। কোরৌ নোংদোনথক্তা কাখিবরা? মাল্লেম লৈখারোন্দা চঙখিবরা নাউরা নপারি ঐবু করম মুংশিদবনো হায়না লৈঙোই সেকচাই হোংনা মীকপ্পবু লাইজা ঈরোম্মংগী তুবী মকোক কাঙ লাইরেন মরাই লোংনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা রূপবান-ও বৈষ্ণব লাইপোক চঙখোনবা-ও। অরা ছইরাং শোন্না মীকপলগুনো। তুরেন লাইজা ঈনুংহকপু কূম্ভীনি ঐনা লাইজা ঈরানগে লাইরেন ঈনমথক্তা তোংলারো হায়না পাওমেল্লবদা নাউরা রূপবান্না হে মহাশয় কুম্ভীরনীও ন'উরা মহা পাপীরেন ঐনা বৈষ্ণব ননমথক্তা করম নেংশিবনো হায়না পাওমেনববু কুম্ভীরনীনা পাওমেল্লকএ। হে মহাশয় বৈষ্ণব অথোইবা-ও ভক্ত নখোঙ খূয়ারেন্না কুম্ভীনী ঐগী ঈথক্তবু নেংপিরবদি মহাপাপ পূন্নমাবু কোকলঙেনে। কোল্লোয় ইপাউমেনস্তুঙ চেঙ্গগে নেংপিররো হায়না পাওমেল্লবদা নাউরা রূপবান্না শমু খূংনা তাঙজা কোক্তা অহুমলক কংলবগা কুম্ভীনী লাইয়াঙ থক্তা কানা তোংলবদা কুম্ভীনী লাইরেন অচৌবনা শমু মমায় মথা ওন্না নাউরা রূপবানবু পুনা বৈতরণী তুরেন অপাকপবু

---

খোমলাং ইনৌহমলম্বনে-খোম ইল্লম্বনে। কোরৌ নোংদোনথক্তা অতিয়াদা, লাইরৈবাক্তা। মাল্লেম লৈখারোন্দা-লৈপাক মথাদা। লাইজা ইরোম্মংগী—ঈশিং মনুংদগী। তুবী—লাইরেন। অরা ছইরাং শোন্না—য়ামনা য়ানা, অরা পোখাবা লৈতনা। মীকপ্পগুনো—কপ্পগনু। লাইজা ঈরানগে—ঈশিং 'লানগে। মনমথক্তা—ননংগন্দা। কোল্লোয় ইপাওমেনস্তুঙ চেঙ্গগে—ঐগী

মান্ন' নুংশীং মমাঙ থানা লাইঙ্গ' ঈরাল্লকপবু লোইদাম থাম্বমাগা কোরৌ নুমিং তরেংনী গুবদা চাংজৌ লৈরাই ফংলবগা নাউবা রূপবান্না লৈরাই পন্দোন লেপনা পাউহংখিএ। হে মহাশয় লাইরেন চাউথোইবা-ও কোল্লোয় করি পাউচেনগবনো হায়না পাউহংববু কুম্ভীনা পাওমেনখিএ। হে ভক্ত রুপবানও লাইরেন ঐবু লাবানে। গর্ভ নাকলু ফিয়ানববু চহী কুমশীং তরানীথোই স্নরে। ঈপারিস্নং শাংনদে ইমোম্মাস্নঙ ফৃয়নদববু মতৌ করিননো সম সনা মথোঙখাদা হংবিরকও। লৈরাই মকম অসিদা রুপবান নওবু ঙাইরমগে। পল্লেম নমা নচাবু লাইরেন ঐনা অমরক হন্না লাইজা ঈরানগে হায়না পাওমেল্লবগা লাইজা ঈরোম্নুংদা লপখিরে হায়দবরা? নাউবা রুপবান্দি বৈতরনী ম্বাংমা লানখিবগী মখেবু খম্নং মীবিবাক সারা মিকোন খঙববু ওইখিরবগী চেংলৌ মিথোঙ মম্ রাত্রি অহিং ওইনা শমু খোঙকাপ থাংফম উদরবগী নাউবা রুপবান্না শ্রীজগন্নাথ লাইয়িংথৌবু তেংথাননা মীকপলকএ। হেশ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো লৈরোন নোংলোন অহুম্মাগী মপুরেন অশোনবগী

---

পাউস্ন চেঞ্জগে। মান্নং নুংশীং মমাঙ থানা—নুংশীংকী মাঙ থানা, য়ামনা শুনা। লাইজা ঈরাল্লকপবু—ঈশিং লাল্লকপবু। লৈরাই পন্দোন লেপনা—লৈরাই মথক্তা লেপনা। লাবানে—নিপানে। নাকলু কিয়ানববু—গর্ভ লৈববু, নাউপুববু। শাংনদে—পোক্তে। ফূয়দববু—পোক্তববু। লাইজা ঈরোম্নুংদা—ঈশিং মনুংদা। চেংলৌ মিথোঙ মম—মিংনা উদবা। লৈরোন নোংলোন অহুম—স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল।

পাঙ্গন ওইবিবা পাঁউদবগী মীচঙ চঙবিবা মনাই ভক্ত লাংগোন হৈবা লাইয়িংথৌও ননাই মহাপাপীলেন রূপবান ঐবু মতৌ করি ওইয়ো তমলিবনো ভগবান কৃপা তৌবিরকও হায়না মীকপলবগী শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা উরবগী মনাই বৈষ্ণব রূপবানবু কৃপা থৌজানগে হায়বগী গড়ুর বাহোন তোংনা দ্বারিকা মপুংয়ায় কৃষ্ণ মকাইফমগী মণি রতন সিংগাসনগী খয়ং মরৈপাক। অমম চীঙপিথম বৈতরণী তুরেন চাংজৌথক রূপবান মমাঙ সংসঙবদা পাইরকপবু খম্নং যমরাজ রায়েনবনা উরবগী মনাই বৈষ্ণব গুণনা চাউথোইবগী হরি সনা মখোঙ লেঙবিরকলে। শক্তি অসিগুম্বনা যম ইরৈবাক্তা চঙবিরকলবা কুইনা শাংনা লৈবিরবদি মহাপাপীরেন পুন্নমাপু কোকখিরঙৈনে হায়না যম মখোঙ হৌনা চেল্লকলবগা কৃষ্ণ সনা মখোঙ খাবু খুরুমজরবদা কৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মনাই রূপবানবু খুজেং হংজি পায়না পাওমেনখিএ। হে নাউরা রূপবানও। অমন খমলৈ কূমখিরবা মীবু অশ্রাই তাইবঙ পানবনা খোমলেন মঙলানচানবু নত্তনদি চেংলৌ শক উনৌও তমদরে। অতু উবা তমলবদি চীংঙু ব্রহ্মা মপারি নারদা মুনিদদি ঙম্বনে। হে নাউরা রূপবানও। ভক্তি নবমচৎ অসিবু কৃষ্ণ ঐবু খাঙতমদরে। নাউরা রূপবান

---

লাংগোনহৈবা—য়োকপিহৈবা। কৃপা—থৌজান। মপুংয়ায়—নরৈপাক। মকাইফমদগী—ময়ুমদগী। চাউথোইবগী—থোইদোকনা চাউবগী। খুজেং হংজি পায়না—খুজেং পায়না। অমন খমলৈ কূমখিরবা—শিখরবা। খোমলেন মঙলানচানবু নত্তনদি—মমঙদা নত্তনদি।

নত্তুংও নারদা মগুং মানগুম কৃষ্ণ ইরনকু হরি ইথৌজান্দগী শিখিরবা মা পুন্নমাম্থ চেংলৌ মশক উববু ওইজরো হায়না বর লনকু'বিরবগা কৃষ্ণ সনা মিং থপ্পান্না যম চিংনা য়েংনা পাওমেল্লকএ। হে যম মহারাজ ব্রায়েন চুম্বা-ও নাউব্রা রূপবান অসিবু ইনাই বৈষ্ণব অত্তাওবনে। রূপধাতৃ মমাবু যম নরনকুনা কংজহল্লো হায়না নাউব্রা রূপবানবু যম নিংথৌ শমু মখুংপাক্তা খুংশিন্নরম-লবগা হরি লাইয়িংথৌদি অন্তর্ধ্যান মাল্লং ফেঙ্গি ওইখিরে। খমগোন নোংলৈ ওইখিরে। দ্বারিকা মপুংয়ায়দা খোইরম থিংলৌ নীংনা তেনা হনরাইখিরে হায়দবরা? নাউব্রা রূপবানবু যম নিংথৌ ব্রায়েনবনা শমু মখুংশন্না যম সনায়োয় কোন্নুংবু ইন্দাল্লকপবু যম প্রজা পুম্নমানা রূপবান চেংলৌ য়েংনা পাওমেন্নখিএ। যম ইরৈপাক্কী নিংথৌ ব্রায়েনবনা শমু খুংশন্নরকপা নাউব্রা অসিবু অঙাই ভাইবং পান্নে। তাইবঙ মী ওন্থোক করম্বনো খম্নুং য়াংলৌ লমদাং-শাংবু খোঙনা চৎনা ইন্দাল্লকপা অসিবু তাইবঙ কনানম্ভও হৌনদে। মাল্লং কনানম্ভও চৎনদে। খম্নুং পাৎখীয়াম সারা কেনখঙ হক

---

লনকুবিরবগা—বর পীবিরগা। নরনকুনা—নথৌজান্না। অন্তর্ধ্যান —উখিদ্দবা, মাঙথোকখিবা। মাল্লং ফেঙ্গি খমগোন নোংলৈ ওইখিরে—নোংলৈ নুংশীৎ ওইখরে। মপুংয়ায়দা—মরৈবাক্তা। থিংলৌ নীংনা তেনা—অমুক হন্না। হনরাইখিরে—অমুক হনখরে। সনায়োয় কোন্নুংবু ইন্দাল্লকপবু—সনাকোন্নুং য়োননবা লাকপবু। খম্নুং—অশিবগী। য়াংলৌ—লম্বী। তাইবঙ মাল্লং—তাইবং

কাওখঙ মরীন মাম্বা খোংলেন পাদ্রে হকপাবু কন না লানবিরক-পনো ? অভাং মতীক নত্তে। নাউবা মপা নত্তে। চেংলৌ শক্কোই খোংস্নুঙ হেনখোইএ। পুন্নুং লেপপানখোংদুঙ ডানখোইএ। খোইয়ম মশানওনবু ওইরবরা হায়না শোনমোইনখিএ হায়দবরা ? নাউবা রূপবানবু বৈথোপ যুমলেন অচিকপদা চরৈ ফিবু থাদনা ডাইহাক অবা পোথহল্লবগা যম নিংথৌ রায়েননা নাউবা রূপবান অসিবু বৈষ্ণব মগুণ খঙ্গে ভক্ত পূকনীঙ য়েংগে হায়বগী কোল্লোয় অমেঙবা য়াথং নীংথিবনা পাওমেল্লকএ। হে নাউবা রূপবানও ! পল্লেম নঙবু পোকপী নমাদো যম ঐদি খঙদে। যম ইরৈবাক্কা নূপী প্রজা পুম্নমাবু পৈহনগে পল্লেম ননা খঙও হায়না যম খোঙলোয় অয়াঙাশিংনা খম্নং পাউগা চেল্লবগী সারা মক্কোনখঙগী নূপী প্রজা পুম্নমাতো তাইবঙ নাউবা মানা পল্লেম মমা থিবা লাকএ হায়রবু তাবরদা নপারি থমলস্থা কোঙ্গায়না মমোম থমল-শাগদি য়াওবগী ইপারিরা ইনোমলা হায়বগী প্রজা পুমনা পৈরবদা নাউবা রূপবানা নূপী সভালক্তা চৎনা থিববু পল্লেম চেংলৌ খঙহৌদবগী ইমাশিনে হায়বা ডমদনা যম সনা মখোঙখাদা রাহমখিএ। হে যমবাজ বায়েনবাও লহান তাইবঙ মাল্লংপা া পল্লেম চেংলৌ উজহৌদবগী ইমা মশক খঙঙমদরে। যম সনা

---

**পানবগী। চেংলৌ শক্কোইখোংস্নুং—মশক মঙৌম্নু। পুন্নুং—মরেপ। শোনমোইনখিএ—শোম্নখি। চরৈ—ফি। ডাইহাক—মভম খজিক্তং। পল্লেম চেংলৌ খঙহৌদবগী—মমা মশক খঙহৌদবগী।**

নখোঙখানা লনকুবিরবদি যম কংলৈ নশূমাঙদা লীরুংচামা ব্রাংনা শগাই লাকখোন্‌মাবু শাবি-ও। শগাই লাকখোন মখাদা তৌরাং ফকলোন তরেৎ খনবিও। চামলৌ লারোন তরেৎ রৈবিও। চরৈ ফিরোন তরেং খনবিও। মাল্লেম লৈময়োন্দা নাব্রা ঐনা লৈজগে। নুজা শীংবূম থীনা শগাই পল্লক থক্কী অমৃত লাইজা নীংথিববু খোমলাং সুমথহনবি-ও। নাউরা য়ারেন খোংচিন্নুংতা তারবদা পল্লেম ইমা খঙজগে হায়না পাওমেনখোনগী যমরাজ ব্রায়েনবনা কংলৈ মশূমাঙদা লীরুং চামা ব্রাংনা শগাই লাকখোন শারে। ফকলোং তরেৎ খন, লারোন তরেং রৈ ফীজঙ মরোন তরেং খন্না নাউরা রুপবানবু ফীজঙ মরোন্নং মাল্লেম লৈময়োন্দা ফমহল্লবগা নুজা মীপূম থীনা সগাই পল্লাক থক্কা কানা খোমলাং শুমথহনববু নুজা অমত্তবু খোমলাং ঈ নঙথবীদে। লাইজা ঈ হৌবিদরে। নাউরা রুপবানগী পল্লেম মমা পোকমাবী রুপধাতৃ কৌবীদি মপাম্নি চেংলৌ উরবদা খোমলাং লাইজা ঈ নঙথরকলে। শগাই পল্লাক থক্কী লাইজা মতোম থোকলকলে। খোমলাং মতোম তাখিবনা ফকলোন তরেং ফাও লারোন তরেং লীং

---

তাইবঙ মাল্লং পান্দা—তাইবংপান্দা। চেংলৌ উজহৌদবগী-শক উজহৌদবগী। লনকুবিরবদি—খৌজানবিরবদি। কংলৈ—শূমাঙ। চামলৌ—লা। চরৈ—ফি। মাল্লেম লৈময়োন্দা-লৈপাক্তা। অমৃত লাইজা নীংথিববু—খোমলাং, খোম। য়ারেন খোংচি নুংদা-য়া নুংদা। মাল্লেম লৈময়োন্দা ফমহল্লবগা লৈপাকক্তা। —ফমহল্লগা। নুজা-নুপী। খোমলাং ঈ-খোম। মপারি চেংলৌ উরবদা—মচাগী মশক উরবদা। খোমলাং লাইজা ঈ নঙথরবলে

ফিজুং মরোন হুরেং ফাওনা রুপবান য়ারেন খোংচি হুংদা তরা চাকম য়ৌনা তারবগী নাউরা রুপবান্দি ফীজঙ মরোন হুংগী থোকলকলবগা পল্লেম চেংলৌ লাপয়েংনা দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পকনা খুরুমজরবদা পল্লেম মমা রুপধাতৃস্নুঙ শগাই পল্লাক থক্কী কুমলকলবগা মপারিপু চিংনা য়েংনা মপারিবু হুংশি পুকনীং চঙ, মপারিনস্নুঙ পল্লেম মমাবু নুংশি পুকনীং তানা মতোম মতোম ফমনা লৈনরবগী যম নিংথৌ রায়েনবনা চেংলৌ মিংথিংলবদা পায়মা পীবুক হুংদা নাংখল্লকলে। পল্লেম মমা মচা অসিবু ঙাইবঙ হুংশিনবা প্রেম মায়াচান অরুববু ষম ঐনা লৌথোকপিরবগী হুংশি পুকনীং চঙনদ্রবনে। হরি লাইয়িং-থৌগী কৃষ্ণ কোল্লোয় ময়াথংবু কোরৌ নোংদা কাফরোইএ। মাল্লেম লৈদস্নুঙ তাফরোইএ হায়না তাইবঙ হুংশিনবা প্রেম মায়াচান অরুববু রুপধাতৃ শমু মহকসাংদা উপশিনবিরবদা পল্লেম মমানস্নুঙ মপারি হুংশি পুকনীং চঙলকলে। নাউরা মপারিনস্নুঙ পল্লেম মমাবু হুংশি পুকনীঙ চঙলবগী তম্পা স্না মিংকোয়থোং মরিমাপু প্রেম খকমাতাববু মান্নরে হায়দবরা ? নাওরা রুপবান্না পল্লেম মমাবু ওয়রম তরেংলক কোয়না মপন খোঙবী লৈখৈ পায়না

---

—খোম নঙথরকলে। য়ারেন খোংচি হুংদা—মন্না মহুংদা। লাপয়েংনা—লাপ্না য়েংদুনা। চিংনা য়েংনা—মুন্না য়েংদুনা। চেংলৌ চিংথিংলবদা—উরবদা। পায়মা পীবুকহুংদা—মপুক মহুংদা। কোল্লোয়—য়াথং। শমু মহকসাংদা-মশাদা। মপারিবু—মচানিপাবু। মিংকোয়থোং মরিমাপু—মিং মরিমকপু। প্রেম খকমাতাববু—মপি তাববু। মপন খোঙবী লৈখৈ পায়না—মমাগী

দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদ। পক লাংলেন কোংয়াঙ ৱাশাং তাবগুম কপনা খুরুমজরবদ। পল্লেম মমা পোকমাবা রূপধাতু কৌবীদি মতৌ কমু লৈতনা মপাম্বিবু লোকলৌ শানা কোন খজাই লেংলোই চূপ ফৈৱা তান্দা থোংনা হে পাৱি ইবুংঙো রূপবান অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙদৱিবা ও পল্লেম চেংলৌ শক খঙহৌদা নপন ঐগী অমৃত লাইজা ঈ থকহৌদবা নঙবু তাইবঙ কনা য়ৌঙদা মাল্লং কন'না তানঙমদা পাৱাৱীস্নুঙ লৈতবা পুৱারাস্নুঙ তাদবা খমন্নুং লৈপাক সাৱাইকোন খঙদা নাউৱা নতৗক নক্তনা নপন মাৱ ইথোঙ্গুনবু করম লৗৱকপানো ? নপন ঐনা থিকলেন মায়য়োকনৱগে পাৱি খোমলাং ঈনৌহমলারো হায়না মীকপ হনকং ঙমদনা থৱায় নিনমাঙননা ৱাঙ্খিরে হায়দবৱা ? নাউৱা রূপবান্না পল্লেম মাল্লেম লৈমায় থক্তা ৱাস্থৱিববু নাউৱা মথৃং অপিশা শমু ওয়রম থংবনা মপন ঙকথী লুমলাং কোন্না ফৈৱাথক্তা থাঙ্গংলে। শৱেন য়েংলম থংবনা পল্লেম খোয়দৌ য়াফম লাফনা পাওমেনখিএ। হে পল্লেম ইবেম্মা নপাৱি পোকত্রমনবু তাইবঙ স্নুংশাপান্দা পাঙ্গল ঈহৈ চাবি-ও। থৱায়

---

খোঙবী পায়ত্তুনা। দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পক—লৈপাক্তা তান। দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমত্তুনা। ফৈৱা তান্দা থোংনা—মতম্বাক্তা পমত্তুনা। অমৃত লাইজা ঈ থকহৌদবা—খোমলাং অমৃত থকহৌদবা -খোম থকহৌদবা। খমন্নুং লৈপাক—অশিবগী লৈপাক। খোমলাং ইনৌহমলরো—খোম থকলরো। ঙকথী লুমলাং কোন্না—মঙক্তা কোন্দুনা। ফৈৱাথক্তা—মতম্বাক্তা। তাইবঙ স্নুংশা পান্দা—

নিনমাঙনফ্রাইএ। হরি স্নামখোঙখাবু লৈএ হায়না কর্ণ নাকোঙ খোঙস্রাওরেন্দা হরি মিংলেন শোন্না রূপধাতু মহারণী, দৈ থরায় লাইহিংলকলবদা মপারি ফৈরা তাদা খোংনা চীন সনা থম্বাল মায়য়োক্লনা তোয়নরবদা নাউরা রূপবান্না পাল্লেম ফৈরাথক্কী যম নিংথৌনচিংনা য়েংনা কোল্লোয় অমেঙবা য়াথং নীংখিবনা পাউহংলকএ। হে যমরাজ রায়েন চুমথোইবাও নাউরা রূপবান ঐনা য়াংলৌ লমদাং শীৎলকপদা উপদ্রব ওল্লোকপবু চেংলৌ মিংথিংলকপবু পাউহংজরক্কে। উনবী পূকনীং তপনা না তাবিও। য়াংলৌ লম্মখাঙদা কোনা পানবী তরেৎ হৌরিএ। মখোঙ কোনা ওইরিএ। মকোক তাইবঙ মীবু ওইনা চুঙ্গোয় থাঙশাং পায়না লৈএ অতুম্বুঙ মতৌ করম্বনো? প্রিহপুর লৈপাক মুংঙাইবদা শান্তভুক্ত নিংথৌ মমোমলোন যুবতী কন্যা নাংথিবী ইসারি কৌবীনা তাঙজা লুরেনতোন্দা চানা তুমনৌ ইনা মুজা শমলাং ওইনা হৌরিবসুঙ মতৌ করিগীনো? বৈতরণী তুরেন ইনুংহক্কা আজগর কৌবা গুম্ভীণী লাইরেন লারা অতুনা গর্ভনাকনু ফিগ্নানবু চহী

---

তাইবঙ পানবদা, সংসারদা। কর্ণ—নাকোং। থরায় লাইহিং লকলবদা—থরায় হিংগৎলক্লবদা। রায়েন চুমথোইবা অতুম্বা রায়েন তৌবা। য়াংলৌ—লম্বী। লমদাংশীৎলকপা—লম্বাদা অমুর লাকপা। য়াংলৌ লম্মখাঙদা—লম্বী লমখাঙদা। উপদ্রব—ওইথোক্লবা। চেংলৌ মিংথিংলকপা—মিংনা উরকপা। মমোমলোন—মচা নূপী। তাঙজা লুরেন তোন্দা—মকোক্তা। মূজা—নূপী। শমলাং ওইনা—মশম ওইনা। ঈম্মুং হক্কা—ঈশিং অরুবদা। নাকনু ফিগ্নানবু—নাউপুববু, গর্ভলৈবু।

রূমণীং ১২ গুরে হায় অক্ষুস্ত মতৌ করিননো ? যম সনা য়াথংদগী নাউরা ঐনা তাঞ্জনিংএ হায়না পাউহংববু যম নিংথৌ রায়েনবনা বৈষ্ণব চরিত্র মরমগে ভক্তকোল্লোয় নয়াথংবু উনবী পূকনীং পেন-থোইরবগী হরাউ পূকনীং চঙনা পাওমেল্লকএ। হে বৈষ্ণব রূপবানও তাইবঙ নমু পোংঙইবদি তৌজ কর্ম্ম মহৈবু ইন্না েংপনে তাইবং কর্ম্ম ফয়াম্বা পাপ পুণ্য মরম থৈবিকপু মিংয়েং শানকৈহনগে হায়বগী রূপবান শমু খুৎশন্নন তেথোকলবলে হায়দবরা ? নাউরা রূপবান্না যম কুণ্ড অপৌবা বক্রা লন্না কৌবদা মৈলেন য়োৎশুবী থক্তা নমু মীপুম চনবা খাংবু থংগৎলবগা থাউলেন হন্না হাপ চেমোম মৈথৌ থোই নমু মীপুম তৌনা লাক্লবনু মিংয়েং শানথৈরবগী যম চিংনা গেংনা পাউহংলকএ। হে যম মহারাজা রায়েনবাও নাউরা রূপবান ঐবু মতৌ অসি উবদা য়ামনা শোংকি পূকনীং চঙলে মতৌ করম্বনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌ রায়েনবনা পাউথুম লকএ। হে নাউরা রূপবানও নমু মীতমথী পূকনীং মকিং নাইবা য়াথং রাহৈ পল্লেপ নাইদবা রাহোং তৌরবা মরূপ অচেৎপগি রাবু রা চানদবা, মরূপ অচেৎপবু হাংপ কোল্লোয় ময়াথংদগী নমু মীলন য়ামনা তিংহনবা, মীবু পাউহান কনবা নমজা নমথেক্লবা নমু অশোনবা পাওদবগী

---

তাইবঙ নমু পোংওইবা—মীওইবা। মিংয়েং শানকৈহনগে—উহনগে। মৈলেন—মৈ। চকমোম—মৈ, খাম্বো।
শোঙকি পূকনীং চঙলে—পূকনাংদা য়ামনা কিরে। নমু মীতমথী—তমথীবা ফত্তবা মী। পূকনীং মকিং নাইবা—মপুক শেংদবা, লোথুপ লোকোই তৌবা ফত্তবা। রাহৈ পল্লেপ নাইদবা—

মীপোৎ চঙনা নম্না লৌরবা, য়াৱা মীরন পাম্বগী নমু লিংজেম চুমদবগী সাক্ষী ৱালেপ ওইবা, কোপ্লোয় ময়াথংদগী মরূপ অমবু শিহনবা নমু তাইবঙ অতুগুম্ববু কক্রা লন্না কৌবা কুণ্ড অসিদা ঙৌনা লাকনৈএ। লাইগী চহী কুমশীংদা চহী ১০০০ লাকলবগা অমরক তাইবঙ মীওইনা য়াম্না মতু চোমনা নমু মনম নমথৌনা পোকলয়ে॥ ০॥

রূপবান খরা চৎলে হায়রগা চারাচা কুণ্ড য়েৌরবদা শমনুং কুণ্ড মহাক্তি লাইজা ঈশিংগী কুণ্ডনে। লাইজা ঈবোন্নুংদো লাইজা ঈশিং তীন হিংচাবা, কাওরেন শনগী তীনফা কোমনে। নমু মীয়াম খৈবিকপু ঈরোম্নুংদা ইন্থরে। তীন্না চীকপা খাঙবা ঙমদা কাংপন্ লাংদা কারবস্নুঙ যমগী খোঙলোয় অম্নাম্বনা য়োংস্নুঙ কোকতা য়ৈ খংনং লৈতোয় থিন্না তংন্থরে। মতৌ অসুম লাক্লববু রূপবান্না উরবগী যম চিংনা য়েংনা পাউহংলকএ। হে মহারাজ ৱায়েনবা-ও মতৌ কন্নিগী য়ৈরিবনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউৱা রূপবান-ও। লহান তাইবঙ পাল্লিঙৈদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা মমা মপাদা ইষ্টদেব গুরুদা চরিত্র লমচৎ কায়বা, বামোনগী মরন চাবা, বিত্তা লাইরিক তম্বিবা উজাগী মরন চাবা, য়াথং

অরেপ্পা অওইবা ৱা হায়দবা। মীলন—মীগী লনথুম। য়াৱা—লন, শেন। লাইজা ঈরোম্নুংদা—ঈশিং মনুংদা। লাইজা ঈশিংতীন হিংচাবা—তীমফা। খোঙলোয়—মতুংইনবা, লেয়িন খময়িন। লহান তাইবঙ পাল্লিঙৈদা-অদুঙৈ মীওইনা পোকলিঙৈদা। চরিত্র —লমচৎ। য়াথং ৱাপৈ হায়না—ওইদবা চুমদবা ৱা হায়দুনা।

ৱাপৈ হায়না উজাবু নমথাক তৌবা, উজা লিদা তৌবা, মোমনু নুজ ওইবাশিংবু নুজা পুকনীং য়েংদনা ওম্মে নমজানবা সতী ধৰ্ম্ম থুগরবা রাজা নিংথৌ ওইবা থৈবিকসুড ঐদি নিংথৌনে ওম্মে হায়তুন। ৱারম বিচার থিদনা মপোং পণ্ডনা খোম্বা, নমু অরানববু দণ্ডি ৱারকনবা মনাই মীচণ্ড চণ্ডনা য়োকখৎলবা, পাত্র লৈপাক কোইবা অণ্ডম্বনা য়াৱা মীরন পাম্বগী অপৈবায় চুমহনবা, অচুম্ববু লানহনবা, মীলন্ য়েংনা ৱায়েনবা, গুরকাদা লাকুবা মী অহৃশিংবু চালাচা কুণ্ড কৌবা অসিদা চহী ১০০০০ লাকনরবগা মপেক লাংওন অমরক্ত। ইরোই ওইনা পোকলাএ ॥ • ॥

রূপবান খরা চংনবগা তিকম্পালা কৌবা কুণ্ড য়ৌরকলে। য়োংকী মূৰ্ত্তি অনীগাপু নূপী নিপা শক্তা মান্না খাম্বী ডাণ্ডনা ঈকনা য়ুংলিয়ে। নমু মায়াম পুন্নমাপু নূপীনা নিপাগী মূৰ্ত্তি অতুদা, নিপানা নূপীগী মূৰ্ত্তি অতুদা লহান তাইবণ্ড পাল্লিদৈ তাল্লোয় নতু নত্তনা থংলেন নৱা নত্তনা। নণ্ডনা নণ্ডনা য়েংবদো অসিনে কোল্লো ছায়না ইনশিল্লে। য়োংকা মূৰ্ত্তি কোল্লুরবসুড খাম্বী মৈনা চাকএ। কোম্ৰবসুড যমগী ডুতনা য়ৈববু থাংবা ঙমদনা লাক্কববু উরবগী নাউৱা রুপবান্না যম চিংনা য়েংনা পাউহংখিএ। হে মহারাজ ৱায়েনবা-ণ্ড অসিদি মতৌ করম্বনো হায়না পাউহংববু যম

---

মোমনু নুজা-নূপী। খোম্বা-লোবা। য়োকখৎলবা—শৌগৎলবা। লৈবাক কোইবা—লৈবাক পুনা, অণ্ডম অথৌ। য়াৱা মীরন—মীগী লন। অপৈববু—অরানববু। ৱায়েনবা—বিচার তৌবা। লাংডোন-মপোক। তাইবণ্ড পাল্লিদৈণ্ডদা—মীওইনা পোকলিদৈণ্ডদা। তাল্লোয়-মতু। থংলেন—মৱা। খাম্বী—মৈ। নুজা মৱা লৈবী—

মহারাজনা পাউ্মলকএ। হে নাউরা রূপবানও কুপ্ত মফম অসিদি তিকম্পালা কুপ্ত কৌএ। লহান তাইবঙ পান্নিংদা নুজা মরা লৈবী নূপীবু শীডেঙন লৈরায়নবা, মে'মনু নুজা লপহঙ থংলেন মরা লৈনা নীপা তোঙানবা অমবু তাউজীং হৈরাম্নবী অদুনে। য়েংকী মূর্ত্তি অসিবু মরুম্বী অতুগী চেংলৌ মশকনে। মরা লৈবা নূপী য়েংবা মতু লৈবা নীপা অমা য়েংবা নূপীবু মচৌ অহুম তৌনা লাইগী চো ২০০০০ লাক্লরবগা মপোক লাংওন অমরক্তা শমু মখোঙ মশং তেক, চেংলৌ মমিংতাঙ, কর্ণ নাকোঙ পঙ, চেংলৌ মশক থীনা মপোকলয়ে॥ • ॥

রূপবান খরা চংলবদা তপ্পু কুপ্ত য়ৌববদা তরা চামনথীগী কোননে। থীগী কুপ্ত মপাদা তেংনৌ য়োংভূম অচৌবা, নমু মীনা থাংথবা ঙসদবা অমবু খাম্বী মৈদা ঙাউনা ইকলবগা লহান নঙনা পাম্না মাপোং মিরন্দো অসিনে পায়ও কোল্লো হায়না পায়হন কোনহল্লবগা কুপ্ত থীগী কোমদা থাদরে। থীদা লৈবা হন্না মৈনা চাকপা মীশা ওইনম্ববু শহুম শহুম লাকনা চাবরু উরবগী যম নিংথৌ চিংনা য়েংনা পাউহংলকএ। হে যম মহারাজ ম্রায়েনবা-ও

---

মরা লৈবী নূপী। শীডেঙন লৈরায়নবা—ঙাঙনবা। মোমন্নু নুজা লুপস্থুঙ—নূপীশিংস্থু। তাউজীং হৈরাম্নবী—নীপা ঙাঙনবী। মরুম্বী -অশেংবা নতু নত্রগা মরু, নত্তবা লোম্না থুপনা ঙাঙমবা নিপা নূপী। মপোক লাংওন অমরক্তা - মথংগী মপোক অমদা। চেংলৌ—মিং। কর্ণ—নাকোং। তেংনৌ-য়োং।

মতৌ অসুক থীনা লাক্লরিরা অসিবু রারম করিগীনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রুপবান-ও লহান তাইবও পাল্লিডৈদা কাওরেন মীশন হুবা, তয়ম মীনাই হুবা, সাইকও লৈহন থোইনা মোলন্ পাবোংসেম্বা নমু মীনা লাইদা কংকে হংয়না থমজবা বস্তুবু মানা হুদনা ঢাবা, লম্বী তাবা পোৎ খুম্নংগা মীবু তাক্তাবা লোল্লা থমলবা, অতুগুম্বা মীশিংবু তপ্তাকুণ্ড, পীতা কুণ্ড অনামা অসিদা মতৌ অসুম তৌনা লাইগী চহী ১•••• লাক্লরবগা মপোক লাংওন রামনা লায়রা অতোন তা থমলৌ অয়েং চেংনা মপোকলাএ॥ •॥

রুপবান্না থরা চংলবগা কুমফিপাকা কৌবা কুণ্ড অতুদা লৈবা তীনদি মওং হনগী মওংনে। ময়া শীড়জও য়াতানবা তীন্নে। অতুগুম্বা তীন্না লৈবা কোম অতুদা য়োক্তুম মৈ ইকপযু থমলিএ। য়োংক্তুম অশাববু অমরক কোনহল্লা তীনগী কোমদা খাদরা য়োংশুক চৈথা কন্ মমিত্তা পুংহুংনা ওাক্তনা ঈকনা থিল্লা লাক্লববু উরবগী নাউগা রুপবান্না যমবু চিংনা য়েংনা পাউহংখিএ। হে যম রাজা-ও মতৌকরম্বগী অসুম লাক্লরিবনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌনা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রুপবানও। লহান তাইবও পাল্লিডৈদা য়ারেন খোংখৈতোনবু থিন্দানা বিষ্ঠা লাইরিক য়েংবযু

---

**লহান তাইবও পাল্লিডৈদা**—অতুইও মানা তাইবও পান্দা মীওইরিডৈদা। **কাওরেন**—শন। **মীশন হুবা**—মীগী শন হুবা। **বস্তু**—পোৎ।

লাইদা গুরুদা সাধু বৈষ্ণবতা স্বর মুংসা ফংনা রা ঙাংবা, শৌচ মুলাধ্বার তৌরিবৈদা রা ঙাওবা, শমু হকচাং শেংদনা খোইয়ম লাইবু খুরুম্বা মীবু কুমফীপা কৌবা নুও অসিদা লাইগী চহী ১০০০০ লাক্করবগা মপোক লাংওন অমরক্তা শমু হকচাং শেংদনা খোইয়ম লাইবু খুরুম্বা মীদি ম মিং তাওনা পোকএ। ঊজ দা গুন্দা স্বর ফংনা রা ঙাওলবদি মরৈ লোমনা পোকলাএ। মরুপ মপংনা স্বর ফংনা রা ঙাওবদি স্বর মনুংশাবু নমথীনা পোকএ। য়াপান খোংখৈ থিন্দনা চেংলৌ মমায় তানা বিদ্যা লাইরিক নেংদ দৌনা মমিং তাওএ। মনা পওএ। ময়া তেকনা পোকএ। রা খ শৌচ তৌরিবৈদা রা ঙাওবদি মপোক লাংওন অমর ক্তা নুংশং লায়থুং থুংনা পোকলাএ ॥ ০ ॥

যম নিংথৌ রায়েনবনা নাউরা রূপবানবু শমু খুৎশন্নন খরুং কুও অয়াম্ববু মশীংস্থবা মিংয়েং শানখৈহন্নকএ। হে নাউরা রূপবানও তরা চাকনুক য়ামনা মথেন লুক্কোয় শেমনা শমু মাঙদা থানা লামলিবা অসিবু য়েংও। লহান তাইবও পাল্লিঙদা ংবা চাথোঙ লাম্বা মীনা মাঙোন্দা তরা চানিববু পীজদে। অমস্তং মাধুকুরী ভীক্ষা তরা চানিববু লাকপদা ঐদি তবা খুপুন হুকলিএ হায়না ভীক্ষা হাপখিদে। অতুগী যম হৈরৈপাক্তা তবা চাথোঙ

---

লাইরা অতোম তা খমলৌ অয়েং চেংনা—য়ামনা লায়রবথনা। ময়া শীঙজও য়াতানবা—ময়া শীঙজঙগুম্না চাউবা। য়ারেন খোংখৈতোনবু থিন্দামা—ময়া থিন্দানা, মচানময়া শেংদনা। বিদ্যা -লাইরিক, মহৈ। শৌচ মুলাধার তৌরিবৈদা—খোঙ হার্মলিবৈদা

ঙা'মনা লাইগী চৈী ১০০ সুনা লাক্লবগা তাইবঙ মীমতেন
অতোনবা ওইনা চাবা থকপা ফংদনা মপোকলয়ে ॥ ০ ॥

নাউরা রূপবানগী মহাক্তি লাইজা ঈখৌ লাংবনা তিলাং
ঈফা নগলে। লাইজা ঈরিকলাইদি পুল্লাং কোল্লা থৌংনা পুরিএ।
পীথক্লনা লাকলিবা অসদি লহান তাইবঙ পাল্লিডৈদা লাইজা
ঈশিং নিববু পীথক্তে। ঈশিং মফম হংবদা মফম খঙনা তাক্তে।
জাব পানবা খৈবিকনা লাইজা ঈথকলিডৈবু থদরিঙ মানা
তাম্লোকএ। অতুগী মাবুদু লাইজা ঈখৌ লাংনা লাইগী চহী
২০০ সুবা লাক্লবগা মপোক লাংওন অমরক্তা চেংলৌ মশক থী
খোময়ন লায়থুং থংনা পোকএ ॥ ০ ॥

হে নাউবা রূপবানগী শমু মহকসাংদি নিংথম ইহকোয় চল্লিএ।
শমু মকোকথলদি খাম্বী মৈ চাউনা পুখিবা অসিদি লহান তাইবঙ

---

থিফাইরিডৈদা। খোইয়ম-লাই। লাক্লবগা-ওৎ নৈতুনা হাইল্লগা।
স্বর মনুংশা—নিংসাস্বর, স্বর হোক্লোক হোক্লিন। য়ারেন
খোঙৌল থিন্দনা—য়া খিন্দনা, মচিন শেংদনা। রাখি শোচ
তোল্লিডৈদা—মনুং অচৌবা চঙলিডবা, খোঙ হাম্লডবা, মথা
মায়া রৈডবা। লয়থুং—লায়লা। তরা—চাক। তরা চাথোঙ লাম্বা
মানা—চাক লাম্বা মানা। মাধুকুরী—ভীক্ষা, চাকনিবা। তরা
খুৎপুন ছকলিএ—চাক চারিএ। তাইবঙ মীমতোম—অতোনবা
মী। লাইজা ঈখৌ লাংবনা—ঈশিং খৌরাংবনা। লাইজা ঈরিক-
লাই—ঈশিং। লাইজা ঈখৌলাংলা মী—ঈশিং খৌরাংবা মী।
লাইজা ঈথকলিডবু—ঈশিং থকলিডৈদা। মপোক লাংওন
অমরক্তা—মপোক অমুক্তা। চেংলৌ মশক থী—মশক থীনা।

পাল্লিভৈদা মোংবা মরানয়ায়দা খাম্বী মৈ নিরববু লৈনামক লৈত্তে হাযনা মৈ পীদে। অহুগী যম ইরৈপাক্তা লাইগী চহী ৩০০ সুনা লাক্লরবগা অমবক তাইবঙ পানবদা চরৈ ফিথুংদনা পোকলাযে ॥ ० ॥

হে নাউবা রূপবানও কাওরেন শনথী কোমদা ওল্লা থোইনা লাক্‌বিবা অসিবু য়েংও। মোমনু নুজা নূপনে। লহান তাইবঙ পাল্লিভৈদা মথংলেনগী সেবাবু নাপা শেন্তানাপী, থংলেন কোল্লোয় মযাথংবু নমলোন্নবী, মথংলেনবু মমিং খানা য়েংনা রাহলবী মথংলেনবু যাথং অবাক তমনা লাকনা থুমনা ডাঙলবী, মথংলেনবু খোইয়ম লাইনে নীংদবী, মোমনু ফনেক শাহম ফংনা থংলেন নাক্তা চংলবী, ভনবা সভালক্তা নুজা মবাই লোংনা চংলবী, মথংলেনগী তরা লুকফম থক্তা নূজা থুংচুম্বু চোংহনলবী মথংলেন ফম্লুং ফনলাংচাদা মথংলেন লৈত্তে হাযনা শমু মখোঙনা নেংনা কন্না চংলবা, মথংলেনগী পাতাসোন খুকম মখোঙনেপু শমু খোঙনা শোকলবী, য়াব্রা মিরন পাম্বগী মথংলেবু য়াথং পৌশাল্লবী পূকনীং মকিংনাইরবী মথংলেনগী মমাঙ্গা য়াথং

---

শমু—হকচাং। নিংথম হৈকোয় চল্লিএ—নিংথম চল্লিএ। শমু মকোকথক্তদি—মাগী কোকথক্তদি। খাম্বী—মৈ। মোংবা মরাল্‌-য়ায়দা—ময়ূমদা। চরৈ ফিথুংদনা—শীজিন্নবা ফি রাংনা। কাওরেন—শন। মোমনু নুজা—নূপী। মথংলেনগী—মপুরোইবগী, মরাগী। নাপা শেন্তানপী—তাশিন্নদবী। থংলেন-মপুরোইবা। মথংলেনবু—মরা মপুরোইববু। লাকনা থুমনা ডাঙলবী—লাকথুনা রা ডাঙলবী। মোমনু—নুজা, নূপী। তরা লুকফম থক্তা—চাকলুক মথক্তা। পাতাসোন—খুরুম, খোঙউপ।

অফশাবী, থংলেন উদা মতুংদা মুজা মনীংতমনা চংলবী, পুকনীং ফিযুপ নাইবী, লৌথেক লৌকোয় চাউবী, মথংলেনগী সেবাবু শাওনা শাওনা সেবা থৌগন তৌরবী, অতুগুম্বা নুপীশিংবু যম কুণ্ড অচৌবা করণথী কৌবা শম্থি কোমদা থাদবা, শম্থি হন্না চৌকপা খাউবা ঙমদা কংপন লাংদা কাজবসুড যমগী তুতনা য়ৈবা খাউবা ঙমদনা লাইগী চহী ১০০০ মাবু লাকুরবগা তাইবঙ মপোক অমরকুসুড য়াওরৌ গাধা শা ওস্তোকপবু ওইনা মপোকলয়ে ॥ ০ ॥

নাউরা রুপবানবু যম নিংথৌ রায়েনবনা যম কুণ্ড ৯০ মাপু মুনা য়েংহন্নবগা রুপবান মথুং শন্না যমগী অরাংবা লম পুন্য চেনবা থৈবিকপু মিংয়েং শানকৈহনগে হায়না রুপবান পুনা কারকপবু পুন্য চেনবা থৈবিক্কো শীঙেঙন লৈয়াম লক তাউজীং হৈকোল্লকতা কনানা রাংলেন পুংখংতৈ কনানা তরেং শেনখীং মনিন নাই বাশী খুংখংথোই, পিনা মুংনৌ খোং, ঈশৈ খোনমান্না তরা অচা রান্তা চরৈ অয়িন তামদা হরি মিংলেন শোন রাধা মিংলেন ফান্না য়াঙ্গোইরিববু উরবগী নাউরা রুপবান্না

---

থংলেন উদা মতুংদা—মপুরোইবগী তুংদা, মপুরোইবা লৈতবা মতমদা। গাধা শা—লোলা। শীঙেঙন—লৈ। তাউজীং—হৈ। রাংলেন-পুং। রাংলেন পুংখংতৈ-পুংয়ৈবা। তরেং—শেন। ঈশৈ—খোনমান্না—খোন মান্নবা ঈশৈ শক্তুনা। তরা অচা রাংতা—চানা থরুবা রাত্তনা। চরৈ অয়িন তামদা—শেংনা ইম্নবা ফি রাত্তনা। য়াঙ্গোইরিববু—লৈরিববু।

যম নিংথৌ য়েংনা পাউহংখিএ। হে যম মহারাজ ব্রায়েনবা-ও তাইবঙ মতৌ কল্লম্বনা মফম অসি তানফংবনো হায়না পাউহংববু যম নিংথৌমা পাউখুমলকএ। হে নাউব্রা রূপবানও লহান তাইবঙ পাল্লিরৈদা অশোনববু কোনবিবা, পাঙদববু য়োকপিবা চাদববু য়েনখায়হৈবা, শেত্তববু ফি থাইবিবা, পূকনীং অনী লোঙদবা, য়াখং অনী হায়দবা খোইয়ম লাইগী থোঙজিন্দা পূকনীং মম য ওনশিনবা, মমা মপা লাই গুরু সাধু বৈষ্ণব উজা পুন্নমাতা ব্যবহার লমচৎ কায়দবা, শীনা হনয়েংদবা, পাম্মু লনলিক্কবা, চীংঙ্ লাইবু উনবী পরৈ চেৎপা, য়াব্রা মিরন প মদবা, অদুগুম্বা নূপী অদুগুম্বা নীপা অদুগুম্বা অছুশিংনা ফম্বী মফম অসিবু তানফংএ। যম ঠৈনা য়েংঙমদে। অসি খঙনা তানা, উনা, য়াঙ্গোইও হায়বা পাওমেল্ল-বগা যমরাজ রূপবান অনীমক্তো থিংলৌ নীংনা তেরকলে। যম সনা মকাইফমদা ফমফমল্লরবদা অসাই মাঙগী ব্রাবম অহানবা রূপবান পাউহংব্রাবু যম নিংনৌ ব্রায়েনবনা নাউব্রা রূপবানবু য়েংনা ব্রাহমলকএ। হে নাউব্রা রূপবানও নঙনা অসাই পাউহংবা য়াংলৌ লম্মখাঙগী ব্রাবু পাউতাকলক্কে তা-ও। বৈতবনী তুরেন অচৌবদা লৈবা অজাগর কৌবা কুম্ভিনী লাইবেন লাবনা গর্ভাবতী মীরো ল্লিবদো রূপবান-ও মচানক্তে মুনি তবেৎমানা তপস্যা লাইনিংগে

---

শেত্তববু—ফিরোন শেত্তববু। খোইয়ম-লাই। ব্যবহার—লমচৎ। ফম্বী-মফম। তানফংএ—ফঙেঙ। য়াঙ্গোইও—লৈও। থিংলৌনীংনা তেরকলে-অমুক হল্লকলে। মকাইফমদা—মফমদা। ফমফমল্লররবদা—ফম্মিম্নরবদা। ব্রাহমলকএ—হায়রকএ। ব্রাংলৌ লম্মখাঙগী—লম্বী লমখাঙগী। মীরোল্লিবদো—গর্ভ পুরিবদো, মপুককংলিবদো,

হ'য়াগী ঈরু শান্দেংলিঙৈদা অজাগর মহাকনা য়োংলে। মুনি তরেংমা অদুনা মালা লীকচং থোই হুরি মিংলেন শোনববু চৈরেপ্পুবনা খাম্বী মৈবু ওইনা চাকপনে। পল্লেম নমাবু লাইজা রাংমা লাল্লবগা মুনি ৭ মাবু ওথোকহনও। মাগী অরাববু কোক্কদনে। লাইরেন মরনকুস্তুঙ মুনি মরনকুস্তুঙ বর লনকু অনীমাপু রূপবান নঙনা ফংজোও। অমস্তুঙ বাহমলক্কে। য়াংলৌ লম্মখাঙদা প্রিহাপুর কৌবদা শ'ন্তভূজ নিংথৌ মমোমলোন ইসালি কন্যা নীংথিবীগী তাঙজা লুরেনতোন্দা ভুমনৌ নাকা ইনা শমলাং ওইনা হৌরিবদো লহান মপোক জন্ম লাংওন অমরক্তাস্তুঙ নিংথৌ মমোমলোনবু ওইনা পোকলমএ। মতা মপিজা মনাইশিংগা শান্নবদা মরুপ মপিজাগী তাঙজা লুরেনতোন্দা খোয়মা নাপীপকপবু মানা উনা তাক্তরে। অতুগী মাঙোন্দা চানা ইবু হৌরবনে। রূপবান নঙনা খুৎনা নানবিও। শমলাং ওল্লক্কদনে। কন্যা মহ'কস্তুঙ রূপবান নঙগী তম্বনে। পুদনা পানমন্নরুও। য়াইফঙেনে। অমস্তুঙ য়াংলৌ লমখাঙদা মখোঙ কোনা ওই মশা মীওইরিবা তরেংমাতো বিরাং শাত্তানবা নিংথৌগী মচা তরেংমানে। মাখোয় তরেং মানা য়াওরৌ শা তাল্লকপদা বন মুংঙাইবগী পামেন উখোঙ খাদা

---

নাউয়াল্লিবদো। তপস্যা—তপতৌবা, লাইনিংবা। ঈরু শান্দেংলিঙৈদা—ঈরুজরিঙৈদা। চৈরেপ্পুনা—অরেপ্পা লৈতনা। খাম্বী—মৈ। মরনকু—মথোজান। লনকু—বর। মমোমলোন—মচা নূপী তাঙজা লুরেনতোন্দা—মকোক্তা। শমলাং—শম। জন্ম—মপোক, লাংওন। নিংথৌ মমোমলোনবু ওইনা—নিংথৌগী মচা নূপী ওইনা। মপিজা—মরুপ। খোয়মা—নাপী।

বশিষ্ঠ মুনি অথোইবনা তপস্যা ধ্যান লাইনিংলম্বা মমাঙদা য়াওরৌ শক্তি লাবা অমবু মখোয় তরেংমানা তেন্না থা, থাঙনা য়াম্না ফারুববু মুনি চেংলৌ মিংথিংলবগী মুনি য়াইবী কনহৌনীকনা মীচৈরে। মহা পাপীরেন নখোয় তবেংমাপু কনানো মুনি ঐগী ঈমাঙদা শক্তি থব্রায় হাৎপবু বন অসিদা নখোঙ কোনা ওইয়ো নশা তাইবং মী ওইও। নখূৎ লীরুং পায় তেন্দোং নমদা পো, চুঙ্গোয় থাঙশাং শূনা ভুৎ প্রেং ওইনা লৈও হায়না মীচৈ শাপনা কোনা ওইবনে। মুনি সনা মখোঙ খাদা মাখোয় তরেংমানা খুরুমজখিএ। হে মুনি অথোথবা-ও ননাই ইখোয়বু খঙজদরে। মুনি কোল্লোয় নয়াথংদগী মতম কয়া বুইনা কোনা ওইরবগা মুনি নরনকু ব্রাহ্মণ নথৌজান অমতংবু কৃপা থৌজানবিগৰনো হায়না খুরুমজরবদা বশিষ্ঠ মুনিরেন্না নুংশি পূকনীং চঙলবগী হে নিংথৌ মচা তরেংমা ও লাইগী চহী ১০০০ বু কোনা ওইনা লৈরবগা চম্পক নগর কৌবা লৈপাক্কগী চন্দ্রথাজা নিংথৌ মপারি নাউবা রূপযান কৌবা অমনা যম লৈপাক য়েৌনা মমা থিবা লাক্কনিএ। রূপবান বৈষ্ণব অত্নগী শমু মথূৎনা শোকপিরবদা মহাপাপ অচৌববু কোকনা রাজা নরৈপাক তানফংজৌও হায়না লনকু রাবু

---

য়াওরৌ—শা। পামেন—উ। চেংলৌ মিংথিংলবগী উরবগী। য়াইবী কলহৌনিকনা—শাউরজুনা। মীচৈরে—শাপতৌরে। মীচৈ -শাপ। কোল্লোয়—য়াথং। নরনকু—নথৌজান। কৃপা—থৌজান। নিংথৌ মপারি—নিংথৌগী মচানিপা। নাউরা—অঙাং, নাহা। শমু—খূৎ, হকচাং। রাজা—লৈপাক। তানফংজৌ—ফংজৌ।

লৈএ পল্লেম নমা পুনা নরান ওন্দে খিবদা প্রমু খুংকা মামাং মহাপাপ
অচৌববু কোকপ্পিরমগএ। অমসুপু য়াংলৌনলম্মখাওদা রূপবান মঙলা
অরা পেংখাবম্মা পামেন খোংবাংঙট হৌখিবদো মুনিলোইনিগুণক্ম
ব্রাহ্মণ পোশাকনু লন্তে। মকম অতুদা থারমা লৈশাক নিংথৌ
পামবা অমা লৈরমএ। রাজ্য লৈপাক অতুগী রাক্ষস হিংচাবমা
তুমনা চোমকললরদা নিংথৌ মায়োম্ম কোক্কুংংগি রাক্ষস মহাক চঙবা
ওনদনা মতম কুমশীং মামনা থাওরবুং ওমদনা নিংথৌ মশাম
থোকনা রাক্ষসনা চাখিরে। নিংথৌ মাগী হি ওইরাইওইবা সনা
রূপা পুমমাপু কুমলবগা খোংবাংকটপাবু থারম্মনে। মাবা লনখাম
অতুবু রূপবান নওগী ওইরোম্ম তম্মনেতা। ফুকনা লৌজখো হয়িব।
পাওমেনরবু নাউরা রূপবানা অমরক পাউহংখিএ। হে মমরাজ
রায়েনরা-ও নিংথৌ কোয়েঙায় নপাউতাকপু সাউরা রূপবাম ঐনা
উনবী পুকনীং চিংনববু লৈরিএ। রাজা নিংথৌ য়োইকোইংদি
রাক্ষস মহাকসু করম চঙ্গনদবলো? নিংথৌ মহাকসু মতৌ
করম মশামন থোকনা রাক্ষসপু চাহনবলো? মাউরা রূপবাননা
তাজনিংএ হায়না পাউহংববু মম নিংথৌ রায়েনবনা পাওমেল্লকএ।
হে নাউরা রূপবান-ও! কোল্লোয় পাউহংববু খুংজাইএ। মাগী
চিখকদবা প্রাউতম কিশি প্রমকদরবু ভক্ত নরমচংনে, ঐবকত্ত
নহৌশানে। নিংথৌ মাগী য়োয়কোইংদি, রাক্ষস মমানা চঙবা

---

নরান ওন্দে খিবদা—প্রযুমদা হনখিবদা। য়াংলৌ নলমী—পামেলকভু।
রাজ্য—লৈপাক। তুম—লোইনম্ম। কুমশাওচঙা অসীং। কোয়েলোয়
নপাউতাকপু—নয়াথংবু। উনবী—পুকনীং।

উমদবদি প্রজা পূন্নমা তুমলবদা নিংথৌ পরিকর চিথেক মরিমাতা শ্বেতচামর অঙৌববু য়াল্লিএ । চামর গুণ অরুবনা রাক্ষস মাবু চঙউমদে। খোইয়ম বিধি নোংদম্বা চৌংঙু বিধাতা ব্রায়েন খোন্নদি নিংথৌ মহাকপু হিংচাবনা চারো তম্বনিগীনা চাঙউ নোংদমখোন্দি খোয়মা লমচাইক্কদবগী নিংথৌ পায়মা উনগোয়নুংদা নীঙথন্নকএ। নিংথৌ ইমান্নবগী মসাইকোনবু তান্না চেল্লগে হায়না চেল্লকপবু য়াংলৌ লম্মখাওদা রাক্ষসনা ফানা চাখিরে। হে নাউরা রূপবান নিংথৌ মহাক্তা য়োয়কোন্নুংগী লেঙদ্রবস্তুঙ শিরোইএ। চেল্লবস্তুঙ শ্বেত চামরবু পুনা চেল্লবদি শিরোইএ। চাউঙু বিধি মথৌথাদি কনানং ঙ খেৎপা ঙমদে।.হে নাউরা রূপবান-ও। শ্বেত চামর অঙৌববু হেনা গুণ চাউবা অমা লৈতে। নমু তাইবঙ মীং ইরিবা খৈবিকনা শ্বেত চামর অঙৌববু পরিকোর ইংখোন চিথেক মরিম তা মোংবা যূমজি মরিমক্তা থমজরবা শমু হক্তা পকচরবদি হিংচা য়াইতম পূন্নমাপু চঙবা ঙমদবনে। অমস্তুং য়াংলৌ লম্মখাঙ নাউরা নঙনা লমদনবা রূপবান নঙনা য়ান্নরেকপা কাঞ্চন নগর কৌবা বীরসিংহ নিংথৌগী সনা লৈপাক্তা ব্রহ্মরাক্ষস হিংচাববু নঙনা হাংলম্বদো লহান লাংওন মপোক অমদা রূপবান নঙবু রাক্ষসনা হাংখিএ। অতুগী

---

পরিকর—ইংখোল। শ্বেত—অঙৌবা। খোইয়ম—লাই। বিধি—বিধাতা। চৌংঙু নোংদমখোন্দি—লাইগী নোদমদি। নিংথৌ পায়মা উনগোয়নুংদা—নিংথৌগী পুকনিংদা। মশাইকোন-মরম। য়াংলৌ লম্মখাওদা—লম্বীদা। য়োয় কোন্নুংগী—সনা কোন্নুংদগী। শ্বেত চামর—চামর অঙৌবা। মোংবা—য়ুম। লহান লাংওন মপোক অমদা—লহানমুক্তা মপোক অমদা। রাক্ষস য়ারেন

হৌজিক মাবু নওনা হাংলবনে। রাক্ষস য়'বেন খোংচিন্নুংগী খোকলকপী যুবতী নীংথিবীদো রুপবান নওগী লাইনা তম্বনে। বীরসিংহ নিংথৌ মনোমলোন হেমলতা কৌবী কন্যা নীংথিবাহুঙ রুপবান নওগীদমকপু খোইয়ম লাইনা তম্বনে। খোয়মা লমচায়ফ-রোইএ। পল্লেম নমা মহারাণী রুপধাতৃ কৌবীগা তাল্লোয় কন্যা নীংথিবা অহুম্বাগা পুনা তাইবঙ ওন্দেখিও। মাল্লং হনরাইখিও হা'য়না পাওমনবু ন'উবা রুপবান্না অমরক হন্না পাউহংখিএ। হে ধর্ম্মরাজ রায়েনবা-ও ধর্ম্ম কোল্লোয় নপ'উত্তাকপু নাউব্রা রুপবান ঐনা খণ্ডমদবা উনবী পুকনাং চিংনবা অমবু লৈখিরিএ। কাঞ্চন নগরদা রাক্ষস মহাকনা লহান মপোক অমরক্তা রুপবান ঐবু হাংলে হায়রবু মতৌ বরম হাংখিবনো নাতজনিংএ হায়না পাউহংববু যম মহারাজ রায়েনবনা পাউখুমলকএ। হে ন'উবা রুপবানও। বৈষ্ণব কোল্লোয় নয় থংবু যম ঐবু উনবী পিবুকন্নুং হবাউখোইএ। ভক্ত নরমংনে। বৈষ্ণব নহৌশানে রারা মখাক থমফদা, পাউদম কিশি লাইফদনা পাউহংলকপা অসিবু যম ঐ মুংঙাইএ। বৈষ্ণব কোল্লোয় নগাথংবু কোরৌ নোংদা কাখরোই, মাল্লেম লৈদা তাফরোইএ। রারী কিশি খোক

---

খোংচি মুংগী—হিংচাবগী ময়াদগী। যুবতী—নুপী। মমোমলোন—মচানুপী। খোয়মা লমচায়ফরোইএ-খেংপা য়ারোই, থোক্তবা য়ারোই। তাল্লোয়—মতু। তাইবঙ ওন্দেখিও মাল্লং হনবাইখিও—তাইবংপান্দা অমুক হনখো। ধর্ম্মরাজ-যম নিংথৌ। খণ্ডমদবা খণ্ডদবা। উনবী পিবুকন্নুং—ইপুকনীংদা। মখাক—মপুং নত্তবা।

পাউদম্ মখাক নাইদনা পাউদমুলকে। উনবী পুকনীং পীন্না না তাং-ও। ব্রহ্ম রাক্ষস মুহাকনা লহান মপোক অমরক্তা রাজা নিংথৌ ওইনা পোকলমএ। নাউরা রুপবান নহাকন্না ব্রাহ্মণ লায়রবগী মচা ওইনা পোকলম্মে। রাক্ষস নিংথৌ মরৈপাক্তো লাংহৈ চহী তরেৎ শুনা নোংলেন ঈতাদ্রবগী খতু ঈনিংহুন্দরে। শীঙেঙ্গন লৈপানশি, তাউজীং হৈপান কং, থাঙযি চাহৈ হাম্, লোইমোম ফৌপান হৌওমদা, লাইজা ঈখৌ লাংবনা কাওরেন ষনয়াম শি, নমু মীয়াম মওকে তৌগুমলবগী নিংথৌ মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবনা লাইরিক পুকনীং মিংকা। চেঙমিং শেন্ মং প্রুম্না, লাইপাউ তীনপাউ পুম্নমাতা ব্রাহ্মণ মচা রুমা হাংন্না নোংলেন ল্যাইজা ঈনিও হাযনা প্যউতাকলবদা পাত্রনন্ত্রি লেংনা তিন্না নিংথৌ মমাঙ সংসঙবদা মন্ত্র রাতানবব্ ব্রাহ্মণ কনানসু ইচা হাংও হায়ঙমদে। নিংথৌ কোম্লোয় ময়াথংহুঙ নমওমদ্রবগী রাজা নিংথৌরেন্না রাহমখিএ। হে পাত্র লৈপাক কোইবা অঙম্বশিংও। য়ারা লনয়াম পুনা দেশ লৈপাক ল্যান্না বামোন মচা থিকও হায়না পাওমেন খোনগী নিংথৌ মদাইরেম

---

উনবী পুকনীং পীনা—পুকনীং চঙনা। লাংহৈ—চহী। নোংলেন ঈতাদ্রবগী-নোংতাদ্রবগী। শীঙেঙন—লৈ। লৈপান-লৈ পান্দোং। তাউজীং—হৈ। থাঙযি—ফৌ। লোইমোম—ফৌ। ফৌ পান—ফৌ পাম্বী, ফৌ পান্দোং। লাইজা ঈখৌ লাংবনা—ঈশিং খৌরাংবনা। কাওরেন—শন। নিংথৌ মদাইরেম-নিংথৌ মুনাই। গণন্তা খেনহৈবা—পাঞ্জি। লৈপাক কোইবা—লৈপাকী অঙম্বা

অঙম্বা শিংনা তাঙ্গা লনয়াম পু, দেশ লৈপাক লাল্লা থিরকপদু রূপবান নঙবু ফংলরে। নাউব্রা নঙবু পোকপা ব্রাহ্মণ নমা রপাদো মচা য়ামনা পোকএ। লায়রা অত্তোন তা খমলৌ অয়েং চেংএ। পাত্র অঙাশিংদুনা খোয়বুং মরৌ চাউনা পাওমেল্লাএ। হে কঙ্গা ব্রাহ্মণ অথোইবা-ও। রাজ্য ইরৈপাক্তো ব্রাহ্মণ অমতা লৈতরে। ঠাকুর নাবালক অসিবু লৈপাক ঐখোয়গী গুরু ওইহনগে চাওডঙ্ লাইরিক তম্বনগে। য়াবা লনয়াম অসি পীরমগে মতুংদসু অতংপা লৈতনা য়াব্বা লনয়াম পীগে হায়না পাওমেনববু ব্রাহ্মণ নমা নপা অনীমানা হকনা ফবা রানে। ব্রাহ্মণ ইচা অসিনা লৈপাক পানবা অমগী রাজগুরু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণ মা মখোঙথাদা উনবী পুকনীং থুংনা কচ্চববু ঙমলডেনে হায়না পীরকলবদা রাজ্য মরৈপাকপু য়েৌরবদা রাজা নিংথৌ মহাকনা ব্রাহ্মণ মচা হাংও হায়রবগী শগাই মথোন তরেং শানা ব্রাহ্মণ মচা থাঙ্গংলে। নিংথৌ লানমী মীহাৎপনা বাগোন মাওদা লেপনা থাংলেন মখুৎশূবু কোরৌ নোংগা হাইগংলে। ব্রাহ্মা য়নাগে তৌগুমলদা ব্রাহ্মণ মানা হকনা উনবা নীঙখল্লকএ। ব্রাহ্মণ মচা ঐবু লৈপাকী গুরু ওইহনগে হায়বদি কপোত লৌনমলবনে ঐবু হাংকে হায়রনে। ে ৈিক মতম

পাত্র—মন্ত্রি। তাঙ্গা—শেন। লায়রা অত্তোম তা খমলৌ অয়েং চেংএ—য়ামনা লায়রা চুথৈ, য়ামনা নংএ। খোয়বুং মরৌ চাউনা—লৌনম তৌনা। য়াব্বা—লন, শেন। হকনা—য়ামনা। উনবী পুকনীং থুংনা—পুকনীংনা নীংবা মতুংইন্না।

থাওলেন—থাঙশাং। কোরৌ নোংদা—অতিয়াদা। য়ানগে তৌগুমলবদা—কক্কে হায়না তৌরকলবদা। উনবী নীঙখল্লহ ে—

অসিদা ঐ চেপ্পনসুংত য়ায়রোইএ। শ্রীকৃষ্ণ স্না মখোঙখানা তম্বনে। ইমা হায়বা লৈতে। ইপা হায়বা লৈতে। হরি নঙনা ইমানে। হরি মঙনা ইপানে। শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মনাই মহা পাপীরেন ব্রাহ্মণ মচা ঐবু দেশ লৈপাক লাম্না নমু মীখূৎপাক্তা নোংমনও হায়না তমলকলবরা? ননাই পাপ চেনবা ঐবু লৌবিররো হে কৃষ্ণ ইবুংঙো। ননাই ব্রাহ্মণ মচা পাপ চেনবা ঐবু সনা নখোঙ-খাদা চিংশিনবিও হায়না মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেন চাইজি ঈচেন্না শ্রীবৃন্দাবনবু চিংনা যেং শ্রীকৃষ্ণ সনা খুয়ারেন অনীমাপু উনবী পরৈ চেৎনা বোম্না ধ্যান পূকনীং অরেম্বু শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা উরবগী। লৈবোন নোংলোন অহম্বাকি মবংঙো মনাই বৈষ্ণবনা খুতুম চল্লিবা অশোনবগী পাঙন ওইবিবা, পাণ্ডবগী মীচঙ চঙবা, হবি লায়য়িংথৌনা মনাই থব্বায় কনগে হায়বগী নোং পানলা মরিমাপু থৌশীরকলবগা ব্রাহ্মণ হাংকে হায়বা লৈপাক অচ্চুদা নোংলেন য়াংকোক মরম তাবব, খংলবগা অহিং তবেং নোংখিন তবেং হাঙদনা পুল্লাং লাইজা ঈ হৈথগুম চুনা লাইজা ত্রং থোকলবগী বামোন মচা হাক্তরে।

---

মপুকনোংদা থম্লকলে। কপোত—লোনম তোবা, মরো তোবা। মহা পাপীরেন—পাপ চেনবা। মীখূৎপাক্তা—মীগী খুবাক্তা। নোংমনও—পিও। মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ঈচেন্না—মমিত্তা মপি তরং তরং চেন্না মপি শিন্দ্রশনা।

থৌশীরকলবগা—পাখোন শীরকলগা। নোংলেন—নোংজাউ। পুল্লাং লাইজা ঈ হৈথগুম—পুন্দগী ঈশিং হৈথবগুম। লাইজা

ধন লনয়াম পীনা মরান ওন্দেহল্লে। ব্রাহ্মণ নওবগু হাংও নিংথৌ মচীমা হায়বদো অহাৎপগা মাইগ্রে। বামোন হাংও হায়বা পাপ অতুনা রাজা নিংথৌ মহাকনা রাক্ষস হিংজাবা ওইনা পোকলয়ে। ব্রাহ্মণ মচা নহাকনা রাজা নিংথৌমচা ওইনা পোকলয়ে। লহানসুও কোল্লোয় ময়াথংনা নওবগু হাংলে। হৃদক মপোক অসিদা শ্লোক অর্থ অরুবা কোল্লোয় নয়াথংদা রাক্ষস মানা থীররিবা অসিনে হে রূপবান মহা বৈষ্ণবও নমু তাইবও মীওইবদি মানা তৌজবা মানা মফএ। ঐনা তৌজবনা ঐনা ফংবনে। কর্মগী মথা পোম্মা লৈবনে। তৌজ কর্ম মহমনবু মরম সুনা মিংয়েং শানকৈও যম ঐগী মথা থংবা কুণ্ডদা লাক্লরিবা ময়াম অসিনা নমু মিরন পাম্বা মীনে। যম ঐগী নোংচুপ থংবা কুণ্ডদা লাক্লরিবা ময়াম অসিনা কর্ম অরানবা চৎপ মীনে। যম ঐগী নোংপোক থংবদা লৈবা তনবা মরাই লোংনা পাল্লিবা মীয়াম অসিদি লানফম খুফম তমগীবনা তনবা মমায় ওন্দনা নোংমল্লকলবা মীনে। যম ঐগী অরাং থংবদা হরি কোল্লোয় শোন, মুংচাই

---

তরও থোকলবগী—ঈশিংগী ঈশিংওাক্তা ওায়রবগী। ধন—শেন, লন। নরান ওন্দেহল্লে—নমুমদা হনহল্লে। পাপ—ফত্তবগী মহৈ। লহানসুও—অদুওদসু। কোল্লোয়—য়াথং। কর্মগী—তৌরু তৌরুবা থবক্কী। মিংয়েং শানকৈও—য়েংও। নমু মিরন পাম্বা—মীগী লন থুম পাম্বা। তনবা মরায় লোংনা পাল্লিবা—মরায় হাইগৎনা লৈরিবা নিপাশিং। নোংমল্লকলবা—শিরকলবা। হরি

মরাং কায়না যাংগাইরিবা অসিনা ভৌজ কর্ম্ম অফবা মীনে হায়না পাওমেন্নরবদা যম রাজা রায়েনবনা পাওমেল্লকএ। হে রূপধাতৃ মহারানীও নপারি পোকচমননী অমনশীকুমলবরু অমরক তাইবগু ওন্দেবা মাল্লং হনব্রাইনবরু খয়াংপা রারাগুও তারক্কে। ইরেংপু রা ীয়ু খউলক্কে। মাউলমংংস্কুও লৈতরিএ। তুলম ংস্কুও লাকলারোইএ। ভৌজ কর্ম্ম মহিননী নপারি ঙাইরোয়নননা তাইবগু হনরাইখিবো, মাল্লং ওন্দেখিরো। হে নাউরা রূপবানও ভক্ত নরমচং নাংশিবা বৈষ্ণব বাহারা অফবা, ধর্ম্ম উনবী অবেপ্পনা পস্লেম খয়রু লংওনখিববু অমরক হন্না তানফংলে। পস্লেম ঙাইরোয়ননা তাইবগু ওন্দেখিবো, মাল্লং হনব্রাইখিরো। যম লৈপাক্তা নাউবা বৈষ্ণব নহাকনা বুইনা শাংনা লৈরবাদি মহাপাপী অয়াগ্বু ঙম্না কোকখিবইগনে হায়না পাওমেনবদা রূপধাতৃ রূপবান মগা মচা অনীমানা যম রাজ সনা মখেণ্ডখাবু দণ্ডনং মল্লেম লৈদা পাচনা হনা হন্না পুকমলবদা যম নিংথৌ রায়েনবনা হে রূপধাতু রূপবানও যম ইবনকুদগী

---

কোল্লোয়শোন—হরিণী মিংলেন শোনবা। যাংগোইরিবা—লৈরিনা। অমনশাগুমলাবু—শিরকলবরু। তাইবগু ওন্দেবা মাল্লং হনব্রাইবা—তাইবগুপানবদা অমুক হনবা। খয়নাং—ইপা। ইরেং—ইপু। নপারি ঙাইরোয়ননা—মচা নিপাগা লোয়নননা। উনবী—পুচনং। খয়রুং লংওন খয়নবু—শিন্দ্রবু। তানফংলে—ফংলে। পস্লেম ঙাইরোয়ননা—মমাগা লায়নেনা। ওন্দেখিরো—হনখু। হনব্রাই খবো—হনখু।

অমন শীংদা চন্দনা নপাল্লি নাউয়োকনা পল্লেম লাংগোম্না মুংঙাই মরাং কায়না পাল্লুরো হায়না বর লনকুরকলবগা পল্লেম মমা মচা অনীমতি যম সনা মখোঙখাগি যাত্রা খোঙশাল্লকলে হায়দবরা ?

পল্লেম মমা মচা অনীমতি যম খোঙলোন মাপনমাপু লাল্লকপগী মথৈবু অমম শিফা উপলবনা শমু খোঙথাংফম্বু উত্রবগী পল্লেম খূৎশম্না পাল্লি লাংগোন্ননা মীকপলকলে। হে কৃষ্ণ ইবুংঙো হল্লি নরনকুদগী পল্লেম ইমা ফংজরে। তৌইগুম তাইবঙ লম্বী খঙদরে হায়না হল্লি শোনবা ধ্বনীবু যম নিংথৌ রায়েম্বনা নাতারবগী যম স্নামখোঙ হৌনা চেম্থোকলকলে। হে নাউরা রূপবানও যম ঐ খঙহৌদরে। লমলেন ঐনা চিংগে হায়না বৈতরণী তুরেন য়োনা থিন্না পাউকৌরকলে। হে অজাগর কুম্ভিণীও নঙ লাউও হায়না পাউ কৌরবগা পল্লেম মমা মচা অসিবু লাইজা ঈরানবিও হায়না শমু খূৎশিন্নরমলবগা যম থিংলৌ নীংনা তেনা হনবাইখিরে হায়দবরা? অজাগর কুম্ভিণীনা পাওমেল্লকএ। হে ভক্ত রূপবানও! পল্লেম মমা মচা অনীমাপু কুম্ভিণী ইনমথক্তা তোংলরো হায়না তাউখৎলকপবু অচাউপাইপুলোন শাংবা লম্বু থুং

---

পুরুমলবদা—খুরুমলবদা। ইরনকুদগী—ঐগী থোজান্দগী, ঐগী বরদগী। যাত্রা খোঙশাল্লকলে—খোঙশাল্লকলে। শিফা—লৈচিন। মীকপলকলে-কপলকলে। ধ্বনীবু—খোঞ্জেনবু। লমলেন-লমবেন, লম্বী। পাউকৌরকলে—কৌরকলে। লাইজা ঈরানবিও—ঈশিং লানবিও। থিংলৌ নীংনা তেনা হনবাইখিরে—অমুক হন্না হনদ্রে। ইনমথক্তা-ঐগী নঙ্গন মথক্তা। তাউখৎলকলবগা-তাউখৎলকলগা।

লাইরেন নময়াঙ থকনা বাংলেন পূংচা অহুম পাক য়ুথক মরি শাংনা তাউখৎলকলবগা পল্লেম মমা মচা অনীমাপু চাংজৌ লৈরাইথক্তা কারবদা অজাগর কুম্ভিণীনা পাউহংলকএ। হে রূপবান মহা বৈষ্ণব অথোইবাও লাইরেন কোল্লোয় ইপাউমেনবু মুংঙোন পাউতাকপিও হায়না পাউ হংলবদা নাউবা রূপবান্না বাহমলকএ। হে অজাগর লাইরেন অচৌবা-ও কুম্ভিণী পায়মা পিবুকমুংদা মুনি তরেং লৈএ। ওথোকও হায়না পাওমেনববু নাতারবগী কুম্ভিণীনা অনৌবা অমরক পাউহংখিএ। হে ভক্ত রূপবানও কুম্ভিনী ইপুকমুংদা মুনি মখোয়মুঙ মতৌ করম্বনা কুম্ভিনী ইপুক-মুংদা চঙখিবনো তাজনিংএ হায়না পাউহংলবদা রূপবান্না পাউখুমখিএ। হে অজাগর কুম্ভিনীও মুনি তরেংমানা তপস্যা লাইনিঙ্গে হায়বগী ঈরুশান্দেংলিঙৈদা অজাগর নঙনা য়োংখিরে। মুনি ওরেংমতুনা মালা লীকচৎ থোাই হরি মিংলেন শেংনবনা খাম্বী মৈবু ওইনা চাকলবনে হায়না পাওমেল্লবদা কুম্ভনী লাইরেন অচৌবনা তুরেন চাংজৌ থক্তা মুনি তরেংমাপু ওথোকলবদা কুম্ভিনী অরাবা কোকলে। রূপবানবু চিংনা য়েংনা পাউমেনখিএ।

---

চাংজৌ—লৈরাই। বাহমলকএ—হায়রকএ। পায়মা পিবুকমুংদা—পুকমমুংদা। তপস্যা—লাইনিংবা। ঈরু শান্দেংলিঙৈদা—ঈরুজরিঙৈদা, স্নানতৌরিঙৈদা। মালা লাকচৎ—মালাগী লীক চৎপা। মিংলেন—অথোইবা মিং। খাম্বী—মৈ। তুরেন চাংজৌ থক্তা—তুরেনগী তোর্ব্বান মথক্তা।

হে বৈষ্ণব রূপবানও। পস্থৌ পল্লেম অনীমাকী সেবা মতম কুইনা ফংনা মুংঙাই মরাংকায়না পাল্লো হায়না বর লনকুরমলবগা ঈরোম্নুংদা লুপথখিরে হায়দবরা? মুনি তরেৎমসুঙ দুঃখ তাবা কোকনবগী রূপবানবু য়েংনা পাওমেল্লকএ। হে নাউরা বৈষ্ণব অথোইবা ভক্ত রূপবানও মুনি ঐখোয়গী বর ইরনকুদগী লাইগী হো ১০০০ বু পস্থৌ পল্লেম অনীমাগী সেবা ফংনা পানও। রাজ ফম মুঙাই মখে লৈতনা পাল্লো হায়না লনকুরবদা পল্লেম মমা মচা অনীমানা মুনি তরেৎপবু দণ্ডবৎ মাল্লেম লৈদা পকনা পুকমলবগা শমু মমায় অরাং ওন্না মুন মখে উথাগী যাত্রা খোঙ-শাল্লকপবু প্রিহপুব লৈপাক মুংঙাইবা শান্তভূজ নিংথৌনা নাউরা। রূপবানগী ভক্ত গুণ অচৌববু তারবগী হৈরাংয়োয়থোন পৈ. তাউজাং থেনমায় লাং, শাউেঙন নাংথিবা, লৈরাং চূনবগা লমওকলমলে। নিংথৌ সনায়োয় কে মুংদা পুশল্লবগা চৈরে ফিদা থ., ফিডৌ থাখল্লনা ফমফমহল্লবগা য়াথং শাউেঙল লৈথোল্লনা রাহমখিএ। হে ভক্ত রূপবান-ও নিংথৌ ইমোমলেন ইসাল কন্যা অসিবু মহা পাপচেল্লবীনে। মহাপাপ অথোইবসু কোকপিও।

---

পস্থৌ পল্লেম অনীমাকি—মপা মমা অনাগী। লনকুরমলবগা—বর পীরমলগা। ইরোম্নুংদা—ঈশং মন্নুংদা। দুঃখ—অরাবা। ইরনকুদগী—বয়দগী ইখৌজাদ্দগী। পস্থৌ পল্লেম অনীমাগী—নমা নপা অনাগী। ফম্মান ফম—ফজন তোংদুনা, নিংথৌ ওইদুনা। লনকুরবদা-বর পীরবদা। পুশমলবগা-খুরুমলবগা। খোঙশাল্লকপবু—যাত্রা তৌরকপবু। হৈরাংয়োয়থোনপৈ. তাউজাং থেনমায় লাংনা—হৈ নিংথিবা ময়াম পৈদুনা। শাউেঙন নাংথিবা—ফজ ফজবা লৈ।

শমু মহক পূম্নমাপু ইবুংঙো ননাই ওইবিও হায়না ব্রাহ্মণ লেংনা তিন পোংলোই মশীংস্তু বেদ মন্ত্র শোন্না কংলবগী নাউব্রা রুপবান্না ইসালি তাঙজা লুরেন তোন্দা হে কন্যা নীংথিবীও মহা পাপ অচৌববু শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখানা কোকপিরম্লুনো হায়না শমু খূংনা নাল্লবদা ইসাল তাঙজা লুরেন তোনগী চানা তুমলৌ ইত্রবু শনলাং ওইনা ওল্লকলবদা শান্তভুজ নিংথৌস্লুঙ প্রেজা লৈপাক পূম্নমাস্লুঙ ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবস্লুঙ, উনবী পূকনীং ঙক, খোইয়ম মশানলোম্নে হায়না হাইহুং লৈমায় তুনা থুকমনরে হায়দবরা ? নাউব্রা রুপবানস্লুঙ দণ্ডবৎ লৈদা পকনা ওক্লবদা শান্তভূজ নিংথৌনা মমোম ইসালিবু কাওরেন শনয়াম উন, তয়ম নাশীল্লোন্না বিবাহ লুহোঙথৌবু লোইরবগা ভুলাই লেংদম শানা কচ্ছবু রুপধাতৃ মহারণীনা পাওমেল্লকএ। হে শান্তভুজ মহারাজও নিংথৌ নমান্নবা ঐগী ইবুংঙো চন্দ্রধ্বাজ নিংথৌগী সনা মখোঙখাবু উদরিবা মখৈদু হৈরাঙ য়োয়থোন তংলোইএ। নিংথৌ পূকনীং ব্রারৌগুনো হায়না পাওমেল্লবগা নিংথৌ সনা মরৈপাক্কী যাত্রা

---

লনওকলমলে—ওকলম্নে। চরৈ—ফি। ইমোমলোন—ইচানূপী। তাঙজ লুরেন তোন্দা—মহাকাক্তা। শমু খূংনা নাল্লবদা—মখূংনা শাং শাং নাল্লবদা। শমলাং—শম। উনবা পুকনাং ঙক—মপুকনীংদা ইঙক ঙক্লুনা। খোইয়ম—লাই। মশানলোম্নে—লাংওম্নে। লৈদা—লৈপাক্তা। কাওরেন-শন। বিবাহ-লুহোংবা। পুকনীং ব্রারৌগুনো—মপুকনীংবা লুওাইতবা তৌবিগনু। নিংথৌ সনা মরৈপাক্কী—নিংথৌ অতুগী লৈপাক্তগী।

খোঙশাল্লকলে। শাস্তভুজ নিংথৌস্থুঙ প্রজা লৈপাকনা য়াংলৌ লমতুপমাবু থিন্না হনব্রাইহৌরে হায়দবরা ?

নাউব্রা রুপবান্দি পল্লেম মমা ঙাইরোয়না কন্যা মশানৌবু পুনা মমায় অব্রাং পাংনা চৎলকপবু বশিষ্ঠ মুনি লাইনীংফম কোনা পাম্বী তরেংকী পামেন উখোঙ খা সুংঙাইবৰু য়ৌরবদা নাউব্রা রুপবান্না কোনা উখোঙখাদা চঙনা হে বিরাট নিংথৌ মচা তরেংমা-ও মহা পাপ অচৌববু শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখানা কোকপিরম্নো হায়না রুপবান শমু মখূৎনা শোকনা নানবিরবদা নিংথৌ মচা তরেৎনাপু নমু তাইবঙ মী ওইনা চোংথোকলকলবগা নাউব্রা রুপবানবু হে মহাবৈষ্ণব অথোইবা-ও ব্রায়রা শাথোঙ অৰুম্বা হুয়েন লাম্থোঙ অচৌবদা নাউব্রা নমাঙথাঙদববু শ্রীকৃষ্ণ স্নামখোঙখানা লনকুরম্নো হায়না বর লনকুবিরমলবগা দেশ মরৈবাকপু ইন্দানখিরে হায়দবরা ?

নাউব্রা রুপবানমুঙ মমা মশানৌ পুনা মমায় অব্রাং লাইনা পাংনা অহিং খোমলেন ভূমগন্দা মুংথিন অব্রা পোথাদনা চৎলকপবু সনা চংলৈরেম্বা লুপা পূংবু পৈবা পামেন খোংনাং মখোঙখাবু

য়াংলৌ—লম্বী। লমতুপমাবু—লম্বী মতেক অমবু। ঙাইরোয়ননা—লোয়নননা। মশানৌবু—মতুবু, মাগী তাল্লোয়বু। পামেন—উ। শমু মখূৎনা—মাগী খূৎনা। নমু তাইবঙ মীবু ওইনা—মী ওইনা। ব্রায়রা—শা। হুয়েন—লান। মরৈবাকপু ইন্দানখিরে—মরৈবাক য়োনবা চৎখে। অব্রাং লাইনা পাংনা—মমায় অব্রাং ওন্না। অহিং খোমলেন ভূমদনা—অহিং তুমদনা। সনা পুংন্নুরেম্বা

য়ৌরবদা নাউরা রুপবান্না পাওমেল্লকএ। হে পল্লেম ইবেম্মাও পামেন উখোঙখা মুংঙাইবা অসিদা ঙাইহক অরাপোখাবিও। নপারি ঐবু যম কোল্লোয় মপাউতাকপু সাক্ষী রাচুম য়েংজখিগে হায়না মনাই অয়াম্ববু শমু খুংনা থিন্না তাকনা থাওয়ি লৈতংফেন মাল্লেম লৈকন তৌনা য়েংববু সনা পুংবুরেম লুপা থেনমায়লাংনা লৈরমলবগী মনাই মীপূম হাওদনা সনা পাবোং শেম, লুপা শাচম্পুনা পল্লেম ঙাইরোয়না মশানৌ ইসালি কন্যা নীংথিবীবু পুনা মমায় অরাং পাংনা চংলকলবদা লহান য়াংলৌ লমদনফম ইমুংকৌবা য়ায়রেকফম কাঞ্চন নগর লৈপাক্তা নাউরা রুপবান্না যম মপূংয়ায়দগী পল্লেম মমা পুনা হল্লকলে হায়ববু নাতারবগী প্রজা লৈপাক পূমনা হূপ যুবতী কন্যা নীংথিবীসুঙ বীরসিংহ নিংথৌসুঙ হৈরাঙ অথুম খন, তাউজীং অমুন য়েং, শীঙেঙন চূনবগা তাউজীং লূকমায় অথেনপোংপু পুনা নোংমা য়ুমাঙ লম্বী চংনা লমওকলমলে। রাক্ষস য়ারেন খোংচি মুংগী থোকলকপা যুবতী কন্যা নীংথিবীদি রুপবানগী চেংলৌ চিংনা য়েং রুপধাতৃ

---

লুপা চংলৈরেম্বা লুপা পুংবু পৈবা—সনা লুপা মপৈ মপৈ পৈদুনা লৈবা লৈপুং। ঙাইহক—মতম খরদং, ঙাহাক্তং। সনা পুংবুরেম লুপা থেনমায় লাংনা লৈরমলবগী—সনা লুপা মপৈ মপৈ য়ামনা লৈরম্মবগী সনা পাপোং শেম লুপা শাচম পুনা—সনা লুপা পাবোং শেমদুনা শাজম মাতুনা পুতুনা। য়াংলৌ লমদনফম—লম্বীদা তম্দুনা লৈরকখিবা মফম। ইমুং কৌবা য়ায়রেকফম—অহিং লেক্তুনা লৈরকখিবা মফম। মপুংয়ায়দগী—সরৈপাক্তগী। তাউজীং লুকমায় অথেনপোংপু পুনা—লুকমায়দা

মহারাণীগী সনা মখোং খাদা মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ঈচেন্না খোঙবী লৈখৈ পায়না খুরুমজরবদা রুপধাতৃ মহারাণীনা হে ইমোম ইছয়রোয় চাউদবীও ইপারি পোকমেনগী খম্নং মপুংয়ায় শরা মকোনখঙগী নমান ঐবু ওন্দে হনরাইরকলে হায়না লোকলৌ সানা কোন্না য়োয়চানবিরবদা বীরসিংহ নিংথৌনা চোঙলেন ইঞ্জম খান্না নিংথৌ স্নায়োয় কোন্নুংদা পুশিল্লবগা চরৈ ফীজঙ লৈনা খন, ফীনৌ থাখন্না ফিদা লৈকোয় পাকনা থানা ফমফমহল্লবগা মমোম হেমলতা কৌবীবু শমু খুজেং পায়না রুপবান সনামখোঙখাদা কংলবদা কাওরেন শনশীঙ থীঙমদা তয়ম নাইপুম পাঙমদা ধন লনয়াম উন্না কন্যা অনীমাপু বিবাহ লূহোং থৌবু লোইরবদা বীরসিংহ নিংথৌনা খোঙলোয় পাঙগা শীনা চম্পক নগর নিংথৌদা রুপধাতৃ অমনশীহনরাপু পাউ তাহল্লবদা চন্দ্রথাজ নিংথৌদি খোমলেন মঙলানচানগুম নাতারবগী হরাউ মখৈ লৈতনা প্রজা পূমনা হৌনা রুপবান লমওক্লববু

---

হৈরা হাপ্পা অথেনপোৎপুন্তুনা। মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ প্রেম চাইজি ইরোয়ননা—মমিৎতা মপি ইরা চেন্দুনা। মমান—মনেমবোক্নী। ইমোম ইছয়রোয়—ইমৌ নূপী।

য়োয়চানবিরবদা—চানবিরবদা। চোঙলেন ইঞ্জম খান্না—চোঙ খান্দুনা। চরৈ—ফি। ফীনৌ—ফি অহনবা। ফমফমহল্লবগা—ফমহল্লগা। মমোম—মচা নূপী। কাওরেন—শন। শনশীঙ—শন মশীং। ধন—লন, শেন। বিবাহ—লুহোংবা। অমনশীহনরাবু—শিরুবদগী হল্লকপগী স্নাবু। খোমলেন মঙলান চানগুম—মঙগী

শংলৌ থৌবাঙনরে হায়দবরা? নাউগা রূপবাদি কাঞ্চন নগর মপুংয়ায়গী পল্লেম মমা ঙাইলোয়না মশানৌ কন্যা অহুম্মানা মমান থৌখন য়োয়চাম্না তয়ম নাইশীঙ থীঙনদা কাওরেন শনপুম পাঙাদা নম্‌ মীয়াম পুনা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। অহিং খোমলেন তুমগন্দা মুংখিন অল্লা লমদনদনা চংনকপবু চম্পক নগর মরৈপাকপু য়ৌরকলবদা রূপধাতু মহ রাণীদা খূদাং পিক্ষম তৈ, প্রেম ইচেননা চংলকলে। চম্পক নগর লৈপাক পূমনামাদি রূপধাতু মমা মচা অনীমাবু যৌরকলে হায়ববু তারবদা লৈপাক অশোনবা মথিনাই, অকনবা মরাঙ হৌ, অঙম্বা পূমনা তিন হৈরাঙ য়োইথোম পু অথেনপোং লূকমায় য়াম দোলাই রথ শেম, চোঙ শেকপিন মথোন তৈ, চোমং লৈনা য়াও শীজ পোংলোই মশীংশু পেরে শিংনাইখোং, মোইবুং থিনকমন, বাশী খূৎথংতৈ, পিনা মুংনৌখোং, ৱাংলেন পূংফাং মরাঙ হৌ, তরেৎ শেনখীং মনিন নাই, মতম ঙাইজা ঙমদনা চেন্থোকনরক্এ হায়দবরা? চন্দ্র থাজা নিংথৌদো মপারি রূপবান, মশানৌ রূপধাতু মহার নী অনীমাকি চেংলৌ মশক উনিংবনা লাইজা ঈথৌ লাংগুমলবগী নিংথৌ থৌগন ঙ ইদা, নি থৌ মাঙদা চেন, থৌগন তুংদা তান্না চেন্থোকলকল্লকবদা মশানৌ রূপধাতু মহারাণীগী চেংলৌ লাকনা

---

মতৌগুমনা। শংলৌ থৌরাঙনরে—থৌরাঙ তৌনরে। তয়ম নাই শীঙ থীঙমদা—মীনাই মশীঙ থীবা ঙমদনা। পিনা মুংনৌখোং—মুংশিবা পিনা থোদতুনা। ৱাংলেন—পুং। তরেৎ—শেন। মপারি—মচা নিপা। মশানৌ-সনাউ ইবেম্মা, মাগী মূপী। চেংলৌ-শক।

চিংনা যেংনা নিংথৌ পাংশোম অনৌমপু রাংবা থাংমা প্লাউ-কৌবকএ। হে নিংথৌ ইশানৌ মহাবাণী রুপধাতু কৌবিও! খোমলেন মঙলান চান্না, অঙাই তাইবঙ মাল্লংপাল্লা নিংথৌ নশাবি ঐবু খঙউমদবে।' লাউ লাউ ইকেম্মা হায়না নিংথৌনা পাউ কৌবমলবদা নাউবা রুপবান্না পল্লেম খুজেং পাল্লেম্নি শজনা মপনা নিংথৌ সনা মখোঙথাদা কচ্চরবদা রুপধাতু মহাবাণীনা মশাবি নিংথৌ চেংলৌ চিংনা যেং মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ পেম লাইজা ঈথক হৌনা পাওমৈমখিএ। হে স্বামী কোরৌ ইনোংথৌ। মনাই পাপ চেনবী রুপধাতু ঐবু নিংথৌ স্নানখোঙ-খবু নমদা অন্না যমরাজ মরৈপাকপু তানফংলুবে। হৌজিক অতম অসিদা ইপাবি পোকচমনগী নিংথৌ সনা মখোঙথাবু অমমক তানযংজবে হায়না নিংথৌ খোঙগী নৈথে পাম্মা খুকমজিবদা মশাবি চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মশানৌ রুপধাতু মহাবাণীবু লোকলৌ সনা কেন খজাই নংলোই চা শান্নৌ কুমাং নশন শমলাং তোনগা শীং চীনস্না চীন থম্বান চুপনা দোমাই বথ থক চমং নৌনা হুংদা, সুন্ন কোন্দমতাপ্পুন থাংগলবদা নিংথৌ সনখোয়

---

খোমলেন মঙলান চান্না—মঙলা। অঙাই তাইবঙ মাল্লং পাল্লা—তাইবঙলা। খঙউমদবে—খঙবা উমদবে। পল্লেম খুজেং পাম্না—মগাগী খুজেং পায়দুনা। নিংথৌ সনা মখোঙ থাদা—সনা খুয়াদা। মশ বি—মপুরোয়বা, মরা। মিংকোয় লাইজা ঈফম তাউ—মমিতা মপি ঈরা চেন্দুনা। পেম লাইজা ঈথক হৌনা—মপি তরং তরং চেন্দুনা, মমুত্তা মপি তানা। স্বামী-ইপুরোয়বগী কোরৌ ইনোংথৌ—ঐগী ইবুংঙো। তানফংলুবে—য়েংকরে,

কোন্নুংদা পুশিনখিরে। নিংথৌ সিংগাসনদা মশানৌবু শমু ওয়রম থানা ফমফমন্নরবদা রুপধন্যা মশানৌনা মশাবি রুপধাতৃ মহারাণীগী শমু খোঙবী লৈখে পায় মচেম লেংলৌ চিংনা য়েং; মপি ঈরা চেন মাল্লেম লৈদা পকনা খুরুমজরবদা রুপধাতৃ মহারাণীনা মনাউ রুপধন্যাবু ঙকথী লুমলাংকোন খজাই লেংলোই চুপ শমলাং তোনগা নান শীন্নৌ কুরাংশীৎনা পাওমেল্লকএ। হে শানৌ রুপধন্যা ইবেম্মা-ও। রুপধাতৃ নচেম ঐনা অমন খমলৈ কুম অকেম্ চাকমোম লাংগা ওইনা খমনুং লৈপাক্তা য়াংগোইখিরিঙৈবু নপারি নাউরা রুপবানবু কয়ম নাউয়োকলকপনো? মরম কয়ম্বনা শানৌ নঙগী লম্মন শিংসেবনো অমসুঙ রুপধাতৃ ঐনা অমনশী-কুমখিবগী মখেবু নিংথৌ সনা থৌগন হাঙহৌরবনে। শমু ইহুৎশিন্না ঐগী ইবুংঙো নিংথৌগী স্নামখোঙখাদা সেবা থৌগন হাঙলমদনবু উনবী পুকনীং পেনথোইরে। ইচেমগী শমু ওয়রম ফমলরো হায়না লোকলৌ শানা কোন্না রাজসিংহাসন্দা ফম্মন্নরবদা পাত্র মন্ত্রী

---

ফংলুরে। নিংথৌ সনায়োয় কোন্নুংদা-সনাকোন্নুংদা। মশানৌবু-মনাউ ইবেম্মবু, মতুবু। শমূ ওয়রম থানা—মাগীওয়থংবা নাকন্দা। ফমফমমন্নরবদা—ফম্মিন্নরবদা। রুপধন্যা মশানৌনা—মনাউ নূপী রুপধন্যানা। মাল্লেম লৈদা তানা—লৈপাক্তা তানা। ঙকথী লুমলাংকোন—মঙকশমদা কোন্দুনা। শানৌ—ইনাউ। অমন খমলৈ কূম অকেম চকমোম লাংগা ওইনা—ঐ শিদুনা। খমনুং লৈপাক্তা-যম লৈপাক্তা। য়াংগোইখিরিঙৈবু-লৈখিদ্রিঙৈবু। নপারি-নচানিপা। নাউরা—অঙাং। করম নাউয়োকলকপনো—করম্না য়োকলকপনো। অমন শাকুমখিবগী—শিখিবগী। ফম্মন্নরবদা—

অঙম্বা পুন্নমগুও রূপথাতৃ মহারাণীগী সনা মখোঙথাবু খুরুমলবদা রূপথাতৃ মহারাণীনা নিংনাংনোংশরিক খোল্লাননা পাওমেল্লকএ। হে পাত্র মন্ত্রী লৈপাক কোইবা অঙাংশিংও ইপারি পোকচমন প্রজা লৈপাক অপুম্বা নঙখোয়না খোইয়ম কোরৌ লনশাথোই চাংঙ্ লাইনী কনবনা রূপথাতৃ ঐবু তাইবঙ ওন্দেরকলে, মাল্লং হনবাইরকলে হায়না পাওমেনবনু প্রজা লৈপাক পুম্নামাদি মহারাণী কোল্লোয় মপাউ তানা উনবী পূকনাং পেন্না হুরাউনরে হায়দবরা? তৌইগুমম্বুও নংথৌ মদাইরেম গণন্তা খেনহৈবা ব্রাহ্মণ লেংনা তিনবনা নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা বেদ লাইরিক থীনা ব্রাকংথিএ। হে চন্দ্রথাজা কোরৌ ইনোংথৌও রূপথাতৃ ইবেম্মদি অমন খমলৈ কূমলুরবনে। তাইবঙ অমা পোকহৌরকলবনে। নূরা মুহৌতোংগুম্ববু অমরক বিবাহ লুহোঙথৌবু হৌনৈএ হায়না ব্রাকংলবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা পাওমেল্লকএ। হে গনন্তা ব্রাহ্মণ অথোইবাশিংও অফবা কর্ম্ম য়েংনা তৌবিও হায়না পাওমেনরাগী প্রজা লৈপাক পুম্না হৌ অঙম্বা সভা তিন, ব্রাহ্মণ লেংনা কম, ঘট লাইজা ইমায়চোন পোংলোই মশীঙম্বু তাউজীং লানৌ থেং যব লোইমোম ফৌ ময়োন, পুন্নুং লক্ষু য়ুং, তাউজীং চুপান্ য়াও, তিংথৌ লৈয়োন শং, ধুপ মৈথু চাউনা কা প্রদীপ থাউম চাকনা থান, ঙেঙ

---

কম্মিন্নরবদা। নিংনাং নোংশরীক—হরিনোংসাং। পাত্র—মন্ত্রী। লৈপাককোইবা—অঙম অথৌ, লৈপাক্কী য়ায়তোং খমদোং। ইপারি পোকচমন—ইচানিপা পোকচবগী। খোইয়ম কোরৌ লনশাথোই—থোইদোকনা লাই নীংবিবগী। ওন্দেরকলে—হল্লকলে।

প্রজা লৈপাক পুম্নমাদি উনবী পূকনীং পেন্না মতোম মতোম মরানয়ায়দা হনবাইনখিরে।

চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারি রুপবানবু ফৈরা তান্দা থোং শমলাং তোনগা নান্ শীন্নৌ কুরাংশাং, চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা পাওমেনখিএ। হে ইবুংঙো নাউরা অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙম-দরিবা-ও থমমুং মরৈপাক সারা মকোনখঙ, য়মরাজ মকাইফম্বু করম থিখউল্বনো? পল্লেম মার সনা মখোঙথুনবু করম তানফংলুবনো য়েকসওম কাইপী থালাই তাং অয়াম্বস্তু করম্ লমচায়বিবনো বৈতরনী তুরেন অচৌবস্তু পারি কনানা লাইজা ঈরানবিবনো? নপন নিংথৌ ঐঙোদা নুংঙোন নপাউ তমও হায়না পাউহংলবদা নাউরা রুপবান্না মপন নিংথৌ সনা থুয়াখাদা থূকলু লৈপাকতা, মথুৎ জুর তৌনা ভক্তি কাওবী চীগা লূকনা পাউতমজখিএ। হে পন্থৌ নিংথৌরেনও য়েক শওম কাইপী থালাই তাং অয়াম্বদি শ্রীকৃষ্ণ সনা মখোঙখাদানিনা লমচায়বিবনে। বৈতরণী তুরেন

---

কোল্লোয়—য়াথং। মরানয়ায়দা—ময়ুমদা। হনরাইনখিরে-হল্লখ্রে। ফৈরা তান্দা থোং—মতম্বাক্তা পমতুনা। শমলাং তোনগা নান—মশম নানবিত্তুনা। চেংলৌ শক্কোয় য়েংনা—মশক য়েংনা। অচাউ লেপফাদা শাংবা লমঙমদরিবা—কাংদোংফানা চাউড্রিবা, মপুং মরৈ ফানা শারেপ ফানা চাউড্রিবা। থমমুং মরৈপাক সারা মকোনখঙ—অশিবগী লৈপাক, যম লৈপাক। মকাইফম—মফম, লৈফম। কনানা লাইজা ইরানবিবনো—কনানা ঈশিং লানবিবনো। থূকলু লৈপাকতা—খুরুখুদক কুম্না। কাওবা চিগা

অচৌবদি অজাগর কুমভিনি লাইরেন চাউথোইবা অমনা লানবিএ। ইপন নিংথৌ সনা খৃয়ারেনগী বর লনকু অথোইবনা পল্লেম সনা মখোঙখাবু তান্ফংজরকএ হায়না খমনুং য়াংলৌ লমদাংশাং পল্লেম অমন শীহন রাবু রারম কিশি থমদা য়াথং মখাক নাইদনা মপন নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা পাউতংজরবদা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা মপারিগী চীন স্না চীন থয়ালবু হন্না হন্না চুপ্তনা য়োয়নরঘগা চন্দ্রথাজা নিংথৌনা লৈপাক প্রজা পূমনা হৌনা মপারি রূপবানবু কোল্লোয় শঙ্গাই তৈনা শা বৈথোপ য়ূমলেন তোপনা শেমনা মমৌ কন্যা নীঙথিবী অহুম্মাকা পানমন্নহল্লে। লৈপাক রাথোক অচৌবা বিচার রায়েন অরুববু মপারি যুবরাজ রূপবানদা শমু খুংশিন্নরবগী পাত্র মন্ত্রি পূম্নমাপু নাউরা রূপবান্দা নিতি কোরৌ হাওদনা য়োয়না থৌখন চংনারে। য়োইহৈ নিংথেম নুপীসুঙ কোরৌ নিতি নোংজা কাংদনা য়োয়না সেবা যোগন তৌনা পানহল্লবদা নাউরা রূপবান্না বিদ্যা উজা ওঝা অথোইবা সুশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণবু ধন লনয়াম কংনা খুরুমজরবদা সুশর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মন্না লোকলৌ সনা কোন শমু মখংনা নান্না বর লাইজা ঈহৈথগুম্বৰ হন্না হন্না লনকুখিএ। নাউরা রূপবান্না ব্রাহ্মণ মপারি

---

লুকনা-মরু লুকনা। তানফংজরকএ—ফংজরকএ। খমনুং-অশিবগী লৈপাক। য়াংলৌ লমদাংশাং—লম্বী অশাংবা। কোল্লোয়—য়ুম, শঙ্গায়। য়ূমলেন—য়ুমজাউ। পানমন্নহল্লে—লৈমিন্নহল্লে। নিতি কোরৌ হাওদনা—নোংমতা লেপ্তনা, নোংমতা পোখাদনা। য়োইহৈ—নিংথেমনুবী। কাংদনা—লেপ্তনা, তত্তনা। ধন—লন, শেল। লোকলৌ শালা কোন—নীংথিজনা কোনবিদুনা। লাইজা

হরিশর্ম্মা কৌবা ব্রাহ্মণ মপাতাউবু সনা তাঙ্গা য়াম, লুপা পুন্নুরেমনা কংনা পাওমেনখি। হে ব্রাহ্মণ মচা ইবুংঙো বামোন কোল্লোয় নয়াথংনা নাংশিংবিবা মরম অতুনা নাউরা রূপবান মহাপাপীরেন ঐবু পল্লেম তানফংজরে হায়না পুরুমলবদা হরিশর্ম্ম কৌবনা য়ুবারাজ রূপবানবু ঙকর্থা লুমলাংকোন খজাই লেংলোই চুপনা পাওমেল্লকএ। হে ইবুংঙো য়ুবরাজ ভক্ত পূকনীং অচেৎপা-ও। ভক্ত নরমাৎ বৈষ্ণব উনবী ইংথোইবা অসিগুম্ববু কনানা তানফংলসীবনো হায়না মরূপ লেংকোন্না চান্না খুৎপায় চেৎনা লোয়নরে হায়দবরা? মতৌ অসুমনা ভক্ত রূপবান্না য়ুবরাজ রাপী হাএ। পন্থৌ মপা চন্দ্রধ্বাজনা চম্পক নগরদা নিংথৌ ওইনা নুংঙাই মরাং কায়না চহী লীশিং অমবু পাল্লবদা কোরৌ নুমিৎমাদা চন্দ্রধ্বাজা নিংথৌনা লৈপাক প্রজা পূমনা কৌ, পাত্র মন্ত্রি লেংনা তিন মপারি রূপবানবু কৌনা পাওমেল্লকএ। হে নিংথৌ ইপারি নাউরা রূপবানও নপন নিংথৌ ঐবু পুন্সি মতম ওকলকলে। খোইয়ম লাইবু নীংলগে। ইপারি রূপবান নঙনা রাজা নিংথৌ ওইররো পাত্র মন্ত্রি নঙখোয় পূন্নমানা নহৌশাগী প্রজা লৈপাক-কোইববু কায়দনা পানও হায়না পাওমেনববু নিংথৌ মপারি নাউরা

---

ঈহৈথবগুম্ববু—ঈশিং হৈথবগুম্ববু। লনকুখিএ—বর পীখিএ। ব্রাহ্মণ মপারি-বামোন মচা। মপাতাউবু—মরুপ্পু। পুন্নুরেমনা—য়ামনা। পল্লেম তানফংজরে—ইমা ফংজরে। ঙকর্থা লুমলাংকোন-মঙকশমদা কোন্দুনা। ঈংথোইবা—হেন্না থোইদোকনা ঈংবা। পন্থৌ—মপা। কোরৌ নুমিৎমাদা—নোংমগী নুমিত্তা। লেংনা তিন--ময়াম তিন্নবদা। খোইয়ম—লাই। লৈপাক কোইববু—

রুপবান্না কাওবী চীগা লুক মানবী খূতংগী মখুৎ লোয়ন্নু থুমগুম্ববু কাগুপনা চাংজো েপনা লোয়া ৱাকচ্ছখিএ। হে ইপন নিংথৌরেন-ও। নাউৱা নপাারি ঐবু প্রজা লৈপাকপুবা ঙমহ্রোইএ। নিংথৌ ৱাজভুক অথোইববু চাবিখো-ও। নাউৱা নপাারি ঐবু পম্থৌ নরুম থুপনা লৈজখিগে। পাত্র মন্ত্রী পূন্নমাদা নাউৱা রুপবান্না হে পাত্র মন্ত্রী ইপুখোয় ইপন পূকনীং ফাথবিও হায়না পাওমেনখোনগী পাত্র অঙম্বা পূন্নমানা নিংথৌ সনা মখোঙখাদা ৱাকংখিএ। হে চেম্ৰথাজা কোপৌ ইনোংথৌও। নিংথৌ সনা ফম্বাল্লাংবু থাবখিগুনো। নিংথৌ নপারি যুবরাজ অসিবু অঙাং নাউৱা ওইরি-এ হায়না ৱাকংখিএ। মপারি নাউৱা রুপবানমুঙ অনৌবা অমরক হয়া ৱাকচ্ছখিএ। হে ইপন নিংথৌ অথোইবা-ও হায়বিগুনা নপারি ঐবু নাউৱা ইতিক নত্তরিএ হায়না প্রেম খকমা তানা ৱাকচ্চববু হোয় য়াদানা পাওমেল্লকএ। হে পারি ইবুংঙো কৃষ্ণ লাইপোক সংসঙবা ভক্ত পূর্ণীং অচেৎপা-ও। নপন কোল্লোয় ইয়াথংবু খোয়মা লমচায়ৎবারেইএ হায়না ৱাজসিংগাসনদা মপারি রুপবানবু শমু খূৎনা ফংনা চিংখৎলবগী মাই লৌকন ঙমদনা রাজ ফম্বাল্লাংবু শমু খূৎশিনরে হায়দবরা?

---

লৈপাক পুববু। কাওবী চাগা লূক্—মরু লুকথনা। লোয়ন্নু—থুম। নাউৱা—অঙাং ওইরিবা। নপারি ঐবু—নচানিপা ঐবু। যুবরাজ—নিংথৌ অখুবা। প্রেম খকমা তানা—মপিতানা। নপন কোল্লোয় ইয়াথংবু—নপা ঐগী য়াথংবু। রাজ সিংগাসনদা—নিংথৌগী গাদ্দীদা, সনা ফম্বাল্লাংদা। শমু খূৎনা ফংনা—মখুৎমকনা পায়রুনা। মাই লৌকন ঙমদনা—য়াদবা ঙমদনুনা।

রাজা রুপবানবু প্রজা পূমনা তিন ব্রাহ্মণ লীশিং অমনা রুপবান তাঙজা লুরেনথক্তা বেদ মন্ত্র শোন, লাইজা ঈশিং হৈ, ৱাংলেন তোমান পূংজাউ য়ৈনা রাজ অভিষেক লোইরবদা পম্থৌ মপা চন্দ্রথাজা নিংথৌদি লোইদাম থাপুম অহুমবু মপারি নিংথৌ মরুম থুপনা মপারি রাজা নিংথৌ রুপবান্না নোংজা শীংপূম হাঙদনা পূজা ঈরাংননা য়াংগোইরমলবগা কোয়ৌ মুমিৎ অফবা মেহেন্দ্রি পূংজা অফবদা যাত্রা খোঙশাল্লকলে। বন উমং মুংঙাইবদা মহারাণী অনী ঙাইরোয়ননা খোইয়ম লাইবু নীংখিরে হায়দবরা? মপারি রাজা রুপবাননা মনাই খোঙলোয় শিংনা মপন মার খোঙ্গুন লীনা ধন লনয়াম উন্ পূজা পোৎলোই মশীংগুনা হোঞ্জিনববু নোং তামদা পম্থৌ পল্লেম লাইওইনা মশানৌ কন্যা নীংথিবী ভহুম্মানা মহারানী মথং মনাউ শিন্ননা ওইনা চম্পক লৈবাক ময়ুং কুই নগর খুনগং মফৈপাক তরা অচা ৱাৎতা, চরৈ অয়িন তামদা ৱায়রা শাচীন থৈ হুয়েন লানচীন থৈ, লৈপাক নিংথৌ মমান্নবা অমতনা কোঙয়াং উরোং শক্তা মাল্লেম লৈয়ি মুৎনা ঙমথৈ কনানা তানশিন ঙমদা য়েকনা মতৌ খঙদা লোকলৌ পাউ নাইদা তিংখং ৱাশৌ লৈতা চম্পক চাহোঙ থোই নগর ঙাহোঙ থোই লুপা পুংবুরেম সনা থেনমায় লাংনা পানফরে হায়দবরা? ভক্ত ৱারী লমদাংশাং অসিবু

---

তাঙজা লুরেন থক্তা—মকোক মথক্তা। ৱাংলেন তোমান—পুংজাউ। লোইদাম—থা। য়াংগোইরমলবগা—লৈরমলগা। খোঙশাল্লকলে—যাত্রা তৌরকলে। শীনা—পাখোন শীতুনা। তরা অচা ৱাৎতা—চানথরুবা ৱাত্তনা। চরৈ অয়িন তা[illegible]—ইম্নবা ফি ৱাত্তনা। ৱায়রা—শা। হুয়েন—লান।




নারদা মুনিনা মুনি সভা লক্কা পাউতমখিএ। হে মুনি সভাশিংও। অসিগুম্বা বারী অসিবু শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মন ই বৈষ্ণব অর্জুনদা লীখিবা বারীনে। নারদা ঐনা তাহৌবরু মুনি সভা লংখোয়দা পাউতমশিবা অসিনে। হে মুনি সভাশিংও সত্য রাচুম্ববু হেন্না ভক্ত হায়বা অমা লৈতে। নীংলবদা কাউদবরু হেন্না কর্ম্ম হায়বা অমা লৈতে। কর্ম্ম মারু লান্দববু হেন্না ধর্ম্ম হায়বা অমা লৈতে। ভক্ত বারী লমদাংশাং মুংঙাইবা অসিবু কনাগুম্বা মী মহাকনা উনবী পূকনাং চেংনা তাজরবদি লায়রবনা য়ুমনাক খুল্লে। মচা পোক্তবনা মচা পোকএ। মীনাইনা মপু ওইএ। মপুনা ফম্নাইএ। লায়থুং থুংবনা তারবদি লায়থুং কোকএ। অকবগী মথক্ত থোইনা কনএ। চাউবগী মথক্তা থোইনা চাউনাএ। মুংঙাইবগী মথক্তা থোইনা মুংঙাইএ। তৌইগুমমুঙ উনবী পূকনাং লেপ্তা পায়মা খোয়জওদনা তারবদি শীওেংন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙানে। শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা মিংম্রেং হৈনা য়েংবিদে। নমু তনবা নিপারুপস্তুও, মুজা নূপী ওইবীশিংস্তুও উনবী পূকনীং চেংলবা, রাহায় অনী হোংদবা, য়াথং অনী শাওদবা, পূকনীং অনী লোওদবা, নমু মীরন্ পামদবা, কর্ম্ম লানবা চত্তবা, সত্য বাচুম শূরবা মী অদুশিংদো হে মুনি সভাশিংও শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা নূপী নীপা নাইদে মনাক্তা কৃষ্ণ লম্মী অনীমাবু লেওদনা মরৈএ। নমু সোনুনা লিংজেন চুমলবা, অকনবাস্তুও কন্না লিংজেন চুমলবদি কৃষ্ণ মলৈএ। লিংজেন চুমদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণ লাইয়িংথৌনা লৈবিদে। হে মুনি সভাশিংও।

লোইরবা

# রুপখান

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১৩ | তত্ত্ব | তত্ত্ব |
| ৫ | ১৭ | উনগোয়ম্বু | উনগোয়ম্নুংবু |
| ৬ | ৬ | খোস্তানন। | খোস্তানন। |
| ৬ | ১৯ | কমশীং | কুমশীং |
| ৬ | ২০ | থেনহৈবা। | খেনহৈবা। |
| ৭ | ১৪ | ছুখান | ছুকনা |
| ৮ | ২০ | লনাথেমমাইলাং | সনাথেনমাইলাং |
| ৯ | ১ | মঙকরোইএ | মাঙকলোইএ। |
| ১০ | ৮ | নোংকখিরে | নোংকাখিরে। |
| ১২ | ২ | ন্দন | চন্দন |
| ১৩ | ৫ | মমিথোং | মমিংথোং |
| ১৩ | ১৪ | তলে | তমলে |
| ১৪ | ৯ | পল্লবু | পল্লংলাবু |
| ১৫ | ২০ | মাল্লৌ | মাল্লৌ |
| ১৭ | ৩ | মুকবু | মুকমু |
| ১৮ | ৩ | চকসোম | চকযোম |
| ১৮ | ২২ | হম্নকপ | হম্নকও |
| ১৯ | ১৫ | অীংলেম | আংলেম |
| ২০ | ১১ | খমুংচৌংফি | খময়ংচৌংফি |
| ২২ | ১৮ | ময়ংগোই | মাংখোই |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ২০ | ৮ | মারক | নারক |
| ২৬ | ২২ | ফং:নকও | ফংলকও |
| ৩০ | ৮ | ইমুংমাগী | ইনুংমাগী |
| ৩৪ | ৬ | চে‚ল্লৌ | চে'লৌ |
| ৩৪ | ১৮ | অমম | অমন |
| ৩৬ | ৬ | লাইয়ধৌনা | লাইয়িংধৌনা |
| ৩৬ | ১৩ | মিংলেন | মিংলেন |
| ৩৭ | ২২ | ইশান | ইপন |
| ৪৫ | ২৭ | খেনমাই | থেনমাই |
| ৪৭ | ৫ | পাওমেল্লবদা | পাওমেল্লবদা |
| ৫০ | ১৬ | পাউকেল্লকএ | পাওমেল্লকএ |
| ৫৪ | ১৬ | খঙনবী | খঙদগী |
| ৫৬ | ৩ | মোমপু | মোমমু |
| ৫৬ | ৯ | তুমলৌ | তুমনৌ |
| ৫৬ | ১৪ | মিংখিলবগী | মিংখিৎনবগী |
| ৬০ | ৭ | ঈনুৎহকপু | ঈনুংহকপু |
| ৬৩ | ১৬ | অন্তর্ধ্যান | তন্তধ্যান |
| ৬৭ | ১৫ | ল্যাকনা | লাকনা |
| ৬৯ | ৫ | পোওইবদি | পোংওইবদি |
| ৭১ | ২ | মুজ | মুজা |
| ৭১ | ৩ | থুগরবা | থুগায়রবা |

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭৪ | ১৯ | অতোম | অতোন |
| ৭৪ | ২১ | যিন্দামং | থিন্দানা |
| ৭৫ | ১৫ | খোঙলৈ | খোঙখৈ |
| ৭৯ | ৯ | জন্ম | জন্ম |
| ৮০ | ৯ | অথোখবা | অথোইবা |
| ৮০ | ১৫ | রুপথান | রুপবান |
| ৮০ | ১৭ | রাজা | রাজ্য |
| ৮২ | ৬ | য়ংলৌ | য়াংলৌ |
| ৮২ | ১৮ | ইংথোল | ইংথোল |
| ৮৪ | ১০ | শেনমং | শেনমিং |
| ৮৬ | ১৩ | পিও | শিও |
| ৯২ | ৬ | তুম'লৌ | তুমনৌ |
| ৯২ | ৬ | শনলাং | শমলাং |
| ৯৩ | ১১ | নমাঙথাঙদববু | নমাঙ থাঙদববু |
| ৯৭ | ১৪ | কুয়াং | কুরাং |
| ৯৭ | ১৫ | দোমাই | দোলাই |
| ৯৯ | ৮ | নংথৌ | নিংথৌ |
| ১০০ | ১৬ | যুমথোইবনা | থুমথোইবনা |
| ১০১ | ১০ | ঐতোদা | ঐতোন্দা |
| ১০৪ | ৫ | যুবারাজ | যুবরাজ |
| ১০৫ | ৯ | শিংনা | শীনা |
| ১০৬ | ১৮ | রাচুম শূরবা | রাচুম শূরবা |

# ফোংথ্রবা লাইরিকশিং

১। মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিশ ডিক্সনারী মমল লুপা ১০·০০

২। চাদ ল ইহই „ ২·৫০

৩। থায়নগী শৈরেং „ ২·০০

৪। উত্তরাকাণ্ড ( রামায়ণ ) „ ২·০০

৫। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা ( পাকা বাইণ্ডিং ) „ ৪·০০
„ „ „ ( কাচা বাইণ্ডিং ) „ ৩·০০

৬। চায়নরোল „ ৩·০০

৭। ডোকিউমেন্ট ওফ অ্যাংগ্লো মণিপুর ৱার ১৮৯১
পার্ট ৱান „ ৪০·০০

৮। „ „ „ „ „ পার্ট টু „ ১০০·০০

লাইরিক ফংফম: - এ, কে, ষ্টোর, পাউনা বজার, ইম্ফাল।